# THAWANMICHAK

*a memoir by:* **Thokchom Manihar (Sonney) Sinha**

*Published in arrangement with:*
SANATHONG
Madhu Bhavan
Jana Neta Irabat Road, Keishampat,
P.O. Box No. 87
Imphal - 795001, Manipur (India).

*First impression:* **August 2003**



*Price:* **Rs. 80/-**






***Printed in arrangement with:***
SANATHONG
Jana Neta Irabat Road, Keishampat,
Imphal - 795001, Manipur (India)

ঐগী পুন্সী খোঙচৎতা
থব্বানমিচাক ওইনা
ঙানবিরম্বশিংদুগী অমদি ঙানবিরিবশিংগী
মফমদাখ।

# থাগৎচবা

ঐগী 'থৱানমিচাক'পু তাম্লবা মীরৈবাকতগী সনালৈবাকতা তাইবং ফাওহনবিবগী অচঙবা শেনফম পীবিরকখিবা ইয়াম্বা অতোম্বা ডা থোকচোম অমরকৃষ্ণ সিনহা, ইংলন্ডগী শেফিল্ড সহরদা লৈবিরিববু খুরুমজরি।

অঙাওবা ঐগী খোঙথাঙ খুদিংদা শৌগৎলিবী লোয়নবী পেবম নিঙোল শান্তিবলাবু থাগৎলি।

ঐগী খুৎইবু শিনদোক-শিনজিনদা তেংবাংবিখিবী কনাডাদা লৈরিবী মৈতৈ চনু লৌরেম্বম বিদ্যুৎপর্ণা সিংবুসু থাগৎচৈ।

ঐগী অঙাং ওইরিঙৈদগী নুংশিনা তিন্নজরক্লবা মরূপ আর কে বিদুর অমদি 'সনথোঙ্'গী নুংশিজরবা ইনাও মণীন্দ্র কোনসম অনীবুসু পূকচেল শেংনা থাগৎচৈ। মখোয় অনীগী মতেং নত্তনদি ঐগী কনাডিয়ান-বাংলাদেশি-ইন্ডিয়ান পূনশীল্লবা মণিপুরী লোল অমসুং বানানগী ফিভম শোক্লমগনি।

খ্বাইবু হন্ন-হন্না থাগৎচরি।

**শোণী**

ইম্ফাল, অগস্ট ১৭,২০০৩।

I traveled in many countries of the world and spent days in the company of many people. I reaped advantage in every corner and gleaned an ear of corn from every harvest. I regretted that I should go from the garden of the world empty-handed to my friends, and reflected:

"Travelers bring sugar-candy from Egypt as a present to their friends. Although I have no candy, yet I have words that are sweeter."

Sheikh Sa'di

**We Know how to tell many lies; which seems true;**
**And we know, when we want how to tell the truth.**

**- Theogony** গী পরেং ২৭
**Hesiod**

ওইদবতা ঙাঙলগা হৈ-শিংই হায়বগী ৱাখল অমদা য়াম্না চাওথোকচবা ঐনি। ওইদবা ঙাঙদুনা নমথাক তৌরুরগসু য়াম্না পেঞ্জে। ইশানা পামজমনবদগী মসিবু আর্ট অমা ওইনা লৌবতা নত্তনা মীওইবগী তোপ-তোপ্পা অথোইবা গুণ অমনি হায়বগী থাজবসু লৈজে। গুণ অসি সহ্‌রদা পোকপা মীদনা খরা হেল্লি।

ঐ সহ্‌রদা পোকপা লৌ-থাংবা লীন্দু হায়রগা খঙনবা সিলেটকী মৈতে মচানি।

তশেংনা হায়রবদি ওইদবা ৱা ঙাঙবগী বিদ্যাসিদা ঐহাক্না কয়ামুক ঙাউজে হায়ববু- দষা নংগনি, বদনাম চাগনি, মীনা চৈরক্কনি হায়বনচিংবগী করিগুম্বা কি-হঙ্গোইবা অমফাওবা পোক্লকখিদে। অদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগীনা ঙসি ফাওবসিদা ওইদবনা অচুম্বা শাদুনা ঙাঙবা লেপ্লক্ত্রি। ঐগী ওইদবা ৱাদা থাজদুনা লৌনম লাংদা থুখিবা মীওই কয়াগী থমোয় কায়বা থৌদোক কয়ামা লৈখি। কয়ামসু লৈরি।

ওইদবতা ঙাঙমল্লকখিবনা, ইশাগী অশেংবা ইমিং ফাওবা খুদক্কী ওইনা কাউথোকখিদুনা পুম্নীদা অৱাবা নংখিদবসু নত্তে।

চহী কুম্ছারোম মমাঙদনি। প্যেরিসকী 'ওর্লি সুদ' এয়রপোর্টতা ইমিগ্রেসন ওফিসর অমনা ইমিং হংলকখি। ঐহাক্নদি ইশাগী পাস্পোর্টতা ইরিবা ইমিং অশেংবদু খুদক্কুগী ওইনা ইচীনসিদা পাক হেক থোরকউ য়াখিদদুনা হায়দোকখি - 'শোণী কৌই'। মদুদগীদি ওফিসর অদুনা ঐবু কা অমদা পুশিল্লগা মরাল লৈরবা অমগুম্না ৱাহং-পাউহং কয়ামুক চথরকখি। হকচাং মাদুনা, ফুরিৎখাউ হুমদুনা চ্যেক তৌখি। ঐগী পাস্পোর্টতু অশাবা 'ফ্যেক' লা, কদায়দগী হুরাল্লকপনো ? শাথীরবা ৱাহং কয়ানি হংলকখিবা। অদুবু লাইবক ফবদগী ঐগী দাইরিদা অশেংবা ইমিংগা কোন্ননা 'শোণী' হায়বা ইমিংসিসু য়াওরম্মী। মদুনা উকল ওইদুনা বৈতরণি অদুমা লাল্লকখি।

চীন থীবা, ওইদবা ঙাঙবা হায়বসি তৌহৈদে পাপকী থবক্নি হায়বসিগী থোইদোকপা চিংনবা-অকীবনচিংবা অমত্তা ঐগী থমোয়দা লৈতে। ঐনা খল্লিবদি-ধর্ম চেনবা সাধু-সন্ত কয়াসু অকীবা লৈতনা মচীন থীনবা য়াওনখি। ওইদবা ৱা ঙাঙনখি। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শিদ্রিবা অশ্বথামাবু শিরে হায়দুনা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরমকসু মচীন থীখি। ঐদি স্বয়ং কলিযুগতা পোকপা মীনি। ঐনা তোপ তৌদুনা চীন থীবদা ঐঙোন্দা কনানা করম্না তৌহৈদে হায়রদৌরিবনো ?

তশেংনমক্কীদি হৌজিক্কী মতমদা তাৎ-পাৎ, থোক-মোক হৈবা মীওইশিংতনা শেল-থুম মরাঙ কায়না পায়নবগুম তৌই। ইজ্জৎকা লোয়ননা নুঙাইনা হিংনবগুম উই য়েংউ-য়েংউবদা। অমরোমদনা অচূম্বা ঙাঙবনি, মচীন থীদবনি হায়বা মীওইশিংদি লায়র-চুদৎনবা তোল্লবা হরিজনগুম্বা ঙাক ওইনা তৌই হায়বমক যাই।

অখঙ-অহৈশিংনা হায়বা অমসু লৈ। য়ু থকপা, নূপী কোয়বা, জুৱারি, হুরানবা, নিশা চাবা, রাজনীতিৱালা, মখোয়শিং অসি 'প্যেথোলোজিক্যাল-লায়র' হায়বা মীওই ঙাক্তনি। তৌবতবু ঐ রাজনীতি য়াওদে। দ্রগ চাদে। য়ু থকই, জুৱারসু শান্নে, নূপীসু কোয়। মীপোৎ হুরাল্লুবমক নত্রবসু হুরান লমচৎ-চৎলম্বা, হুরান-পোৎয়ারম্বা মীওই অমসুনি ঐহাক। অদুনা চীন থীবদদি অশোয়-অঙাম য়াওদে।

চীন থীবা সুম হৈনখিবদগী হেবোইন নম্বব-ফোব, গঞ্জা,ভাং, চন্দু, আফিম, চরস নচিংবা নিশা চাব-মীনা ফংবা নুঙাইবদুগুম্বমক ওইরমগদ্রা হায়বদুমদি চপ-চানা খঙদ্রে, চীন থীরগা নুঙাইবা অমদি ফাউরকই। অঙকপা মনুঙাই অমনি ! নূপী-নূপা ফমদিন্নবমুক নূঙাইরমগদ্রা ?

শাগৈগী ইখুরানা পোকপা, নম্বর-ফোর চাবা ইনাও অমা লৈরম্মী। বোরমণি কৌই (অশেংবা মমিং নত্তে)। স্বর্গগী নুঙাইবদো মঙোনদা নম্বর-ফোর চারগা ফাওই হায়খি। মা-ঐগী নুঙাইবগী ফোর্ম্যুলা মান্নদবনা, মহাক্না নম্বর-ফোরগী নিশাদা নুঙাইবদুগা ঐনা ঐগী চীন থীবগী নিশাদা নুঙাইজরিবা মনুঙাইসিগা কদায়দা কয়াম্মুক খেন্নরিবা হায়বদুগী অশেংবদুমদি খঙবা ঙমদ্রে। চাউরাক্লা হায়বসু ঙমদ্রে। অদুবু নুঙাইবদি নুঙাইবনি। অঙ্ক হোৎপগী ফোর্ম্যুলা মান্নদ্রবসু ফলদি অমত্তনি। ইনাও বোরমণিদো য়াম্না নুঙাইবা প্রামজখিবা অদুগা নুঙাইবগীদমক মথৱায় থাখিবা মীশক্লি। নুঙাইবগী সন্ধানদা স্বর্গনা অমুক হেন্না নুঙাইরমগদ্রা খনদুনা ঙস্তানা স্বর্গগী লম্বী পাংনা ফূগৎখি, নোরোক্তা লৈহৌবা ঐখোয় কনামত্তগী ৱা লৌখিদনা।

স্কুল-কলেজ অনীমক্কী পরিক্ষাদা তরাহুমদোইরক ফেল ওইরম্লগা য়াম্না নহা ওইনা স্বর্গ কাখিবা ইনাও বোরমণিনি। হিসাব তৌরগদি মানা স্বর্গ কাখিবদু, সেক্সপিয়রনা মহাক্কী লাইরিক্তা থওইনা পল্লম্বা বৃটিশশিংনা য়াম্না নুংশিজবা বুলডোগ কৌবা হুইদুগুম্বা অহুমগী তিনশিনবা মপুন্সী য়ৌখিদে। চক্কী যুগ অদু নৎখিদ্রে ইনাওগী পুন্সীদু। চহী তরানা শেম্বা যুগ অহুম্লোমখক্কী পুন্সী ওইখিবনি।

নোংচূপকী লৈবাকশিংদা হুইবু লুনা তৌনবসিদি করি হায়রুনি, নূশী-অঙাংদা তৌনবদুমক্লি। অমরোমদা হুইদি য়াম্নসু পুণ্য চেনবা শানি। মহাভারতকী ধর্মরাজ যুধিষ্ঠীরগা লোয়ননা চঙনা স্বর্গ কাখিবনি। অদুগুম্বা মরায়বক ফবা শাগী পুন্সী মশক লৌখিবা ইনাও বোবমণিবু মরায়বক থীখি করম্না হায়গনি ! অদুগীসু মথক্তা সুলোচনাগুম্বী নূপী অমগী মপূরোইবসু ওইখিবনি। মরায়বক্তা তম্ফা থিনখিবগুম্বনি।

মরায়বক ফখিবা মপূরোইবগী মরমদা সুলোচনা ইবান্নী অৱাঙবা থাক্কী ৱারী'ৱাঙুলোন-পাউসা' তৌনবগী তাঞ্জা অমা শোরাৎ নুমীত্তুমক্তদা ফংখি -

সুলো: বেমগী মপাদি ঐখোয়গী করিমত্তা খনবীরমদনা নুঙাইবগী আশাদা স্বর্গগী লম্বী পাংখ্রে, অদুবু তামো, ঐদি নুঙাইবনা থল্লি হায়নবা মখোয়গী স্বর্গ হায়বদো পামসু-পামজদে, থাসু-থাজদে। মীৎনা শং-শং উবা নোরোক্লা স্বর্গদগী হেন্না পামজে, তামোগী ৱাখলদি করিনো?

- চুম্মী, মান্নীনে।
- তামো ! লায়না-লাইথুংনা অমদি পুন্সী লোইশিল্লক্তুনা শিরদৌবা মীদুসু শিনীংদে। শিনীংবা মী হায়বদু লৈতে । অদুবু মাদি কদায় !
- অদুবুদি চুম্মীদা, অদুদা অৱাবা, নুঙাইতবা, পেনদবা কয়াগী চৈনাখোলনা নৈহৎলবা নহাক্কী থমোয়না ৱাকৎলিবসে, নপূক্কীং ঈংথরকপা মতমদা অমুক্তং জ্ঞান তানা খঙ্গরগা অচুম্বা পাউখুম ফংগদ্রা খল্লি।

ঐ ঈশ্বরবু থাজদবা মী অমা ওইবনা ঈশ্বর লৈ-লৈতে হায়বগী চাংয়েংদা ধর্মগী লাইরিক-ভগবদ,কুরান, বেদ, বাইবল, ত্রিপিটক, তোরা,অহুরী-মজদা নচিংবা কয়া পারবনি। অদুবু সুলোচনানা 'নোরোক্লা স্বর্গদগী হেল্লি ।' হায়বসি মহাক্লা কদায়দা থেংনদুনা হায়খিবনো, ঐ ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি ।

শেল পীজদুনা মমান্নবী অমবু মেত্রিক থাহল্লগা কলেজগী থোঙ্গাল য়ৌরকখিবী সুলোচনানি। থানা-পুলিস কিদবী, পৈশা অচোইবা হাপ্পা শেঙ্গাউনা সনা-কৈথেলদা মী ফুগায়বা ঙম্বী, সংসারগী নাল্লবা লম্বীদা তুনি হায়বগী অকীবা লৈত্রবী, অনাবু শিকি তোংহনবা ঙম্বী, মদুগুম্বী লাইরেম্বীনি। 'কুছ পরৱা নহিঁ, লুকমনী হৈঁ' হায়রগা খঙনবী ৱাতাদুগী লুকমনীমক্কী হায়ববসু কায়দে।

ময়াম্না তানবীরল্লবসু য়াই। হৌখিবা শতাব্দীগী কুম ১৯৪০-৫০ গী মতম অদুৱাইদা 'পৱারী' হায়রগসু খঙনবী 'লুকমনী' কৌবী মা-কালীগুম্বী অঙকপা করেক্টর অমা সনালৈবাক্তা লৈরম্মী। মহাক্কী মবমদা মীযাম্না অশুম্না লৈশি-লৈথোন্নবম্মী- ''লুকমনীনা চৎখ্রবা থবক্তা মায পাক্তনা হল্লক্তে। পুলিস, চৈবাপ-পঞ্চাযতকী ৱায়েনদি 'কেশে' হাযবগা খুৎকাপ্পী কাপ্তুনা, ফাদোক তাবদি লায়রদুনা ফাঁসিগী দণ্ডি ফংলবা মী ফাওবদা মবাল কোকপীহনবা ঙম্মী।''

অদুম্না দণ্ডি কোকপীখিবা নূপা অমখক্তি খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা নোংমা পোৎফম ফম্বী মৌ নহা অমগা কেথনদুনা পানা-খিলি চাবগা মোনদা নুঙাইনা ঈশৈ ঙংদুনা লৈরমখিবা কনাগুম্বশিংনা থেংনখিসু হায়নখি ।

মবুদ্ধি লৌশিংদসু জীরি-বীজয়না লুকমনীবু লাকচবা ঙম্লোইসু হায়নরম্মী। শাথী-শাথীরবা তাকু-তরাং ফাবদা, মতম অমদদি কাছার-মণিপুর শাৎনা ফাওরম্বা মীওইনি জীরি-বীজয়। মহাক্না হুরানবা অমা ইরাই-লাইনা ফাখিবগী নোক্লীংবা ৱারী অমা অঙাং ওইরিঙৈদা তাখি।

ফনা হুরাল্লে খঙলবসু মতিক চাবা প্রমাণ পীদ্রগদি হুরানবগী মরাল শীবা য়াদে। মতমদুদা য়াম্না হৈ-শিংবা হুরানবা অমা লৈরম্মী। থানা পূম্নমক্না মাবু ফানবা হোৎনবদা ঙম্নকখিদ্রদুনা জীরিদগী বীজয়বু হুরানবদু ফানবা ইম্ফালদা কৌথোকখি। মহাক্না নোংমদি হুরানবনি চিংনবা ময়াম অমা থানাদা কৌখৎলগা মখোয়বু পরেং শানা লেপহল্লগা হায়খি- ' ঐনা শোল্লিবা মন্ত্রসিগী শক্তিনা অশেংবা হুরানবদুমদি মকোক্তা নাপী হৌরকপা শোয়দ্রে।' মদু তাবদা অশেংবা হুরানবদুমদি পাখৎমনখিদুনা মকোক নাছুখি। হুরানবদু ইরাই-লাইনা ফাখি।

মতম অমদা মণিপুরদা তপ্তাদগীসু হেন্না মীয়াম্না কীনখিবা শবিৎ-শরাৎ য়াম্না হৈবা, থাউমৈ পোদোন মরুমদা লোৎপা ঙম্বা শগুন তৌবগী উস্টাদ 'পোদোন মিয়া' হায়বা অমসু জীরি-বীজয়গী লৌশিংনা ফাখি হায়নৈ।

অসুক মিংচৎ লৈরবা জীবি-বীজযগুম্বা মীওইদগীসু লুকমনীনা হেল্লি হায়বসে ঙক্লীংঙাই ওইদে। মরমদি লুকমনীগী শক্তি, শক্তি অমনি। নূপা নহাদকা লৈতবা মহা-শক্তি অমনি।

মীনা হায়নবদা লুকমনী মশক-মতৌ য়াম্না ফজবী নুপী অমা হায়বদুমক্তি থোক্তে হায়ববু নুপা-নহানা শাথীনা পামগদৌবা শক্তা হায়বদুমদি শোয়দ্রে। মশা-মউ নোয়-পেল্লি। তিক-তিক লাউই। মহাকবি কালিদাসকী নাটক 'কুমারসম্ভব'দা পল্লম্বা শিবগী তালোই পার্বতীনা নোয়বদুগী পাংখল্লি।

অমরোমদা সুলোচনাগী শাওং-শাবানদি লুকমনীদগী পূমতোপ-তোপ্লী। মশাদা অহেনবা শদুম মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদে। ফ্যেশন শোগী মোডেলগুম তনাপ-তনাপ্লী। শ্বরনা কান্বদা হাইথখিগদৌবা মাল্লি।

মশা নোয়বা অমদি ফজবা হায়বা ৱাহৈসিমক মতম অমদা পৈশা পায়বশিংগী ওইনা কোপিরাইট তৌদুনা থমখ্রবা লন-থুম ওইরবগুম খল্লম্মী। পৈশা পায়বা মীওই খুদিংমক মশা নোয়-পেন্নরম্মী। পৈশা পায়বশিংগী তিক-তিক নোয়-পেন্নবা মশাদু উরগা মীহৌনদবা য়াওনরল্লোই। ঐসু তকশি শোনখি- আ ! নোয়জরল্লবদিকো!

ঐ লায়রবা মচানি। ইশা নোয়দে। ময়াং কংবা লায়রবা মচা মানদনবা য়াম্না হোৎনখি, ঈশিং খুজাই-খুজাই থক্লুনা, কোৎকী ফৌ তুম্নবা চাদুনা। অদুবু ইশা নোয়থোরকখিবদি লায়রদুনা হেন্নদুম ৱাচেৎতা মিহুল হুনবগী ভাবতা লাকখি।

হৌজিক্তদি মশা নোয়বা মীবু কনানসু ফজে, কামগী ঈরাং হৌহন- মশক, সেক্সি ওই হায়নদ্রে। সেক্সকী শান্নবুংদদি মশা খিঙবা, য়াঙ্গংবা মীওইনতা মনা লৌনরে। মশা নোয়বা জপানিজ সুমো মুক্নারোইগুম্বশিংদি জোকর তানরে। মচা-মশু য়াম্না পোক্কনবসু ময়াং কংবা মীওইশিংনা খরা-খিৎ মহেন্নে হায়বসিমদি চুম্লবনি, থাজবীয়ু।

১৬শুবা শতাব্দী অদুৱাইদা ট্যুনিসিয়াগী 'শৈখ ওমর ইবন মোহম্মদ অল-নেফজ্যাওই' না ইবা, ইন্ডিয়াগী কামসুত্রগুম্বা লাইরিক, সার রিচার্দ এফ বার্টন (১৮২১-১৮৯০) না ইংরাজিদা হন্দোকপা 'ডি পার্ফ্যুম্দ গার্ডেন ওব ড শৈখ নেফজ্যাওই' হায়বদুদা নূপী তিন্নবগী মতাং নৈনবদা মশা নোয়বা মীগী ৱা পল্লমদে। চুং-ফীরাল চাবা, মশা খীংবা, মশল থোকপা মীওইশিংতবু শীংথারম্মী। ঐখোয় মৈতৈদি

মহৌশানসু কয়া নোয়গল্লক্তে। ঐখোয় মৈতৈনা নোয়গন-পেনগনদবগী মতাংদা পাচা মৈতৈনা ঐঙোনদা ফাগি ওইনা হায়রম্বা অমা লৈ -

'মৈতৈদা মশা নোয়বা মীওই থোইনা লৈতবগী মরম করিগীনো খঙব্রা শোণী ভাই ? ঐখোয় মৈতৈ অয়াম্বদি নূপী চেল্লগা লুহোংনৈ। সমাজনা য়ানীংদনা-য়াবা চৎনবী অসি লায়রবা ঐখোয়গীদি ইজ্জৎকা লোয়ননা য়ূম পানবগী উকল অমনি। লমজেল চেনবা মীবু মশা নোয়ব্রনে ? নুপী চেনদনা লুহোংবদি মরল-মথুম লৈবা শাথীনা মশা নোয়বা মীওইশিংগী শো বিজিনেসনী। মবুক তহি-তহি কংবা, লেঙব-লাকপা ঙমদবা গনেশদেব ঙাক্তনি । লাই ওইজরবসু মৈতৈগী লাইশঙদা লাৎনদবা ঈশ্বরনি।'

ঐসে অমরোমদা লাইবক ফৈ হায়না ইশানা খঞ্জে । হৌখিবা শতাব্দীগী কুম ১৯৬৬-৬৭কী অদুৱাইদা, মণিপুরী সাহিত্যগী মক্তুবা থৱানমিচাক পাচা মৈতৈগা শকখঙ-মায়খঙনখি।

পাউনা বাজারদা লৈরম্বা 'রেক্স' কৌবা ঘড়ীগী দুকান অমদনি পাচা মৈতৈগা থেংনখিবা। 'রেক্স', মতমদুদা ফোঙলম্বা থাখায়গী চেফোঙ 'লাসানী' গী নাউফম তাফম্নি। 'লাসানী'গী ওফিস ওইরম্মী। হৌজিক্তি রেক্সসু, লাসানীসু অনীমক মুৎখ্রে।

পদ্মশ্রী রতন থিয়াম, ভারতকী সাহিত্য একাডমি মনা ফংনরবা কবি-সাহিত্যিক শ্রীবীরেন, আরকে মধুবীর, পদ্মশ্রী ডা: কীর্ত্তি, মণিপুরী সিনেমাগী শক্লাইরবা ক্রিটিক-এক্টিভিস্ট আর কে বিদুব, আকাশবানি ইম্ফালদা শক্লায়খিবা এল লালগোপাল, লাসানীগী কলম্নিষ্ট পি বীবেন অমসুং লৌবেম্বম ব্রোজেন্দ্র নচিংবা মীওই কয়ামুক্লা খোঙদানখিবা ঘড়ীগী দুকান্নি। পীক্লবা 'রেনাসাঁ' অমগী 'শ্রাইন' ওইরম্বমক্নি। অদুগুম্বা শ্রাইন অদু হৌজিকপুদি ফুরা-দলানশিংনা ফুমজিনখ্রবা মোংফম অমগুমখ্রে।

'রেক্স'তা পাচা মৈতৈগা থেংনখিবা মতম অদু মণিপুবী সাহিত্যগী জগত্তা অনৌবা অকনবা শাফুগী ঈথক-ঈপোম অমা

ঈহৌরকখিবা যুগ অমনি। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কলাক্ষেত্রদা অনৌবা মশক্কী য়েনীং হুল্লকখিবা মতমনি। মণিপুরী সাহিত্যগীনা অনৌবা ঋতু হোংলকখিবা, মণিপুরী সুর-সঙ্গীতকী রাগদসু অনৌবা খোল্লৈ-খোনদাগী রস চেল্লকখিবা মতাংনি। ৱাখল অমরোমদা নোংচূপকী 'রেনাসাঁ' হায়বদুমক্নি। লিরবা মল্লবা ৱাখলগী পঞ্জাও নমখায়দুনা অনৌবা মণিপুরী মীরোল কয়া-কয়ানা সাহিত্য অমসুং কলাগী লম খুদিংদা মায়কৈ খুদিংদগী অতিয়াদা থৱানমিচাক্নুম থোরক্লখিবা যুগনি। ময়ামদুগী মরক্তা পাচা মৈতৈ শজিক-থবা ওইখিবনি।

লৈখিদ্রবা নুংশিজরবা ওঝা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত না ঐঙোন্দা অমেরিকাদগী তাং ৯-৮-৯৯ ইংদা ইবীরকখিবা চিঠি অমদা পাচা মৈতৈগী মরমদা পনবীরকখি- 'পাচাগী পুন্সীসি নোংচুপকী কলা-জগত্তা ভানগোগ অমসুং গোগাগী পুন্সীগা নকশিন্নবা পুন্সীনি।' ওঝানা পাচা মৈতৈবু ভানগোগ, পোলগোগাগুম্বগা চাংদম্নরিবসি চাউরবা কমপ্লিমেন্ট অমনি। পাচাগী ফাগি-জোগাই পামজবা, তেন্তক-পীক্তক তাবা, ময়াং কংবা, নিঙাই চাউবা, নীংবা থুংদবা মায়থোঙ অদু হৌজিকসু শং-শং উরি।

পাচা মৈতৈনা অনোয়বা মীগী মতাঙদা পীরম্বা মোৎ অদুগা, নন্দু কৌবা মপাল লমদগী লাকপা ঐগী ক্লাসমেট অমনা মাগী মশা নোয়বী নূপীগী মরমদা হায়খিবা অনীদুগী খেন্নবা অদু ফিল্মগী 'মন্টাজ থিওরি'মক্নী।

অউনপোৎ(দাউরি)কী অচৌবা লগাউ খাওবগী আশাদা নহা ওইনা লুহোংখিবা য়াম্নসু লিকচবা নন্দুনি। মহাক্না হায়খি- 'মশক থীব-ফজবগী ৱাদি খঙদ্রে, মশা নোয়বী নূপী লৌবগী কান্নবা কয়ামা লৈ..।'

নন্দুগী অশেংবা মমিং নন্দুলাল অগরৱাল কৌই। মণিপুরদা শেল লৈবা ইমূং অমনি অগরৱাল। মতমদুদা সনা লৈবাক্কী মণি-মূক্তাশিংগী খনি অয়াম্বা মখোয়গী মখুৎ চনখ্রে হায়দুনা ঐগী মরূপ, ঘড়ী দুকান রেক্সকী মপূ এল তোম্পোক্না হেক-হেক হায়খি। অদুবু মণিপুর সনা কৈথেলগী মীয়াম মরক্তা মৈখেৎ উপু হাদুনা য়োনবা নন্দুগী ইমূংনা সনা লৈবাক য়ৌরক্ত্রিঙৈদা মরল-মথুম কয়াম লৈরমগদবা হায়বদুমদি হায়বা ঙমদ্রে।

দিৱালি নুমিৎকী নুমিদাংদা ইম্ফাল বাজারগী দুকানশিংদা মৈ থানবা, বম্বুলা-থাব নচিংবা কযাদু থওইনা য়েংবা চৎনবম্বশিংদু, হৌজিক্তি খরবু হন্থনববা ! ঐহাক্না খঙলকখিবা মতমদুদদি মহা ওইবম্মী। মী পুম্নমক ঙমজবী থাদুনা কে-মৌনরগা থাঙ্গাল বাজার তম্না ফুজিন্নে। নোংচুপকী কার্নিভ্যলগুম্বা কুম্মে অমনি হায়বা য়াই। অদুগুম্বা দিৱালিগী নুমিৎ অমদা নন্দুনা থাঙ্গাল বাজাবদা মৈখেৎ উপু হাদুনা য়োল্লম্বা ঐখোযনা থেংনখি। ঐখোয়বু লৈবা ঙম্বা নন্দুনা পৈশা অনীতা পীবা মৈখেৎ উপু যোনগদৌগী হারম্বদু, মোরোক মরুফাও পক্কবা ঐগুম্বনা নন্দুগীদমক ইকাযবীখি- 'কলেজ ছাত্রনা লম্বীদা মৈখেৎ উপু য়োনবা ! শালা নন্দু মীচোপ !'

অদুবু ইন্ডিয়া থাদোক্লবা তুংদদি, নন্দুগীদমক ঐহাক্না ইকাযবীখিবদো খল্লু-খল্লুরগা ইথন্তা হেন্ন-হেন্না ইকায়জরকখি। শিনফম অমা হেক্তা ওইসনু ভিক্ষাবু নিরুদ্রবদি যুরোপ-অমেরিকাগী সমাজদা অচোপ্পা শিনফম হায়বা অমা থোইনা লৈবা উদে। ওলাংথাগী ছুটি মতমদা 'সমর-জোব' হায়দুনা অচৌ-অশাংগী মচা-মশুশিংসু হোটেলদা কপ-প্লেট চাম্বা, হোটেলবোয় ওইরুবা অমদি ঠেলাগাড়ীদা আইসক্রিম য়োনবনচিংবগী থবক তৌনৈ, ইকায়নদে। ঐখোয় মৈতৈগীদি ইজ্জৎ য়েংনরিঙৈদা অফংবা থবক অমা হেক্তা তৌনদে। অদুগীসু মথক্তা থবক ফংনদবগী সমস্যাসু লৈবনা অয়াম্বা মতমদি লৈপুঙ ফমদুনা, নূপী লক্লদুনা লেন্নে।

তৌবগীবুদি মশা নোয়বা-নোয়বী নূপা-নূপী মৈতৈদা কয়া য়াওনবমদে। কোলেস্টরোলগী খনি ওইরিবা ঘী-থাউ, শা-ঙা কা-হেন্না চানদবনসু ওইরম্বা য়াই (হৌজিক্তবুদি ৱাফম অসি চুল্লরোই)। কোলেস্টরোলগী সমস্যা কয়া লৈনদ্রবসু গোলব্লাডরদা নূং লৈবগী সমস্যাদি মৈতৈদা য়াম্না লৈ। মসিগী মরমদা ইপাগা হেক পোকমীন্নবা ইখুবা য়াইমা ডা: নীলমনি (খুরাচৌবা) না ফাগি তৌদুনা নোংমা হায়খি- 'গোলব্লাডরদা নূং লৈবা মৈতৈদনা খর-খিৎ হেল্লিবসি চাক চাবা মতমদা থৌওইনা ঈশিং থক্তবা, অদুগা মোরোক্না মহা ওইবা যোংচাক্কা-আলুগা ইবোনবা যাম্না চাবননি।

সুম খল্লু-খল্লুরগা খুরাচৌবগী ৱাফমদু চুন্নমদৌ মাল্লি। পূক্নুংদগী নূং লৌথোকপগী ওপরেসন তৌবসি মৈতৈদনা খর-খিৎ হেনবরা নীংই। য়ূমথোঙ অয়াম্বদা মসিগী প্রোব্লেমসি হেক্তা মরৈনরম্মী।

ঐগী খুরাচৌবা নীলমনি ফাগি-জোগাই য়াম্না পামজবা মীওইনি। মাগা মিনিট অমত্তংবু ফম্মীন্নরুরবদি নোকপদা পূক্লি পায়দবা ঙমদে। চাবা-থকপদসু মরেক-মহাও থাংবদুতা খল্ল-খল্লগা চায়। ইন্ডিয়ান, ৱেস্টর্ন, চাইনিজ নচিংবা চিঞ্জাকশিং চাখিবসি ঐখোয় শাগেগী ওইবা ইতিহাসতদি খুরাচৌবনা অহানবা নূপানি। শা-ষণমক্তি য়াওখিদে। ঐখোয়’ পাবুংবু কিবদগী। ঙা-য়েরুম্না মহুৎ শিনবা প্রসাদি ঙাক্তনি।

অঙাং ওইরিঙৈদা নুমিদাংগী অরেম্বা চাক চজিকনা চরা ৱাল্লি। ঙারি লৌরগা চৌবিগাসু চায়। নোংফাদোক হোটেলগী কাংঙৌ-বোরা, তল, সাক লৈরগা চাবদুনি মৈতৈ ঐখোয়গী ব্রেকফাস্ট। সাহেবশিংনা ব্রেড-বটর-ওম্লেটকা তৌরগা চানবা ব্রেকফাস্ট অদুগুম্বসু খুরাচৌবনা অহানবা মহাও তংহনখি। ওট মরুদগী শাবা বিস্কিট, কেদ্‌বরি চোকোলেট, ওভলটিন, হোর্লিক্স, দহি-বরপ-খোইহি-ইলাইচি-লোং পূন্না হাপ্লগা শেম্বা লসি, হমদর্দকী রুহ্-অফজা নচিংবা মখল-মখা চিঞ্জাক কয়ানি খুরাচৌবনা পীজখিবা। সেন্দ্যুচ কৌবা চিঞ্জাকসিমসু য়াওখি।

১৮সুবা শতাব্দী অদুৱাইদা, শাথীনা জুৱার শান্নবা পামজবা সেন্দ্যুচ কৌবা, ইংল্যান্ডগী ৪সুবা আর্ল মিংথোল ফংবা নূপা অমনা পুথোক্লম্বা চিঞ্জাকনি- ‘সেন্দ্যুচ’। ডবলরুটি অনীগী মরক্তা শা খঙদে, ঙা খঙদে অফংবা অমা হেক্তা হাপ্লগা জুৱার শান্নরিঙৈ মরক্তা ইরাই-লাইনা চাবা য়ানবা শেমখিবা অশম্বা চিঞ্জাক মখলনি। সেন্দ্যুচকী মমিং লৌদুনা ‘সেন্দ্যুচ’ কৌখিবনি।

পুক্সীদা অহানবা ওইনা কোফি থকখিবসু দিমাপুরদা খুরাচৌবখোয়দনি। মদুগী মমাঙদদি কোফিগী মমিং ফাওবা তাখিদ্রি। চা থকপা ফাওবা থিংবা ইমূংদা কোফিগী মিং তাফম থোক্কে।

তিনগী পাত্র অমদা হাপ্পা কোফি অদো য়েংবদা ওভালটিন মাল্লি। পাত্র অদো খুরাচৌবগী কার্টরগা শম্নবা চাকশঙগী রেক্তো থম্মী। ইন্দোন য়াইমনা, ঈশিং অশাবা হাপ্পা কপ অমদা শঙ্গোম-চিনি নৈশিল্লগা খুরাচৌবতদং পীথকই। ইচে শ্যামা, ইচল রাধা (খুরাচৌবগী মচা নিঙোলশিং) ঐখোয কনামত্তদা পীথক্তে। পোৎশক্তু করিনো খঙনীংদুনা তুমিন্না হুরাল্লগা চাগুম্না থক্কদবা কোফিদুবু খুবাম-খুবাম লৌরগা ঙমোকতৌনা চারুই। হেক চাবগা নোংমাংখামুক খাদ্রবসু অখাবা অমা লৈতোনদা খংফাও-ফাওরকখি। মদুদনি হৌদোংনা নাপী চারুরগা ওবদুগুম থোকখিবদো !

চুরূপ চিংবা হৌখিবসু অদুমঙাই। মদুসু খুরাচৌবগী মচৈ ৫০ হানবা কেপ্সটেন চুরূপ টিন উপুদগী লোন্না শৎপনি।

সিলেটকী মীনা চুরূপপু সিগ্রেট কৌই। চুরূপসি বৃটিশশিংনা শ্যেরুট হায়রগা খঙনবা ইঞ্চি অহুম-মখায় শাংবা স্পেনিস ব্রাহৈদা সিগারো হায়বদু ওইরমগনি।

স্পেইনগী সেভাইল (১৬ শুবা শতাব্দী) কৌবা প্রোভিন্স অদুগী চাক্লিবশিংনা চুরূপ মতেক খুল্লগা চেজেত্তো কোনদূনা থকপা সিগারিল্লোদু সিলেটতা পোকপা ঐখোয়না হায়নবা সিগ্রেট অদু ওইরম্বা য়াই খল্লি। ঐখোয়সু চুরূপ মতেক খুল্লগা চুরূপ কোনদুনা ময়াম থকখি।

খুরাচৌবনা ঐবু ' তায়েমা (তায়াইমা)গী মশক মাল্লি অঙাংসে' (ঐবু পোকপা পাবুংদা খুরাচৌবনা তায়েমা কৌই) হায়দুনা য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌবী। ষন শারগা মনঙ্গন্দা তোংহল্লি। পোবী-পম্বীরগা কুম্মে-ফিয়োংদসু পুবী। নোংমদি পুলিস দারোগাশিংনা উপ্পবা টুপীগা খাকি মচুগী সাফারি স্যুটকা লৈরক্তুনা ঐঙোন্দা শেৎপীরগা ফোটো নম্বীখি। ফোটোদু ফক্লাংদা ফ্রেম চল্লগা থেৎখি। ইচে য়াইমা পুতুলনদি ফোটোদু উরগা ঐঙোনদা নোক্ল-নোক্লা লক্লখি- 'সাহেব মচাবুদি মাল্লে হায়বু ক্লাক্লা ব্রাহোং মতু থেৎপৈ ব্রারীদুদি নীংশিংলকই. . .।'

খৃ: ১৯৫২ গী করম্বা থানো হায়বদুদি ঙমদ্রে, নোংমা পাবুং-ইমা লোয়ননা অহানবা ওইনা সিলেটতগী মণিপুর চৎপগী লম্বীদা দিমাপুর য়ৌরকখি। মতমদুদা খুরাচৌবদু দিমাপুরদা সরকারনা নৌনা লিংখৎপা হোস্পিটাল অমদা ডাক্টর ওইরি।

ঐখোযনা থুংখিবদু হোস্পিটালগা শম্নবা শম্বনলৈনা খাজিনবা খুবাচৌবগী ক্বার্টরদনি। নাগাগী ঈবাং কন্না হৌবা, বোম কাপখাযদুনা থোং থুগায়খিবদগী লম্বী থিংবনচিংবগী থৌদোক কয়া তত্তনা থোক্পা মতম্নি। অদুগুম্বা তাঞ্জা অমা থোকখিবদগী ঐখোয় নুমিৎ খরনি দিমাপুবদা পন্থখি।

অহানবদা সিলচরদগী প্লেন তোংদুনা ইম্ফাল চৎপগী থৌবাং লৈরম্বনি। অদুবু বিরলা এয়রলাইন্সকী পেসেঞ্জর ১২ চনবা ডেকোটা প্লেন অদু ময়াম্না য়াম্না খুদোংথীনীংঙাই ওই হায়বদগী পাবুংগী পুক্নীং হোংখিদুনা ত্রেন্না দিমাপুরদা থুংলখিবনি। ঐদি প্লেন তোংদৌরে হায়বগী ৱাখলদা গরুড় গুম কোইপাই-পাইরুরবনি, নুঙাইবা মঙলান অমদা।

এরোপ্লেন তোংবগী আশা কায়খ্রবসু অমরোমদদি ঐবু লুনা-চান্না নুংশিনা তৌবীবা খুরাচৌবগা অরোয়বা উনবা ফংজখিবদু আশীর্বাদ অমগুম লৌদবা ঙমদে।

অমরোমদনা অৱাৎপা মেনখৎপীবা অমগুম ঐগী হেক ইপঙ্খৌনা পোকপা, ওক্তবদসু-ঙাওবদসু-বক্সীদসু ৱারীনরবা তাভদ্রগা উনবগী তাঙলবা তাঞ্জা অমা ফংখি। মহাক্না পুন্সীদা অহানবা উনবনি।

মীৎকুপ অনী ফাখিদে মহাক্না উনখিবদো। অদুবু মকোই-মরাঙ চোন্নবা মাগী মায়থোঙদো শুক্নাউ-কাউথোকপা ঙমদ্রি ঙসিসু। রশিয়াগী অনীশুবা সম্রাট নিকোলাসকী অচানবা মীওই অমা ওইখিবা, মরমচৎ চুমদবা মিষ্টিক সাধু রাশপুটিনগী মশক্তুমক হৈজিল্লি। হেক-উবদা থুক-লাউবা অকিবা অমা পোকখি। অদুবু যুক্তিনা লামবা ফংখিদবা অকিবদুগী মরক্তুদা করিনো হায়বদুগী ময়েক শেংখিদবা মীনুংশি অমা ফাওরকখি।

খুরাচৌবনা ঐঙোনদা মিলিটরীগী ওর্ডরগুম্না লাউরকখি-'নয়াম্বনি খুরুম্মু' । অদুবু খুরুম্বগী মতম ফংহৌদে। করিমত্তা হায়রমদনা হাথু-হাথু অমুক হনখি ইয়াম্বদো, পাবুংগা ইমাগা চংলকখিবা উবদগী।

থমোয় মকপা-শেংবা, নুংশিবগী অশেংবা শক্তম অমা মীওইবা থমোযনুংগী কাচিন অমদা থৃপ্নুনা লৈ হায়নৈ। শক্তম অদু পাক-হেক উবা ফংদে কনামত্তনা। শেংনা উরিবা মীওই অদুদি মহাত্মানি।

মহাত্মা নত্তবা ঐখোয়দি থমোয়নুংগী কাচিন-কোয়াদা কোয়মা মাদুনা থিরবসু নুংশিবগী আগর মনম ফাউরক্তে। ঐগী চহী মতাং অদো থমোয়নুংগী কাচিন-কোয়া ফাক্তুনা নুংশিবা থিবা ঙমদ্রিবা মতাংনি। অদুনা ঐঙোনদা অঙকপা ব্লাহং অমা ওইনা থোকখি তাভদ্রগী মতৌদুদা।

মহাক্লা চৎখ্রবা মতুংদা খুরাচৌবনা কিথী-কিরুম, পাবুংদা তিনবুন-নাপুন মচুগুম্না মুরংননা লংত্রিক-লংবা পোৎ অমা উৎল খি- 'তায়েমা ,ভদ্রনা মসি চেকশিন্না থম্মু , ঐখোয়বু য়েংথীবা য়াম্না লৈ হায়রম্মী'। মদু উবদা পাবুংদো মশাপূম্বা থক-থক নীকখি ।

-'বিষ্ণু! বিষ্ণু! হৌজিকমক মদু হুন্দোক্লুচো নীলমনি।'

পাবুংবু য়াম্না লুনা ব্যাবহার তৌজবা খুরাচৌবনি। পাখৎপনা খম-থেংখি। অফিং-অফাই চেহ্লোকলুরগা হোস্পিটালগী লম্মাংদা লৈবা লেত্রিনদা পোৎ অদু থাধরুই। মদু পিষ্টোলনি।

খৃ:১৯৫৭ দা শিলোংগী চেষ্ট হোস্পিটালদা ঐগী খুরাচৌবদু অরোয়বা য়াহিপ তানখি। ঐগী ইয়াম্বা য়াইমা বদনসিংহনা মচাশক্লা খুরাচৌবগী অরোয়বা সংস্কার পাঙথোকখি। মতমদুদা ঐখোয় সিলেটতা হল্লক্তুনা লৈরে। খুরাচৌবা লৈখিদবগী পাউ তাবগা পাবুংদু নুমিৎ-চুপ্পা ব্লা অমত্তা ঙাঙদনা মালা চৎতুনা লৈখি। ঙাইহাক লৈতনা মালা খাউনা মপি তৈথোকখি। পুন্সীদা পাবুংনা মপি তাবা উখিবা মদুনা অহানবনি। অরোয়বসুনি ।

দিমাপুরগী মমিং তাদবা মৈতৈ মচা লৈরমগনি থাজদে। ইন্ডিয়াগী অতৈ লমদগী কংফাল লম্বীদা মণিপুর চংলকপা তারবদি দিমাপুর ফাওরকপা নত্তনা অতোপ্পা লম্বী লৈরমদে। হৌজিকপুদি জীরিবোমদা ফাওরগা কাছার চৎপগী লম্বী অমা লৈরে। লম্বীদু ফাউদুনা অমুক্তংদি চৎলুরে ঐগী ইনে লৌবা মামা বাগেন্দ্রগী ফিরোইদা। অদুবু মীয়াম্নদি দিমাপুররোমদা চৎপসিনা হেন্ন-হৈনবগুম তৌনবা মাল্লি। ঐহাকসু ঙসি ফাওবদা দিমাপুর ফাউরগা মণিপুরদা চৎখোক-চৎশিন তৌখিবসি মশিঙ লাকঙমদ্রবনি। অদুনা দিমাপুরগা মরী লৈনবা স্মৃতি কয়া অমা ঙসিসু লেঙদনা লৈরি।

ঐখোয়না দিমাপুরদা থুংলখিবা নোং-নীনি মতুংগী ৱানি। অয়ুক্কি। নুমিৎতু নোংমাইজিং ওইরমগদ্রা খল্লি। খৃষ্টান লাইনীং চৎপশিং গীর্জ্জা তম্না মফি-মরোল লূ-নান্না শেৎলগা শঙ্গু-শঙ্গু লম্বীদা চৎপা উই। হোস্পিটালসু ঈচিক-চিকই। তাঞ্জাদুমক্তদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা নিশা চাবা নূপী-নূপা মাপন-তরারোম ফৃজিল্লক্তুনা 'ডাক্টর বাবু আফিম, ডাক্টর বাবু আফিম' হায়দুনা লাউ-লাউদুনা কোয়চেন-চেল্লগা খুরাচৌববু কোইথি-থিরখি। ময়ামদুদগী খরদি শারৈ হৌবা মীগী মতৌগুম হাইথদুনা লৈমায়থক্তা তাখি। মচিনদা কোঙ্গোল প্রিক-প্রিক কায়। থরো-মালো ওল্লি। মশাপূম্না পংনীক্তে-নীকই। মফি-মরোল শেৎলি-শেৎতে জ্ঞান তানখিদে। মখোয়গী মরক্তা মৌ নহা, লৈশাবীসু য়াওই। চম্না শেৎচবা মশাগী ফিজেৎতা মফি-মরোল শেৎলি-শেৎতে খঙনরকখিদ্রবদুদি শখিশিংগী বস্ত্রহরণ লীলা হায়বদুমক্নি।

করম্বা হায়ঙমদ্রবা নিশানো ! ঐহাক ইকায়-ইকি ৱাংমা লাঙ্ছোক্তুনা মীৎ কুপ্তমখৈ য়েংদুনা লৈখি বস্ত্রহরণগী লীলাদু। ইমূংদগী ইমানা লাউরক্লমদ্রবদি অদুম য়েংদুনা লৈরমগনি। নূপীগী অরোন-অথুপ য়াউদ্রবা সম্পূর্ণ এনাটোমী উখিবসি মদুনা ঐগী পুন্সীদা অহানবনি।

ঐগী পুন্সীগী স্মৃতিদা দিমাপুর লেঙদ্রবা ঠিকানা অমনি। অহানবা তাভদ্রগা উনখিবসু মফম অসিদনি। খুরাচৌবগা অরোয়বা উনখিবসু মফম অসিদনি। পুন্সীনা নিশাগী অশিবা মায়থোঙ অহানবা ওইনা উখিবসু মফম অসিদনি। দিমাপুরগী স্মৃতি অসি ঐগী থমোয়দদি কোহিমাগী নৃংপাক্তা হক্তুনা লৈখ্রবা দেবর্ষি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী খোঙফম মমিগুম্বনি ।

চহী তরাগী মতুংদা অমুক হন্না তাভদ্রগা গৌহাটিদা উনখি। মদু মহাক্তা উনখিবা অরোয়বনি। মতমদু গৌহাটিগী মণিপুরী বস্তিদা লৈদুনা বি এ তল্লি। ফজবী আসামী লৈশাবীশিং তান্নরি। গুন্দা-য়ু-জুৱারগী হৌখ্রবা পুন্সীদু অমুক হঞ্জিল্লকপগী ঈথিল অমা ফাউরকখিবা মতাংসুনি। য়াম্না ৱানা য়া ক্রক-ক্রক চিক্লা খাঙখিবা মতম্নি হায়বা য়াই।

ঐনা লৈবা যূমদু সনাশাবা জিবনসিংগীদা ভারাদনি। জিবনসিংসু সিলেট মচানি। মহাক্না ঐখোয় ইমূংগী পারি-পুরি লোয়নমক খঙই। সিলেটতা ময়াংশিংগী মরক্তা মৈতৈমচা খজিক্তং তাবা মরম্না মৈতৈ মচা অমনা অমগী পারি-পুরি খঙবা ইরাই-লাইনা থোকই। জিবনসিংগী হৌরকফমসু ঐনা খঙই। সিলেট সহরগী লামাবাজার মহাক্কী পোকফম্নি। সিলেটনা পাকিস্তানগী মনুং-হেক চনখিবগা মখোয়গী ইমূং আসামদা হোংখি। মখোয়না আসামদা হোংলনি হায়বগী পাউ তাবদা মৈতৈশিংনা হংবা চৎনখি। চহী তরামুক্কী তুংদা অমুক তাভদ্রগা ঐগা জিবনসিংগী যূমদা উনখি। মদু ঐঙোনদা মঙগুম থোকখি।নোংমা ওলাংথাগী সন্ধ্যা অমদা ঐবু ঙকহল্লগে মতাগুম ঐগী কাদা জিবনসিংনা তাভদ্রবু নোংলৈ-নুংশিংকুম পুদুনা চংলকখি। নুমিৎ অদো ঐদি মণিপুরী বস্তি মনাক্তা লৈবা দেশৱালিশিংগী অহোঙবা হোটেল অমদগী হামেং থোংবা চারুবদগী এলার্জি তৌদুনা কন্না লাইহৌ হৌরি।

জিবনসিং ঐগী যূম্বু ওইজরবসু, চহীদা হঞ্জরবসু মা-ঐ কোইনদে। সেক্সকি মরম ফাওবদসু ইবানী হঙ্গোইনদনা অরোনবা ৱারী ৱাতাই কয়া শানৈ। কাদা চংলকপগা জিবনসিংনা লাউরকখি, খুরাচৌবনা মমাঙঙৈদা তৌখিবা মিলিটরি-ওর্ডরদুমক্কী খোঞ্জেলদা। খুরুম্মুমক্তি হায়রকখিদে- ‘হে শোণী থোরাইমচা, সি কনানো খঙব্রা? নয়াম্বনি।’

ঙমদ-ঙমদা থক-থক নীক্লা ফমুংদগী হৌগৎলকপদা মকোয়-মরাঙ চোম্বা, ফিগী চমোৎনবা খাউ অচৌবা অমা য়ানবা নূপা অমগা জিবনসিংগা ঐগী ফম্মাঙদা লেপ্লম্মী। ঐনা মুন্না য়েংলগা জ্ঞান-মেন তাদনা খুরুমগে তৌখি, মসিনা করম্বা ইয়াম্বা অমনো খন্ন-খন্না।

তাভদ্রনা ঐঙোন্দা য়েংলকপদো মপুন্সীদা কনাদগীসু মীনুংশি, থৌজাল, ইকায়খুম্নবা ফংজদ্রিবা মীওই অমগী মতৌনি। ইমোশন্না নমহৎলকখিদুনা তৌরিব্রা খঙদে, লৈলোম্বা মীদৌনা

হায়রকখি- 'পু. . পু. .পু-ন্সীয়ু. . পুন্সীয়ু।'' অদুদগী মনীংলোমদা থোকখ্রগা ঐগী অনাবা ফনবা 'ওঁ ক্লিং-ক্লাং' হায়দুনা মন্ত্র মুরুম-মরুম শোল্লল্লগা মথক্লোমদা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈখি। অদুগা হায়রকখি-'ঐনা তানখ্রে , ফরনি ব্রারুরনু'। কনাবু তাম্ছোকখ্রিবা হায়বদুমদি ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংখিদে।

চৎলমদাইদা লূপা তরা-চৎপি অমা পীরম্মী। মদু, মতম অদুদা পৎ-তত্তুনা লৈখিবা ঐঙোনদদি থাজরুদনা ফংবা লনগৈ অমগুম থোকখি। লূপা তরা-চৎপি অদো মচিন-মনাও নুংশিনবগী ভাঙলবা খুদম অমগুম খনদবা ঙমদে ঙসিসু ।

মহাক থবক অমত্তা তং-তানা তৌদে ঙাইহাক লৈতনা শিল্লিহায়। মরক-মরক্তা দিল্লি-পঞ্জাবতগী ত্রক থৌদুনা গৌহাটিদা ফুৎ-ফুৎ ফাউরকই। মতু-মচা লৈবা মী মান্দে। মীগসু থোইনা তোৎন-তিন্নদে। মতোমতা ঙায়রবা নাইতোম তাবা পুন্সীনি। তাভদ্রবু পোকপা ইপন্ধৌ-ইম্মান্ধৌ অনীমক ঙস্তানা লৈখিদে। পোকমীন্নবা ময়াম্বা ছত্রসিং(তাধল)সু মপুজেং পুবা ঙমদ্রিবা মতমনি অদুনা পাবুংনা মখোয় মচিন-মনাও অনীমকপু য়োকখি। স্কুল ওঝাগী চী-লাউনা ফংখিবা পাবুংগী তলব অদুনা ঐখোয় ময়াম্বু য়োক্লবা হোৎনখিবদু অরায়বা ওইখিদে। হিংনবগী লানফমদা চংদ-য়াখিদবা মরুওইবা পোৎলমশিং থিবদা মচাশিংগী অফ-ফত্তা য়েংশিনবগী মতম মখোয়দা লৈখিদে। অদুগুম্বা ফিভমশিংদুদা ঙাওশীন্নবা অঙাং অমবু ব্রারকপগী মতম কনাগী লৈগনি? ঐবু পোকপা অহলদি নুমিৎচুপ্পা গীতা, বেদ-পুরান, চৈতন্যচরিতামৃত, উপনিষদনচিংবা ধর্মগী লাইরিক্তা উংখিদুনা সংসারগী নিল্লবা মীকপ-মীরাওখোল তাবীদনা লাপথোক্লা মায় লৈথোক্নুনা লৈখিবা মীনি।

ধর্ম-কর্মদা শাথীনা উংবা মীদি মথন্তা স্বর্গ কাবগী মঙদা তাউজবা পূকচেল পীকপা মীনি হায়নৈ। কা-হেন্না লাইনীং চেৎলি হায়নবা সাধু-সন্যাসিশিংসু অদুমঙাই পূকচেল পীকপদা। মশাতগী থল্লগা লম্বোইরগা সংসার ত্যাগ তৌদুনা চৎনখিবা ঙাক্লি, পৃথিবীদা ব্রানা হিংহৌরিবা লায়রবা লাইবক থীবা কনাগুম্বা মীওই অমত্তং ফাউবগী কান্ননবা করিমত্তা তৌরমদনা। ঐদি তশেংনা পূকচেল চঙবা সাধু-সন্যাসি অমত্তা থেংনজদ্রি। ঐনা পাপ চেনবনসু ওইরম্বা য়াই।

ঐগী ইমা চাযাম পোকপীনি। মচাশিংবু হোৎনগদ্রা মীচাবু হোৎনগদ্রা খনবদা জ্ঞান মাঙখিবী, সংসারগী অৱাৎ-অপা মেন্নবগী চক্রি তকপদা মশা মউসু পোপ্লবীনি। করিগীনো খঙদে তাভদ্রনা পাবুং-ইমাগী মথক্তা ৱারৌবা য়াম্না লৈখি। ঐখোয়গী ইমূংবু নুংশিখিদবা, কল্লক-মীহৌবা লৈকাযগী মী খরনসু যজ্ঞগী অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম খোইদৌথিৎনা শাউনবা মঙোন্দা ইনশীনবিখি। অদুনা মহাক অমুক্কসু হেন্না খা-রায় খঙদনা ঙাউশিন্নবা মী হায়বদু ওইরকখিবনি। পাবুং-ইমাবু মাগী য়েক্লবা ওইনা লৌখি।

অশাউবগী থনুং থূম্না ঈ কাহনবা ৱাখল্লোনগী চুরাম্থাবনা পুখিদুনা নোংমা পচ্ছুংফম খঙদ্রবা মীচেন অমগী পুন্সী খোঙচৎতা সমাজনা হঙ্গোইনা তৌবা ওক্তবা, হুরান-চিল্থীবা, তাকু-তরাং অমদি তিনমু-লাইমু লোয়নবা মীশিংনতা চৎপা মাঙ-তাক্লবগী অমম্বা লম্বীদা চৎখি তাভদ্রদু। মশা মাঙহঞ্জবতা নত্তনা মহাক্না তাথীবা মী খুদিংমক লোইশিল্লগা-লোইরে হায়বগী ৱাশক লৌদুনা যাদু-মন্ত্র অমদি লাইৱা-তিনৱাগী বিদ্যা থিবা আসামগী খুঙ্গং-খুঙ্গংদা কোয়চৎ চৎলম্মী। মহাক্কী লেংজুমদা য়াল্লিবা অচৌবা ফিগী খাউ অদুদা শোরেন-অপৃম্বীগী খুনাউবী, মোংফমগী মৈতাল, মশা শোকপা য়াদবী নূপীনা শেৎপা ফনেক মচেৎ, শা-ঙাগী খুজিন, শরু-শয়াং, কঙ্কর, গঞ্জানচিংবা পীক-থন্না য়াওই হায়নৈ।

মরায়বক থীবা মীওইনি হায়বসু য়াই তাভদ্রদু। সংসারগী লীলা-ফম্বাক অসিদা ময়াম্না মাবু ফত্তবা-ওক্তবা লীচৎ অমগী রোল লৌবা মী অমা ওইনতা উবিখি। ভাবোক য়াউদ্রবা লীলাগী মথন্তা কপ্লীং-কপ্লীং কপ্পদি ঙমদনা মমীৎ নোইদুনা লৈবা ত্রেজিক হিরো অমগুম্নদি খক-উবিখিদে। নুংশি হৈত্রবা সমাজগী নামতা য়েংবা অখুবা মীৎয়েংনা মহাক্কী দোষতমক উবিখি। মাবু নীংশিংবা খুদিং, থমোয়নুংদা নোং চুগে-চুগে তৌরকই।

তাভদ্রগা ঐগা শাজৎ-লিচৎতা মান্নবা য়াম্না লৈ। শাউগনবা, নীং-তমনীংবা, লমহেন-তুহেনবা অমসুং কোয়গনবা।

লুকমনীগা মরীল মান্নবী সুলোচনা মপূরোইবগী শোরাৎ মতুং ইকুই-কুইদনা নূপা ময়ূমগী ইঙ্খোল য়োঙ্খোক্লম্লগা নাগ-মপানদা হোটেল ফমখি। 'প্যারাডাইজ হোটেল' কৌই। হোটেলদু নিশা চাবশিংগীদি স্বর্গমক্লি হায়নৈ। অমবু ওইরে-অমবু ওইরে ময়ামদগী থোইদোক্লা থাগৎনীঙাই ওইবা তোপ-তোপ্পা গুণ খরদি সুলোচনাদা চেল্লি। মদুগীদমক থাগৎতবা ঙমদে। জবান লৈ। মচীন-থীদে। মাবু ঐনা মনূং-হুৎনা খঙবগী মরমদি বোরমণিনা মাবু লৌদ্রিঙৈ মমাঙদা মা-ঐ ইচম-চম্না ওইরবসু নুংশিনরম্মী।

মশাদা থোকখিবা নুংশি-নুঙোলগী ৱারী কাউথোক্নবা মীওই থোইনা লৈতে। অহানবা মাগা খঙনখিবা নুমিৎ অদো ঐসু কাউবা ঙমদে। নীংশিং মিংশেলদা মদুগী মমি মরীক-চূম্না তাদ্রবসু মরুওইবা থৌদোক খরদি ঙসিসু থমোয়গী মফম অমদা অদুম লৈরি। .

দি এম কলেজ তম্লিঙৈ মতমগী ৱারীনি। ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবা অদুগা নুংশিনসু তিন্নবা মরূপ কোইজম মাখননা য়াউশংগী থাবল চোংবা লাক্তবা য়াদে হায়দুনা থাংমৈবন্দদা চৎখি। পুন্সীগী অহানবা য়াউশং থাবল চোংখিবা নুমিৎনি মদুনা।

সুলোচনাসু থাবল চোংলম্মী। হার্ট(থমোয়)কী মওং মানবা মাগী শুঙ্কৎ-মায়থোঙদো, 'ডি ৱিন্দ কেননোট রীড' হায়বা ফিল্মদা য়াওবা জপানিজ এক্ট্রেস য়ুকোতানি হায়ফেৎ হৈজিল্লি। কুচু-কুমেনসু য়াম্না শেংই। আর কে সি এস কী ফাওরবা লাইয়েক 'কাও ফাবা' দা উখিবা শাই ককপী থোইবীসু খর-খরা মানগুম্মি। মাবু হেক উখিবা মীৎকুপতুদা থমোয়সে খুদুম শৎ-চনবিখি হায়বা তাই।

চিত্রকার আর কে সি এস কী 'কাও ফাবা', 'থোইবীনা ফি শাবা', 'খম্বা-নোংবান লমজেল তান্নবা' হৌজিকসু সিলেটতা মৈতৈশিংগী য়ূমথোঙ খুদিংদা থেক্তুনা লৈতেংনরি। মশাগী হৌরকফম ইতিহাসকী লৈ-চারা থানবা মরু-মরাং লীদুনা থম্নবগুম।

ময়াং লৈবাক্কী মৈতৈমচা অমা ওইবনা, ঐঙোনদদি থাবল

হবাও-নুঙাইবগী শাফু অমনা ইশাপূম্বা হুমাং কাংহনখি। অদুগীসু মথক্তা সুলোচনাগী খুজেং পায়দুনা থাবলচোংনীংবগী ৱাখলদুনসু ঐবু হেন্না কঙাউনহনখি।

নূপা চঙবা য়ারনি হায়না হেক-লাউথোরকখিবগা উমাইবিগুম পাইশিল্লি , ঐনা ঙসাইদগী লুমদুনা লৈরকখিবা সুলোচনা তম্না। পায়বা ফংহৌররোই পাখৎপদগী ঐনা অতৈদগী হান্নবা চেনশিনখিবগী খোঙজেল অদু ওলিম্পিকতা মিটর ১০০ গী রেকোর্ড থুগায়রগে চেনবা লমজেল- পাংখক ওইরমগনি।

অমম-অঙালনা শাক্কিনি, লৈশাবী কনামত্তগী খুজেং মঙদসু পায়রকখিদ্রিবা ঐনি । ওক্তবীগী নত্তনা নূপী হায়বী জাতকী মনাক্তা ফুট অনী য়ৌনা চংশিনবগী খুদোংচাবসু ফংলকখিদ্রিবনি। অদুবু পুন্সীগী অহানবা থাবল চোংবা নুমিৎতুদা শকখঙদবী, নীংথিরবী মৈতৈ চনুরা অমগী থোৎ-নৌরবী খুজেং তশেংনমক্কী পায়বা ফংলগনি খনখিবদো, ঐগী লমহেনবা ৱাখলনসু লাম্বা ফংখিদ্রিবা 'ড্রিম কমস টু ' হায়বদুমক থোকখি।'ড্রিম'(মঙ)গী মরমদা অঙাং ওইরিঙৈদগী ঙসি ফাওবদা ঐনা খঙদবা অমা লৈখি। পেনদ্রবা থমোয়গী পেনদবা ৱাকৎ অমনি।

অকিবা মঙ মঙলগা মঙলাক্রে। সেক্সকী মৈশাসু থাঙ্গেশেংনা ঈংথহল্লি। অদুবু শেল খাউজাও-খাউজাও খুল্লগা মোন মখাদা থনম্বদুদি মীৎকপ থোরক্লবা তুংদা লৈরমদে। অদুবু নুমিত্তুমদি সুলোচনাগী খুজেং পায়খিবদুদা পূম্নমক ফংলবগুম নীংখি। মঙ চুস্লবনিনা মঙদা ফংবা শেলসু শোয়দনা মোন মখাদা লৈরমফম থোকপনি। ফংদবগী মরমসি থিবা-হুম্বা ৱাৎপনা ওইরম্বসু য়ারি । সেক্সপিয়রনা- 'দেয়র আর সমথিং মোর দ্যন হেভন এন্দ আর্থ হ্বিচ, কেননোট বি ড্রেমট্ বাই এনি ফিলোসোফর' হায়রম্বদু চুম্লমবা য়াই।

পোকপা অমসুং শিবগী মরক্তা হিংবগী থোইদোক-হেনদোকপা মহাউ অমা লৈ হায়বদো কৈদৌনুংদসু তংখিদ্রিবা ঐগী পুন্সীনি। সু'গী (নুংশিনবা মশেন্না অশম্বিদা মিংগৌনবদু ঐসু পামজদুনা মতৌ তমজবনি)মখুৎ তাপ-পায়রুবগা খনখি মসিনিকো পুন্সীগী অশেংবা

ফংলক্তনা ফংবা লৈশাবীগী খুজেং পায়বদুদা ঐদি খংবোই- লাকপোই ওখাক-কন্না পায়বীরুরমাল্লে। মাগী তনান-তথোৎলবী খুজেংগী খুজি অদো থেংজিন্নরুরবা সাইকলগী অখোইবা রিমগী মওং লৌখি। অদুবু অশাউবা উৎলকখিদে, অয়োসু হায়রক্তে। মোমোন-নোকফেৎ য়েংলকখি অনাবা খাঙন-খাঙনা মাগী শজি মীৎতাদুনা । নীংথিরবী চনুরা অমগী নুংশি-মীৎয়েং উবদা ঙাওরোইদবা পাখঙ কনা লৈবগে ?

হরাও-মথোই কাখিদুনা কৌজেংগী মতৌদা পংচোং-চোংখি, ইশাদা তাল-মেন পক্লবা ঐনা। ঐগী থাবল খুৎচোংদো উবদা থাবল ঙাকপা নহারোলশিংদু পেল্লমলোই। মাদি থিক-থিক নোকখি। নোকপগী মনূং হুৎচিনবা অর্থ খঙবা ঙম্বা মী ঐ নত্তে। মনূংগী করম্বা অর্থ চেলহল্লকখিবনো খঙখিদবনা ঐনদি মানা ঐবু লক্লরকখিবা ওইনা লৌখি।

চহী মতাঙ অদুদা নুপীনা, মদুসু সু'গুন্বী লৈশাবীনা লক্লরকখিবনি খনখিবদো শাথীনা ইকায়নীঙাই ওইবা ৱাফমনি। মাবু ফনমক পামজরবসু ৱারৌগুম-ইকায়গুম তৌখিবনা মখুৎ থাদোক্তু না থোরক্কে তৌখি। অদুবু থাজরুদনা মতাঙদুদা মখুত্তা পায়রম্বা হুমাঙনা চোৎলবা মমিং থানা লৈরোং থোক্পা রুমালদো ঐঙোনদা তপ্লা পীরকখি - 'হয়েং জি পি গেটতা লৈবীরম্মু '।

মখা চৎথরকখিবশিংদুদি কনানসু খঙলরোইদবা থুপচিনখ্রবা ইতিহাস ওইখ্রে।

১৯৭২, জনুয়ারি ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদনি 'হোটেল পেরাডাইজ'গী মনীংলোমদা তপথোকপা চীকলবা কা অমদা সুলোচনাগা কুইরবা তুংদা উনখিবা। য়ুরোপ চৎলমদাই মমাঙ নোং-নিনীদি ইচিন-ইনাও, ইশুং -ইমান্নবশিংগা উনরমগে হায়দুনা কোয়চৎ-চৎখিঙৈ মরক্তনি। কদোমদগীনো খঙহৌদনা ঐগী থূপ্লবা থমোয় কাচিন্নুং অমদগী সু'বু উনীংবগী ঈখৌলাংবা অমা

'পেরাডাইজ' তম্না চৎখি। ইম্ফাল সহরদা প্রকৃতিনা চলাইবা অমস্বগী ব্রেক আউট ওইশিল্লকখি নুমিৎ অদু। খাইবস্বন্দ বাজারগী ভাযোনফম মনাক্তা লৈবা অমাংশঙ্গী মনমদা শ্বব থিংগৎ থিংগৎ, ফ ভু হাউদিনা ফুনাজিল্লক্লবা নাগা তৃবেল নালা লাম্ভোক্তুনা কনম্না 'পেরাডাইজ' যৌবকখিবা খঙহৌদে।

অনৌবা চহী লাকপগী হরাও-মথোইনবা হেন্নাখিবনাবা নত্রগা তলব ফংনদবা মতাঙ থোককখিবনবা কাউণ্টর মনাক্তা চাংম্মী নুপামচা অমখক লেপ্পুনা লৈরম্বা নত্তনা অতৈ কনামত্তা লৈবমদে। নুপামচাদু হোটেল বোযসু মানদে, মেনেজবসু মানদে। প্লেটতগী শা-অতাউবশিং অমমম লৌখৎলগা তনদে-মানদে তপ্প-তপ্পা খবর মচেৎনা যোমশীল্লম্মি। ঐনা মঙোনদগী খবর মচেৎনা য়োমবা য়েনফৈ অতাউবা অমা লৈরগা হংই- 'ইবুংঙো নমাদি'? মদুগী পাউখুম ওইনা করিসু থওই-ব্রাওইদবা মওংদা হোটেল মনীংলোমদা খুদোম্বী থিল্লকখি।

হোটেল মনীংগী কাদু য়াম্না লূ-নাল্লি। মিংশেল চনবা আলমারি অমা, অনেম্বা টেবল মচা অমা অদুগা মোড়া খরা তরু-তনান থারম্মী। লৈমায়সু তত্তনা ব্রাই তৈদুনা লূ-নান্না থম্বা লৈমায়নি। মহৌশা মৈতৈ ইমূং অমগী মতৌনি। অসুক্কী মতিক লূ-নাল্লি। লৈমায়দা তাবা অচাপোৎ খুল্লগা চাবদা হঙ্গোইবা পোক্লোয় । ঐনা চংলকপদো মানা মনমদা খঙখিব্রা, লৈ শাৎপা ব্রাঙ্খে কাংখল খনবা ফমুং অমদা চেপ্পা ঙাথদুনা লৈরম্বদগী ইহা-হাদনা হৌগৎলক্তুনা হায়রকখি- 'তামো মোড়াদা লেঙাশিনবিয়ু'।

মমাঙঙৈদা উখিবা 'ইকোতানি' মানখিবা মাযথোঙদুমক্তি লৈরমদ্রে। মশাসু নোয়থোকলম্লে। ঐগী মীৎনা থিখিবদা মহাক, শকখঙদবা অরাপ্পা গ্রহ অমগী মীদৌনা উখি। ঐনা নুংশিজখিবা সু'দু উবা ফংখিদে। খঙহৌদনা খংতন-তনশিল্লকখি। মফমদু থাদোক্তুনা হৌদুনা চেন্নীংবগী ঈরাং অমা ফাওরকখি। চৈরক্তুদা মানা ঐঙোন্দা অচৌ-অশাং অমদি নৌনা শেল পায়নরকপা ঠিকাদারশিংনা থক্লবা গোল্ডফ্লেক চুরূপ মচৈ অমা লানশিল্লকখি। নাম্ভোকপা য়াখিদবনা চুরূপ

তপথোকপা কাদু মরক্তা উপাক্লা খাই। থংনবা কাদগী অঙাংশিং খরনা মোং-হাদনা তৃমিন-তৃমিন লাইরিক ঔরাইবগী মখোল তাই। অঙাং লৈবা ইমৃংদুদা করিসু পুদনা লাকখিবা ঐসে হৌনবী খঙদবা তারে খল্লকখি। 'অঙাংশিংগী করিসু লৈবিরক্রেদো সু'. . হায়রগা লৃপা চাম-চৎপি অমা লানশিল্লি। লৌ হাযবা য়াদবগী মতৌদা মানা ঐঙোন্দা 'তামো, তামো' হায়রগা ঐগী খুদাং পাযবগা খাম্মকখি।

চহী কয়াগী মমাঙদা, অহানবা উনখিবা নুমিৎ অদুদা ঐনা ঈথক-থক্কৎ মাগী খুজেং পায়খিবদো নৌহৌনা নীংশিংলকখি। মীৎকুপসিদনা মানা ঐগী মতোঙ য়াওদ্রবা শরুনা মপুঙ ওইরবা খুজেং পায়রগা লৈখি। অঙকপা শক্তি অমদা য়োৎচেৎকুম য়োৎচাবীদা ।

- ' তামো! তামোনদি খঙবিরমদবা য়াই, ঐদি ঙসি ফাওবা তামোবু কাউজদ্রি। তামোবু ঐনা কয়াম নুংশিজৈ হায়বা তামোনদি খঙবিরল্লোয় !'

'নুংশিবা' কৌবা, পদ অহুম্মা শেন্বা বর্নামালাগী 'কেলাইডোস্কোপ' অসি য়েংবগী পেনবা নাইদে। তারিমখৈসু ঙমখে লৈতে নুঙাইবগী। মৌ অনৌবীগী মশাদগী তপ্পা ঈংনা নামি-নামিনা হুমদোক্লকপা শুমহৎয়াই চেনবা চিংহিগী নুংশিরবা মনমসু য়াওই 'নুংশিবা' হায়বা বর্নামালাদা। ৱাহৈ অসি লৈতবা খা অমেরিকাগী অমাজোন তুরেল তোর্ব্বানদা তাবা 'য়ানোমামো' কৌবা ত্রাইবশিং অমা ওইরল্লবদি ফরমগনি খনখি। ঐগী ওইনদি পূম্নমক অরেমবা তাখি- 'দিল্লি দুর অস্ত' !

ইনাওনা লৈখিদ্রবা তুংগী ৱানি। সু' নূপা অমদা চেল্লুরে, অদুবু খদ্রক-মদ্রক তৌবা নূপা ওইরমদুনা খাইনরকখ্রে হায়। খাইনরবা মতুংদা পোকপা মচাদু থারগা, মচা অহুমগা লোয়ননা মহাক্লা পামজৈ হায়জবা নোরোক্কুদা নুঙাইনা লৈরল্লি। নুঙাইবা হায়বদুগী মনূংদা হকচাং নোয়থোকহল্লগা মীগী মীৎয়েং চিংশিনবগী শক্তি লৈহনবসিসু য়াওবরা খঙদে? হান্নগী উখিবদুদগী মওং অমরোমদা হেন্না ফজথোক্লল্লবরা খল্লকখি। মীয়ামগী মীৎয়েং তাফম ওইরল্লে হায়বদুনি। চনীং-তাবা ৱাখলগী পল নমখায়দুনা ঐগী মীনু চংবা মীৎয়েংসু মীৎকুপ্তুদা মাগী

সুলোচনাগী ওইবল্লিবা মওং-মতৌশিংদু ইনাওনা কবিগুম্বদা স্বর্গদগী নোবোক তম্লা য়েংথবকপকা থোকলমদুনা উবল্লগদি শোয়দনা শোল্লম্বা য়াই- ' ইস ! স্বর্গদা অরেম্বগী লাকচবল্লবনিকো'! অদুবু খণ্ডদে ইনাওনা লৈবিবা ধর্ম খুদিংনা পনবা 'স্বর্গ-হেভন-বেহস্ত-জন্নত-ফিরদৌস-পরাদি-হিম্মেল-সিয়েলো' হায়বিবা ৱাহৈশিংসে কনা কনাগুম্বগী লাইনীংচত্তদি, চহী ১৬কী তগৎ-তগৎ তেকপী লাই-তিন্না শোকত্রিবী কল্পলোক্কী নীংথিরবী কুমারী ৭২না নূপাশিংবু সেবা তৌবা, নুঙাইবগী অবোয়বা লৈত্রবা শিবগীসু অৱাবা খঙদ্রবা অমৃত-অবেহযাৎকী মহীনা পাথরবা মফমনি হায়রি।

পৃথিবীগী ফাওরবা লাইনীংচৎ খুদিংমক্তসু স্বর্গগী নুঙাইবগী ৱাফমশিং য়েৎনবা লৈররোইদৌবা মওংদা শীংনবগা লোয়ননা পল্লি। ঈশ্বরগী রাজদুত ওইনা পাউজেল পুবশিং অমদি ঈশ্বরমক্না শায়োল্লকপনি লৌনরিবা অবতারশিংনা অচুম্বনি হায়বগী খুদম-চাংদমশিং কয়াসু পীরি। মসিবু চুমদে করম্না হায়গনি!

তশেংনা ঐনা খঙজবদদি মণিপুরী লোলদা স্বর্গ অমসুং নোরোক্কা চানবা ৱাহৈ 'সিনোনিম' লৈতবরা নীংজৈ। অদুনা ঐখোয় মৈতৈগী ওইনদি স্বর্গ কাবা, নোরোক তাবা হায়বগী থোইনা খল্লুনীংঙাই ওইদবরা খল্লি।

ঐগী পুন্সী খোঙচৎ হৌরকখিবা মতাঙ অমদা, নোরেন কৌবা নুংশিরবা ইমান্নবা অমনা স্বর্গগী মরমদা মশাগী মোৎ অমা পীরম্মী- 'পৃথিবীগী অফা-অপুন, অথিংবা নিয়ম পূম্নমক থুগাইরগা নুঙাইবা থিরিবা মীদো চঙনা স্বর্গ কারবনি। ঐখোয়না য়ূমদগী হুরানদুনা চেল্লিবসিসু স্বর্গ থিরিবনি ভাই'।

সুলোচনানা লৈরিবা ইম্ফাল সহর, শ্রীগোবিন্দজি মন্দিরগী শরিক মখোল তাবা ফংলিবা মফমনি। ঐবু পোকপীবম্বী ইমাবু পোৎলোইখিবা মফমসুনি। স্বর্গগা লমদমসিগা করিমত্তা মরী লৈনদে।

সুলোচনাবু ইনাওনা স্বর্গগী নুঙাইবা পামদবী অপঙবীনি হায়না স্বর্গলোক্তা শোয়দনা খল্লম্বসু যাই। তৌববুদি নুপী হাযবা জাত অসি অপঙবীনি হাযনৈ। মসি ঐতনা হাযবা নত্তে। নুপী মশেলসু হাযনৈ। লন্ডনদা উনখিবী মারিযা ফাতমা অলভেজ কৌবী পোর্টুগিজ চনুবা অমনসু ঐঙোনদা হায়খি। মানা ঐবু শাথীনা রাবৌখিবা মতাং অমদা ঐঙোনদা চৈবা ওইনা হায়রম্বনি- ' নুপী হায়বসে য়াম্না পঙবা জাতনি , ঐনা অপঙবী অমা ওইকঙবনা মহা-কদরগী নূপা নঙোনদা য়ারুবনি। নঙসে হাৎলবসু পেল্লরোইদবনি খঙব্রা '!



**'মারিকা'** দা কখোকলিবী মেরী খৃষ্টিন দ রোসমোস্তে

মারিয়া 'লিসবোন'দা পোকপীনি। লিসবোন অসি 'মুর' কৌবা শাথীবা জাতিনা চহী ৪০০ রোম শাসন তৌরম্মী। মুরশিংদা চেনবা শাউগনবা মরিংজেল খাবা গুণ অদু মঙোনদসু লৈবরা খল্লি। খৃ: ১৫১০ দা ইন্দিয়াগী গোৱা, দিউ, দামন লৌশিনখিবা পোর্টুগিজ লাম্মীগী সেনাপটি অফোনজো দ 'অল্বুকর্ক হায়বদুগী ধারা-নালা ওইরম্বসু কনানা খঙবা !

মপান ফরিঙৈদা অমেরিকা-অফ্রিকাগী দেশ কয়াসু সাসন তৌরম্বা পোর্টুগলনি। অদুবু মারিয়া ফতমা অলভেজগা ঐগা থেংনখিবা মতমদুদদি পোর্টুগল য়াম্না মরায়-চায়থরে। স্পেইনদগীসু হেন্না লায়ররে। নোংপোক য়ুরোপ অমসুং গ্রীসকী থাক্তা কুমথখ্রে। অদুনা ইনাক-কৈবাকখুনবা গ্রেট বৃটেনদা মরায়বক চুমব্রা য়েংগে হায়দুনা পোর্টুগিজ কয়া মরৈবাক থাদোক্লরকখিবনি। মারিয়া সু অদুগুম্বা মীওই অমনি। অমরোমদাঐদি,পৎ-তৎনা লায়রবা মীওই অমা ওইরবসু গ্রেট বৃটেনদা

লাকখিবদু মহাক্কী খুলাক অদুগা মান্নদে। লমকোয়বগী থিংঙমখিদ্রবা নিশা অমদা য়ৌরকখিবনি। ঐঙোন্দা 'লাযরবা' হাযবা বাহৈ অসি ইশাগী লৈতেং ওইদনবা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা লৈজে।

কাছার জিলাদা পোকখিবা ঐগী গুরু শ্রী লাইশ্রম সুরেন্না তাকপীখি- 'কৈদৌনুংদসু লায়রবা মীনি হায়বদু তাকথোক্লোইদবনি। লায়রববু কনানসু উশিৎপীদবনি'। গুরু অমসুং অহল-য়াথং ঙাক্না চৎচবা শিষ্যনি ঐ। অদুনা ইশাদা পৈশা শিকি অমা ফাউবা লৈত্রবসু লৈতে খক হায়দোকখিদে। অদুগা ঐঙোনদা লায়রবগী চৈনাখোলসু থোইনা ফাউদে, মরমদি কদর তৌজদুনা শেল থোক্লবা লন্বী অমা নত্রগা অমা হেক্তা হোৎনজবা-থৌরাংজবা ঙস্মী। অদুনা মারিয়া ফতমা অলভেজ না ঐবু লায়রবা অমনি হায়না লৌখিদে।

লন্ডন অসি জাতি পূম্নমক্কী 'মেলটিং পোট' অমনি। মফমসিদা পৃথিবীগী জাতি পূম্নমক শুনা লৈ। শম্না হায়রবদা দিপার্টমেন্টল ষ্টোরগুম্বা জাতনি। ফংদবা পোৎ লৈতে। থিবু-থিগৎলগদি জাতি অতৈদি লায়রদুনা মণিপুরগী চীংমী-তম্মী পূম্নমক্কী মীকোক অমমমদি লন্ডনদা শোয়দনা লৈরমগনি খল্লি। মারিয়া ফতমা অলভেজগুম্বী য়ুরোপিয়ন চনুরাশিংদি লন্ডনদা মশিঙ লাকঙমদনা লৈ। মখোয় ময়ামগী মনুংদগী অমনা ঐঙোনদা য়ারকপদা থোইদোক্না ঙকনীংঙাই ওইদে। য়ারকখিবীশিংগী মনুংদা মারিয়া ফতমা অলভেজ অমনি। অদুবু কায়নথংদা ডা:জ্যেকল এন্দ হাইডকুম্বা ঐগী শাজৎ-লিচৎশিং মথং-মথং থেংনরকখিবদগী মথৱায় শোক্না ৱারৌখি।' ৱান মেন ৱান ৱুমন' দা থাজবা মী ঐ নত্তে, অদুনা মাবু কোয়ন-কোয়না অতোপ্পা নুপী খরবুসু লোন্না কোয়খি।

নোংমদি খঙহৌদনা ঐগী রুমদা জপানিজ নুপী অমগা লৈমিন্নরিঙৈদা মহাক্না থেংনখি। মদুদা ইশা ঙাকথোকচনবা ঙমজবী থাদুনা শেমীজন-শাজিনখিবা ঐগী ওইদবা ৱাহৈ কয়ানা মাবু শুম্লগা থাখি। মহাকনদি থাজগুম-থাজদগুম তৌজরবসু ঐবুদি ঙাকপীরম্লগা চৎখি। অদুবু মতুংদা অমুক থোকখিবা মান্নবা থৌদোক অমদদি ঐবু অথীবগী অয়ৌবী পনখৈদা লৈবা ৱাহৈনা চৈরম্লগা চৎখিবদগী অমুক হন্না উনখিদ্রে।

কুমারী ফংজর্বসি ঐগী মৎ-কাবা ৱাখলনা চাওথোকচববসু মীনুংশি পক্কবা মহিষাশুরগুম্বা হিংচাবদুমক্তি ঐ নত্তে। অদুনা কুমারী অমদা লংজখিবদুগীদমক্তা মরক-মরক্তা নীংঙমদবগী মৈচাক ফাউরকই।

লিসবোনগী করম্বা লৈকাইদা পোকপা, মাগী পাবি-পূরি, ইমূং মনূংগী ৱারী-ৱাখোং অমত্তা ঐ খঙদে। হংসু-হংখিদে। মা-ঐ ইশা-ইশাগী মিংদগী হেনদোক্কুনা করিমত্তা খঙনখিদে। মানসু হংখিবা লৈতে। ঐখোয় অনী অমগ-অমগা খঙনহৌদনা সংসারগী অচিনবা মীরক্তা থিবা ফংনদনা মাঙনখি।

মশা পায়, লাইর-হৌনশা। মায়থোঙ কোইরপ তৌই। মশম খোই। ফুট মঙা মখায়রোম ৱাংই। চহী কুনগী মখানি। মতু য়াম্না চোমই। ঙাঙলৈননা ঙৌবী কুচুনি . . অসিমঙায় ঐনা মাগী মরমদা খঙহৌবা।

পোকপদগী লৈরক্লবা ঐগী লম কোয়নীংবগী হাকচ্চবগী চাড্ডা (লোইকোয় লায়না)সু কাবা অমরোমদা মারিয়াগী অশাউবা হন্থখিবা ঙাইবা ওইনা মঙোনদা তাক্লমদনা ফ্রান্স-নেদরলেন্দ নচিংবা য়ুরোপকী মফম খরদা রোমানি জিপসিগুম মতম খরনি কোয়ঙাও-ঙাওদুনা চৎলুই। পোর্টুগলসু য়ৌনীংলম্বনি। ইন্দিয়াগা দিপ্লোমেটিক টাই লৈনরমদবনা ভিসা পীরকখিদ্রে।

কোয়রুরগা হল্লকপদদি মারিয়া লৈরমদ্রে। খল্লি, ষ্টুদেন্ট ভিসা লোইখিদুনা ময়ূম হনখিবা নত্রগা ইল্লিগ্যেল ইমিগ্রেন্ট অমগুম থিবা ফংদনবা লোৎখিবা। মাবু থিবা স্কুলদা নুমিৎ খুদিংগী মতম নাইবা ইথৌ অমা ওইনা খরনি চৎলম্মী। অদুবু অমম্বদা হৌদোং অমুবা থিবগুম থোকখি। মশানা লোৎকে হায়না লোৎখ্রববু ঐনা কদায়দা থিরুনি।

থেংনররোয় খঙলবসু মহাক্কা অহানবা থেংনখিবা স্কুলদুদা হেক-হেক চৎখি। স্কুলগী লোবিদা ফমদুনা মাবু ঙাইবী হন্ন-হন্না শান্নখি। হল্লমদাই খুদিং নোটিশ বোর্ডতা ঐগী ঠিকানা ইরগা মাগী মিংদা পাউজেলসু থনম্মী। মীনদি ঐবু অঙাওবনি হায়রমগনি। অদুবু ঙাওদবা মীবু কনানো? ঐখোযনা অঙাওবনি হায়বা মী অদুতনি ঙাওদবা।

কোয়চৎ-চৎপা ঐগী পুন্সীনি। মফম অমদা তং-তানা লৈরকখিদে। মফম অমদগী মফম অমদা ঙাইহাক লৈতনা কোয়হোং-হোংদুনা চৎপা হৌখি। অদুবু কোয়চৎ-চৎলম্বা ঐহাক হৌজিক্তি মোন্ট্রিয়ালদা চহী ১৬ শুবকলে লেঙদনা লৈরক্লিবা।

ঐনা য়ুরোপ-অমেরিকাদা চৎপা খুদিং থায়নগী মরূপ-মপাংশিং অমদি খঙহৌদনা মাঙখিবী মারিয়াগা অমুক্তং থেংনখিনি হায়বগী ৱাখল অমনা ঐবু লন্ডনদা পুশিল্লকই। মারিয়া অমদি অতৈ মরূপ-মপাংশিংগা চৎমিন্নখিবা মফমশিং শীন-থুংনবা চত্তুনা মখোয়বু হেক-হেক কোয়থি থিরুই। উনবা মরৈরকখিদ্রবদা হান্না তত্তনা চংলম্বা পব্শিংদা চংদুনা মমাঙঙৈদা বেবিলোনিয়ানশিংনা লাৎচবা বিয়ারগী দেবী 'নিনকাসি' গী মিংদা বিয়ার চিংলগা স্মৃতিগী সমুদ্র মন্থন তৌদুনা শান্নে। হ্ অমসুং অমৃত য়ান্নবা স্মৃতিশিংদা মাঙখিবী মারিয়াগী স্মৃতিনা ইহেন-হেন্না ময়েক লানা উই। মাগা কায়নখিবগী মওংদুনা 'জে গ্রিফিন' না পোর্টুগিজদগী হন্দোকপা কবি ফর্নান্দো পেসোৱাগী 'এ্যজ শী পাসেস' কৌবা শৈরেংদুবু হন্ন-হন্না পানীংবা পোকহল্লি।

" When I was sitting at the window,
Through the pans which the snow blurs,
I see the lovely images Her's as
She passes by . . .passes by . . .
Over me grief has thrown its, Veil
Less a creature in this world
and one more Angel in the Sky.
When I am sitting at the window,
Through the pans which the snow blurs,
I think I see the image her's,
That's not now passing . . .not passing by . . ."

কাউদ্রি য়ুমশকৈশ, দিসেম্বর ৩১, ১৯৭৫ । নুমিৎ অদো, লন্ডনগী ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিন্না ঈংলবা নিংথম-থাগী অহীং অমনি। অদুবু চহী খুদিং পাঙথোকপা 'ন্যু ইয়ার সেলেব্রেট' তৌনবগীদমক সন্ধ্যাদগী হৌনা মীয়ামগী শঙ্গু-শঙ্গু উটকী কাফেলাগুম ঈশৈ-শক্কুনা, লাও-খোংদুনা ত্রফালগার স্কোয়র তম্না ফুজিন্নে। মখুত্তা বিয়ার বোটল অমমম পায়রদুনা ঙাথ-থেংথনা লেঙ্গোন্নরগা চৎনৈ। পাখঙ-লৈশাবীশিং, বিয়ার লীক্লিদা বিয়ার লান্নরগা থকপদা করিসু খন্নদে। মহে-মহে খঙন-খঙনদবা লৌন-লৌনরগা পংথক্তা-থক্লে। মারিয়া ইবানীসু ময়ামদুগী মতৌ তমদুনা বিয়ার চিং-চিংদুনা চৎলি। থেংন-থেংনবা জুরা-জুরা মাঙমিন্নখি। মমাঙঙৈদা ঐসু কয়ারক মাঙলুরবনি। ওক্সফোর্দ স্কোয়রগী অন্দরগ্রাউন্দদগী (মা-ঐ থেংনসি হায়বা মফম) ত্রাফালগর স্কোৱার তম্না মীযাম মরক্তা ঐখোয়সু লাকপনি।

অহীংগী পূং বারো হেক তাবদা ত্রফালগার স্কোয়রদা তিল্লিবা মীয়ামদু লৈজবী থাদুনা লাউ-খোংলদুনা অনৌবা চহীবু তরাম্না ওকপগী হরাউবা ফোঙদোক্লে । জুরা কয়া অমদি বিয়ার চিংনা-চিংনা ঈশিং কাপ্পি ফাউন্টেনগী ঈশিংনা পীক থল্লবা পুখ্রিদা চোংথমিন্নখি। ন্যু ইয়ার সেলেব্রেসন তৌনবা ঐনা ঐগী সাইডবেগতা গীনিস বিয়ার ডজন অমা হাপ্লকখিবনি। মদু লোইশিন্নবা ত্রফালগার স্কোয়ারগী ময়ায়দা খিল্লিবা ফুট ১৮৫ ৱাংবা নেলসন্স কোলমগী মখাদা ফমদুনা থক্লিঙৈদা মতমগী হিসাব হোৎহৌদ্রে। য়ূমদা হনবগী বস অমদি অন্দরগ্রাউন্দদা চেনবা ত্রেনসু লেপলম্লে। চোৎলি-চোৎলি তৌবা ফি-রোলদুগা, হনবগী উপাই লৈতবগা লৈফম থিবা ত্রফালগার স্কোৱারদগী সেফ্স্বরি এভিন্যু ফাউবা খোঙনা খরা চৎলগা 'ব্রেড এন্ড ব্রেকফাষ্ট' কৌবা য়াম্না হোংবা মফম অমদা য়ারেকমিন্নখি।

নুমিৎ অদুদা মা-ঐ আদম-ঈভস না চাখিবা অপাম-নুংশিগী মহাও চেল্লবা সেম অদুগুম্বমক্লি চামিন্নখিবা। চাহৈদবা সেম অদু চারুবদগী আদম-ঈভস অনীবু স্বর্গদগী পৃথিবীদা তাহ্োকখি। মহাওদুমক ওইরম্বসু ময়ারি সুলোচনানা পামজৈ হায়জবা মাগী নোরোক অদো ।

নুমিৎ অদুদা মারিয়ানা ঐঙোন্দা সনাগী খুদোপ অমা পীরম্মী। ওন্থোকপা হায়বদুনি মারিয়াগী নুংশি-খুদোল অদো ফ্রেঞ্চ চনু মেরী খৃষ্টিন দ রোসমোন্তে গী বার্থডে নুমিত্তা ইশাগী শাদুনা খুদোল তমথোকখি।

ফ্রান্স লৈবাক্কী ময়োল বুর্জ সহরগী মতাই ওইরপ্পা তাবা বুলভার্দ দো লা রিপব্লিক কৌবা লৈকাই অগী হাউস নং৩৩ অদু মহাক্কী ময়ূমগী এড্রেসনি হায়না ঐগী দাইরিদা ইদুনা থল্লম্মি। কুইরবগী তূংদা ঐনা হায়রিবা ঠিকানাদুদা চুম্না চিঠি অমা থাখি। মদুগী পাউখুম ওইনা মহাক্কী মপানা মহাক্কী লৈফম কুৱেটকী এড্রেস অমা পীরকখি। অদুদগী তৎনবা লৈতনা ঙসি ফাওবা মাগা চিঠি থানরি। হৌজিক-হৌজিক্তা মহাক ১০-৫-১-এ, মশাব টেক্ক ৫.০০২৮ হায়দ্রবাদতা 'মারিকা' কৌবা ওর্ফানেজ অমা লিংখৎতুনা লৈরি। মশানা কৎচবা সংস্থাননি। মসিগী মমাঙদা (১৯৭৭) মহাক্তা সিলেটকী মৈতৈ মচা অমবু লাইরিক তম্বদা চঙবা খরচ পূম্নমক পুথোকপীদুনা মী অমা ওইনবা শেম্বীখি।

মারিয়া য়াম্না পৃকচেল চাউবী মশাগী স্বার্থ পূম্নমক থাদোক্লবী সমাজ সেবিকা অমনি। নীংথিরবা মরৈবাক ফ্রান্স থাদোক্লগা হায়দ্রবাদকী লায়রবা ঙাক্তা তাবা মফম অমদা শোইনাইরবা অঙাংশিংবু লাইরিক লাইশু তম্বীদুনা, মখোয়বু মীয়ামগা মীমান্নবা থাক্তা পুরক্লবা হোৎনরিবী মহাক্নি।

ওইদবা চীন থীবা ৱা ঙাঙবগী অভ্যাসকা লোয়ন-লোয়ননা থাশি-থানৌগী মতমদা সমুদ্রগী স্বার অকা-অকুম তৌবদৌনা তোয়ন-তোয়না হৌবা তৃম্বা য়াদবগী অনাবা অমা ঐগী লৈ। হৌজিক্তি চহী লৈশিল্লকপগী মতুংইন্না থাশি-থানৌগী মতম নত্রবসু অচিকপা অহীংগী মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা চাং-নাইনা তোয়না-তোয়না হৌরক্লে। পুক্নীনা মংগী লম্বীরোমদা গোলাই থেকচিল্লকপগী মতাং য়ৌরকপনরা!

মমাঙঙৈদা তৃম্বা য়াদবগী লায়নাসি কোক্লবা লাই-তিন খুরুমদুনা, চবান থাদুনা, থৌ কয়ামা তৌদুনা হোৎনখি। কান্নবদি করিসু ফংখিদে। ঐখোয়গী লৈকাইদা লাইশ্রম কামীনিসিং কৌবা মাইবসু শাবা,

য়ূম-কৈ শাবগী ড্রাফটমেনসু ওইবা অহল অমা লৈরম্মী। লৈকাইগী অঙাং পূম্নমক্না মাম কৌই। মানা শোনবা ঈশিংবু 'অবেহয়াৎ' (শিদ হিদাক)কু ম্না ময়াম্না কান্নে হায়দুনা তান্নে। হেক নারকপদা মামগী মনাক্তা খুজাই পুরগা মহাক্না শোনবা ঈশিং লৌবা চৎনৈ। লাই-তিন, যাদু-মন্ত্র থাজদ্রবসু সংস্কারগী অকিবনা ব্রেনৱাস তৌরবা মী অমগুম ঐসু চৎখি।

লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোগী পোক্লফম লমদম কাছার লৈবাক্কী জাফ্রিবোনদগী অরোনবা মহৈ তম্লকখিবা মাম কামীনিনি। মহাক্না শোনবা মন্ত্র ফব-ফত্তবা, বিজ্ঞানগী যাদু চংদ্রিবা মতমদুগী মৈতৈ-ময়াংনা থাজদবা লৈতে। মামগী লোইনবী ইনেদুসু জাফ্রিবোনদগীনি। ইনেদু তনাপ-তনাপ ঙৌশ্রোক-ঙৌরদুনা মশক মতৌ য়াম্না ফজে। মামগা য়েংনরুরগদি লমবা পানবা য়াদে। মামদি মৈতালমুক মুই। ৪৫ দিগ্রিদা পিশুম অনীমক হৌই। উকাই তকপা মতুংগী হাইথরবা ফৌনাগুম্না মথবাক থুংনবা মতু হৌই। মকোক শিৎ-নাল্লি। য়েংবদা ফিভম মতা অমনি। তিনমু-লাইমু লোইনরমগনি হায়বদু মামবু হেক উবদা থাজবা পোকহল্লি।

মামদা ইনেনা য়ারকখিবসি শুমহৎয়াই (মোহিমন্ত্র) অমদি শজিখুরাংয়াই থাবদগীনি হায়নৈ। তখেলগী তরেংলৈবী, নীংদা ফাননপ্পী, হিগাইৱানচিংবা য়াম্না খঙ-হৈ হায়দুনা মামবু মীয়াম্না য়াম্না তান্নে। মওং-মওংগী লায়না কোক্লবা যন্ত্রসু মীওই কয়ানা মামদগী লৌরগা খ্বাঙ-পাম্বোম থুংনবা শিনৈ। লাইহৌদি মামনা শোল্লগা খুদক্তা ফৈ হায়বদুমদি ঐ ফজনা খঙহৌই।

শজিবু-কালেন থাদা অঙাংশিং অয়াম্বা লাইহৌ হৌদুনা নাগল্লি। হোমিওপেথিক্কী হিদাক্লসু লাইহৌ হম্বহনবা ঙমদে। মতম অদুদা এলোপেথিগী হিদাক থোরক্লিবা মাল্লি। অদুনা মাম কামীনি নত্তনা উপাই লৈরমদে। মহাক্ল লৱাইদা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লগা কামথরকপদা লাইহৌ হেক্তা হম্বখি। অদুবু মামনা অক্লম ফহনখিবদুদি মন্ত্রনা নৎলমদ্রে। লৱাইদগী শাফু কন্না কামথরকপা ঈংলবা শ্বর অদুনা ওইরম্লে। মাম কামীনি এন্ট্রান্স (মেত্রিক) পাস তৌই-তৌদে হায়বা ঙমদে অদুগা

কদাইদগী ড্রাফটিংগী মহৈ তম্লকপনো মদুসু খঙদে। অয়াম্বা মীনা অনৌবা ময়ূম-মকৈ শারমদাইদা মামগী ব্লু প্রিন্ট মওং তাই হায়দুনা মহাকপু ড্রোইং তৌহল্লি। এস্ট্রান্স ফাউবা তম্লুরবা মীনি হায়বগী তোঙানবা ইজ্জৎ অমসু লৈজে মামগী। মাইবা শাবদু মহাক্কী হোবিনি। হোবি অদুসু লাই-তিন অজা-পূজা তৌবা অমদি ড্রাফটসমেন হায়রিবশিংসিগী মিংচৎকা লেংমান্ননা চৎলি।

মাম কামীনি পূক শূবদসু মমিং লৈবা মাইব অমসুনি। মামনবু পূক শূরবদি অয়াম্বা লায়না ফৈ হায়দুনা মহাকপু কৌনৈ। মামনা নূপী-নহাদা পূক শূবদুনি ঐনা খ্বাইদগী মীহৌজখিবা। পূক শূবা হায়বসিগী হৌনবিরা খঙদে পাক-হেক লোইশিনগন্দে। মতম য়াম্না লৌই। মামনা মৌনহা, লৈশাবী মচাশিংগী পূক শূবা মতমদা পূক্তগী চনিং, চনিংদগী অদুম অদুম মাথখিবা খুৎশাশিংদুনা মরেং-মরেং চৎলমগদবদো হেক-হেক খল্লুবদা ঐনা কয়াদা কল্লক মীহৌজখি। ঐসু মসিগী বিদ্যাসি হৈজরল্লবদি পূক শূন-শূনা নামৈ কোমথোকলম্বা য়ারমগদবনি খল্লুবদা খ্রো-খ্রো খোৎখি। অদুবু পুক্সীগী তাঙ্কক অমদা পূক শূবগী মরমদা ইবা 'শিয়াৎসু' কৌবা লাইরিক অমা পারুবদগী ঐনা খল্লম্বা নামৈ কোমথোকপগী অচোপপা অমদি নত্তবা ৱাখল অদু থাদোকখি।

জর্মনিদা থেংনখিব্য জপানিজ মরূপ সতোসি ওঙাসোৱারানা পীরম্বা লাইরিক্নি। জপানিজ লোনদা পূক শূবগী মহৈ অসিবু 'শিয়াৎসু' কৌই। মসি হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক্তা খুৎশা মঙানা অরূম-অয়াং শান্নদুনা নমথরগা অনাবা ফহন্নবা কূপ্লা তাকপা সাইন্টিফিক ওইবা মহৈনি। মরীক চু ম্লা ড্রোইংগা লোয়ননা করম্লা পূক শূগনি তাকই। শিয়াৎসু দসু চাইনিজগী শ্বর কাংলোন 'চীঙ্গ' গী অকুপ্পা ৱারোল পল্লি।

মৈতৈ মাইবশিংনা পূক শূবদা শীজিন্নরিবা বিদ্যাসিমক শিয়াৎসু নি হায়জনীংই। অদুবু মহৈসিগী মরমদা ঐখোয়গীদি কনামত্তনা সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা থিজিন-হূমজিনবিবা অমদি থৌগৎপীবা ৱাৎপদগী থায়নগী এসিয়া, আফ্রিকা, সাইবেরিয়াগী 'সমান' (মাইবা-মাইবী) শিংনা শীজিন্নরম্বা বিদ্যাগুম্লা শিরুম-নারুম হিংলি বগুল্লে।

ঐনা মামগা লমবা তৌদুনা মাইবা শাহৌদবদুনরা খঙদে, মাম কামীনিনা ঐবু লুনা তৌবী। ইথক্কী অহল ওইজরবসু কোইনদে। মহাক্তি নহাগী ৱাখল চেল্লি। লৈকাইগী মশুং-মমান্নবশিংগা থোইনা তিন্নদে। পাখঙশিংগনা হেন্না তিন্নৈ। মহাক্কী মমান্নবা অহলশিংদি ইঙ্খোল কোইদুনা পুন্সীগী লেমহৌবা তেল্লবা মতম ঙাইবা ওইনা অৱাবা পোত্থানৈ, শিবা ঙাইবগীদমক হিংবা মতাগুম। মামদি শিনি খঙনা হিংবা মীতানি। ইঙ্খোল কোইনরিবা মমান্নবশিং তানবা মামনা হেক-হেক লাউই- ‘‘ইঙ্খোল কোইনীংবা ফাউরক্লিবদো ‘অকাখুল’ (মামগী লোন্দা মং) য়ৌগদবা কুইশিল্লক্লবনিকো ! অমুক্তং পোকপা পুন্সীনি নুঙাইথোকপসু খরা মতম্মু বুদুসা’’।

মামগী ৱাতাশিংদুদা কনানসু ৱারৌনদে। মশক থীজরবসু মামগী গুণ অমা লৈজে। মদুগী গুণ অদো ঐখোয়দা য়াওদে। পূকচেল য়াম্না চাউই। মীগী অৱা-অনা উগল্লি। মোহিমন্ত্রনা ইনেদো ফারকপনি হায়বদু লাল্লি। মাম কামীনি বাংলাদেশ লান হৌদ্রিঙৈ চহী খরগী মমাঙদা লৈখিদে। ইনেদি লাইবক থীরবা মীশি অমদা শিখি। বাংলাদেশ লানগী মনুংদা পাকিস্তানগী তুংইনবা অলবদর, অলশমস্‌শিংগী মীওই খরনা হিন্দু হাৎনবা থিবা লাকপদা পেরেলাইসিসনা যম্মৃংদগী হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদ্রবী শোল্লবী ইনেদুবু শা-ঙানা শারাক শান্নবগুম্না থাং-তেন্না থিনদুনা অমদি চুরূপ বেড়ীনা চূবিদুনা, য়াম্না ওৎ-নৈবিরবা মতুংদা হাৎখি। ৱারী অসি লান লোইরবা মতুংদা রমেশনা লীরকখিবনি। লান হেক হৌরকখিবগা বাংলাদেশকী মী অয়াম্বা মাগী-মাগী থৱায় হিংননবা ইন্ডিয়া তম্না চেন্নখিবনি। তমথীরবা লানগী শক্তমশিংদুবু থৌশারুদবা মৈতৈমচা খরদি লেঙদনা অদুম লৈনহৌই।

মখোয়দুগী মরক্তা রমেশসু অমনি। মখোয়সু নোংম-নোংমগী লানগী ফিভম সুম কনশিল্লকখিবা অমদি পাকিস্তান আর্মিগী মীওৎ-মীনৈ খাংবা ঙমশিল্লক্তদুনা চেন্নবা পাম্বৈ থিনরকখি। অদুবু আর্মিনা বোর্ডর শিল তৌশিনখিবদগী উপাই লৈতদুনা কোয়লোৎ-লোত্তুনা লৈবা তাখি। খুনৌ লৈকাই (নয়াবস্তি)গী

ভোগেনদি হৈ-শিংনা লোৎচরবসু আর্মিনা ফাখ্রগা ফ্রিদম ফাইটরনি চিংনবশিংবু মখোঙ-মখুৎ পুনশিনদুনা পরেং শানা লেপহল্লগা হাৎপদা মাসু য়াওখি। অতোপ্পা থৌদোক অমদা হাৎপিশ্রবা মৈতৈ নূপা অমগী মচানূপী অমা হৌজিক-হৌজিক কনাডাদা লৈ। নোংমাইথেম লৈকাই (লোৱারপাড়া)গী মৈতৈ নূপী খরসু ফাদুনা আর্মিগী কেম্পতা পুখ্রগা রেপ তৌবিরবা তুংদা থাদোরকখিসু হায়নৈ। রমেশকী মচিনদগী তু খ্যাউ-খ্যাউ চুংবা ৱারী কয়াসু তাখি। পূম্নমক্কু তম্বদা লোইবা নাইররোইদবা ঙাক্কনি।

বাংলাদেশ লানগী মতমদা রাজাকার, আলবদর, আলসামস কৌবা ইসলাম ধর্ম্মবু ঙাক-শেনবা সংস্থান খরা লৈরম্মী। মখোয়গী মেম্বর পূম্নমক বেঙ্গোলি মুসলিম ঙাক্কনি। ধর্মগী নামাদা শেমখিবা সংস্থান অসিগী মেম্বর পূম্নমক পাকিস্তান আর্মিগী মীচং ওইদুনা মজাতি-মরমদমগী ফ্রিদম ফাইটর মচিন-মনাওশিংগী মায়োক্তা লেপ্লগা পাকিস্তানগী মতেং পাংখি। মখোয়দা ইন্টেলেকচুয়েল মীওই খুদিংমক (হিন্দু-মুসলমান) মরুওইনা মাইনোরিটিশিং হাৎপগী ফরমান(য়াথং) পাকিস্তান্না তৌরকখি। মদু হায়রিবা মেম্বরশিং অদুনা নীংথিনা পাঙথোকখিবতা নত্তনা মখোয়না নূপী লীশিং-লীশিং কয়াগী ইজ্জৎসু লৌখি।

ইজ্জৎ লৌবিখ্রিবী মরায়বক থীহৌরবী নূপীশিংদুবু বাংলাদেশ সরকারনা লান লোইরবা মতুংদা 'বীরাঙ্গনা'(থৌনাফবী) মিংথোল পীরদুনা ইকায়খুম্নবা উৎপীখি। মখোয় অদুনা মপা মশক খঙদ্রবা অঙাং কয়াসু পোক্লকখি। অঙাংশিংদুদগী কয়া অমদি পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদা নাওয়োক নাওকোন্নবিখি। মখোয়না মমাশিংগী খোঙ্গুল লীবা বাংলাদেশ চৎলুবগী নুংশিরবা ৱারী কয়া মরক মরক্তা পাউ চেশিংদা থেংনৈ।

সংস্থানশিং অদুগী মীপূম খুদিংমক্না পাকিস্তানগী সাসন য়াদবা মীবু ধর্মগী য়েক্লবা মুরতাদ-কাফির ওইনা লৌই। মখোয়না মমালোন বাংলা লোনবু হিন্দুগী লোননি ঙাঙহৈদে, পাপনি হায়না চপ য়ুংনা

খনখি। মাইনোরিটিশিংবুদি 'গনিমত কা মাল' (তৌনীংবতা তৌবা য়াবা পোৎশক) ওইনসু লৌখি। বাংলাদেশ লানগী মীহাৎ মীপুন, মীওৎ-মীনৈ অমদি নূপী অঙাংশিংবু রেপ তৌবা উবদা ফ্রেঞ্চ রাইটর অঁন্দ্রে জোর্জ মার্লো না (৩ নবেম্বর, ১৯০১ - ২৩ নবেম্বর, ১৯৭৬) ধাকাদা ফোঙবা আজাদ কৌবা দেইলি ন্যুজ পেপরগী মার্চ তাং ১৩, ১৯৭২ গী চেফোঙদা মথমোয় শোক্লা নুঙাইতবা ফোঙদোকলম্মী -

" I have seen atrocities perpetrated by the Nazis during the WW II, but the brutality I have witnessed here is even more terrible !"

অঁন্দ্রে জোর্জ মার্লো মশামকসু হিটলরগী মীহাৎ-মীপূন থেংনরকপ্রবা মীনি।

ঐগুম্না ইমাসু তৃস্না য়াদবগী লায়না লৈ। পুন্সীচুপ্পা লায়নাসি ইমাগা লোয়নখি। ঐনা ঙাওশীন্নদুনা যুমদা হনজিল্লক্কবা মতমদা ইমাগী অনাবদো অমুক্কসু হেন্না হৌই। অহীং নোংশোইবা মালা চৎতুনা লৈ। পুখমদা থিদোক্তুনা লৈরবা চাক অদু চাদবমখৈ ঐবু ঙাইখি। করিগুম্বা শ্রোৎ-প্রেক অমা হেক লাউবদা ফুক হৌগৎতুনা থোঙনাওগী পর্দা হাইগৎতুনা য়েংলগা মথন্তা মুরুম-মুরুম হেক-হেক শোনখি- 'অঙাউবদুবু কনানবু করি তৌবিখ্রবনো! হৌজিক ফাওবা হল্লক্লিসিবো'।

ঐদি তৃস্ন-য়াদবা মতমদা ইমাদৌনা মালা চৎলক্কে। অদুবু ঙাইবদুদি ঙাইখি, ইমানা ঐগী লম্বী য়েংদুনা ঙাইখিবদুগুম্মক নত্রবসু। মঙগুম্না থোকপা নুংশিবা, কপনীংবা, পেন্দবা, মাঙখ্রবা কয়াগী ব্রাখলনা মচল ওইদুনা য়োমশিনবা খাঙবদা ব্রারবা করিগুম্বা চৈনাখোল অমগী মশক নাইদবা পোৎশক অমগী ...। শিদ্রিফাওবা লোয়নদৌরবা লাযনানি। মসিতা কোক্লবা হিদাক লাংথক কয়ামা চাখি। থৌ কয়ারকসু তৌখি। কান্নবদি শুকফং-ফংখিদে। চহী চৎশিল্লিবমখৈ জ্যোমিত্রিক্যাল প্রোগ্রেসনদা হেনগৎলি ফবদি লায়রদুনা।

নোংমদি ডাক্টর তন্নিবা ইমান্নবা অমনা তাক্লম্মী- 'চামদগী মনীংলোমদা হঙ্গৎনা থিগৎলকউ কয়াম থুনা নিদ্রা লাক্কে য়েংউ '। গ্রে গী এনাটোমি-খক্তবু মেদিকেল সাইন্সকী গীতা ওইনা খঞ্জবা মানা সাইকোথেবাপিগী পাউতাক পীরকপদু ফাগি ওইনা লৌখি। থাজবা পোকখিদে। নহানা মাইবা শাবা মং থল্লি হায়বা জাতকী ডাক্টরনি হাযনা মঙোন্দা লক্লখি। বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন নসু হায়রম্মীদনা- 'ডাক্টর নহা, হাজাম অহল- মখোয়দগী চেকশিনগদৌবনি।'

ঐদি ডাক্টব নহা, হাজাম অহল অনীমক্তগী খুৎথীবা নংলবা মীনি। হাজামগী মতাংদা ঐগী পুন্সীদা চাননা থোকখিবা য়াম্না মওং তাদবা থৌদোক অমতংদি পন্দবা ঙমদ্রে।

মোন্ত্রিয়ালদা ইচম-চম্বা মওংগী শম ককপদা য়ামদ্রবদা টিপসকা লোয়ননা দোলর ১৪ রোম চংই। ইন্ডিয়াগী শেলদা পাথোক্লগদি লুপা ৪০০ রোমনি। কনাডাগী লায়রবা মীওই অমগী পূং অনীগী খুৎশুমন হায়বদুনি। ঐদি ঙমদদুনা চাং-নাইনা সেলুনদা শম ককপা চত্তে। য়াদ-য়াদ্রবা, তঙাইফরক্তবা মতাংদদা চৎলি। নোংমদি অতোপ্পা সেলুনশিংনা লৌনরিবা মমলদগী তঙ্খাইমুক তারম্বা সেলুন অমা থেংনখি। য়ূমদগীসু ইরাপ-লাপ্তবা অদুগা হোঙনসু ফংবদুদা ফরে খনদুনা চাং য়েংবা চংলুই।

সেলুন অদু 'পোইন্ট সেন্ট চার্লস'কী মনুং চনবা লায়রবা লৈকাই অমদনি। মসি 'হায়বরনিয়া ষ্ট্রিট ' কৌবা অমদা লৈ। য়ু, দ্রগ এদিক্ট, মতৈ-মনাও খাইনরবা-খাইনরবী, মীরমদগী লাকপা লৈত-লায়রা ইমিগ্রেন্ট, থবক শুনীংদবা কতল-লাই চুবা, পোৎ মচা-মশু হুরানবা অমদি উপাই লৈজদ্রবা অহল লমনশিংনচিংবা মীওইশিংনা নম্না লৈ। মখোয়শিংদুগী মরক্তা থবক তৌদবা মীওইশিংদদি চরা হেনদনবা সরকারনা 'সোসিয়েল ৱেলফেয়র বেনিফিট' কৌবা প্রোগ্রাম অমগী মখাদা থা-থাগী শেল খর-খরা পী। য়ু থক্তুনা, জুৱার শান্নদুনা অরেম্বদা খরচ তৌথোকখিদ্রগদি সরকারনা পীরক্লিবা শেলদুনা মী অমগী লেম-পানা ওকই। খরা হৈ-শিংজরগদি তূংশিঞ্জবসু ঙম্মে। ঐনা খঙজবা মী খরদি ৱেলফেয়রদগী ফংবদু তূংশিল্লগা মশাগী ময়ূম-ময়ূমদা থানৈ।

ৱেলফেয়রনা থাক্তুনা হিংলিবা লায়রবদা লোইবে হায়রিবা মীপুম খুদিংমক্কী কলর টি ভি, টেলিফোন, ফ্রিজ, ভি সি আর, ৱাশিং মেচিন লৈনৈ। মসি পূন্নমক হিংবদা চংদবা যাদ্রবা পোৎশক ঙাক্তুনি। যুমথোঙ খুদিংগী কারসু লৈনৈ। তৌবতবু থবক শুদবা লায়রবনা কার অহনবা তোংবদুদি খরা ৱানা থোকই। ৱেলফেয়রদা হিংবা মীনা কার অহনবা লৈবগী ছোর্স ওব ইনকম সরকারনা থিগৎলকই।

থবক শুরুদ্রবসু অসুক্কী মতিক খুদোংচানা হিংনরিবা ফাওবদা চাউরাক্লা মীওই চাদা ৯৩ দি থবক শুনৈ। সরকারদগী মতেং লৌদুনা লেম্না হিংবদু মীওই অয়াম্বনা হঙ্গোইনৈ। মশাগী আত্ম-সন্মান মশক খঙদবা, অতোপ্পদা তাংজদুনা হিংবা হঙ্বা জিবদৌনা খননৈ। ঙল্লিমখৈ ৱেলফেয়রদগী শেল লৌদনবা হোৎননৈ। ‘ঐ সরকারদা টেক্স থিরিবা মীনি’ হায়রগা লেমজবগা লোয়ননা চাওথোক্লে।

কনাডাদা লাকপা নৌরিঙৈদা ঐসু ৱেলফেয়রদগী শেল লৌরম্মী। ফুলটাইম ফ্রেঞ্চ লোল তম্বগীদমক ৱেলফেয়র লৌখিবনি। কুইবেকতা লৈবা তারগদি তঙাইফদনা ফ্রেঞ্চ লোল খঙবা তাই। মখোয়না ইংলিস খঙলবসু ঙাঙনীংদে অদুনা লোল ফাওনবদা অৱাবা অমা ওই। ফ্রেঞ্চ লোল ঙাঙবা মীগী মশিঙ হেনগৎনবা কুইবেক সরকারনা মমল তিংদনা লেমনা ফ্রেঞ্চ লোল তমহল্লি। চথোক-চৎশিনগী ভারা ওইননবা শেল খরসু পী। মদু দোলর চামনি। ভারা কাইথোকখ্রগা লেমহৌবদুনা থা অমগী চুরূপ, বেড়ী, বিয়ার , সিনেমা য়েংবা ফাওবা কোন্নে।

সরস্বতী অমসুং লক্ষ্মী মাত্স অনীমক্কী থৌজাল অমুক্তদা ফংবদুদা ঐসু তমশিল্লুবনি। হৈনীংদুনা তমখিবদি নত্তে। থা তরুক্কী ফুল টাইম কোর্সনি। হৈত্রিফাওবা হঞ্জিন-হঞ্জিন তম্বা য়াই। ঐদি থা তরুক্কী কোর্স অদু হেক লোইবগা সরকারনা লেপ্পা অকক্লবা, খ্বাইদগী পীকপা তলবকী থবক অমদা জোইন তৌখি। শিনফমদি উ শুবনি। শেল-থুম মরাঙ-কায়বা শিনফম ওইদবদুনসু পোইন্ট সেন্ট চার্লস কৌবা লায়রবশিংগী খুঙ্গং অসিদা অহোঙবা ভারাগী যুম থিদুনা লৈখিবনি।

শম ককফম সেলুন অদু ঐগী য়ূমদগী থোইনা লাপ্তে। ব্লোক (য়ূমগী পবেং) অমা লাল্লগা অদুম উরে। সেলুন ওইদ্রিঙৈদা মী লৈনরম্বা য়ূমনি অদুনা সেলুন মথক্কী দলান অমসুং থংনবদা ভারাদা মী লৈ। সেলুনদুদা কনামত্তা লৈবমদে। মপানদগী কোলিং বেল খিঙলুবদা, পৱার অথাবগী আনোক উপ্পা ফ্রেঞ্চ অহল অমা থোরকই। মশা থক-থক নীকই। পার্কিনসন্সনা নাবা মাল্লি।

- 'বোঁজুর!' (গুড মোর্নিং) হায়রগা ঐবু কৌশিল্লি।

সেলুনদুগী লৈতেং ওইনা হুইল-চেয়রগুম্বা চৌক্রি অনী থারম্মী। মনবগী শাগৈদা জ্যেক কার্টিয়র না কুইবেকতা থুংলবা মতমদগী (১৫৩৪) লৈরক্লবনি খল্লি। সনাহিদাক ইকোক-কেক্লবা মিংশেল অনীনা মাঙ-তুংদা খিল্লি।

- 'বোঁজুর ' ঐসু খুম্মী। ফ্রেঞ্চ নীংথিনা খঙদবনা মখাদি তাখিদে।

ফ্রেঞ্চ লোলগী ব্রেলকমিং ক্লাসতা খরা তম্লকপদুনদি মপী লাইরিক্কী 'উচি ফারি কিশি কিরি' দগী কয়াবু হেন্না হৈফম থোক্কেদো! অদুবু অকাম অপেৎ ৱাহৈশিংদি অয়াম্বা খঙজে।

অতোপ্পা লোন তম্বগী অহানবা পারাদি অকামপেৎনা হৌই হায়নৈদনা। তবর্নাক (Tabarnac), কলিস্ (Calisse), এস্তি (esti/ostie) দগী লাকপা লাইবু নিন্দা তৌবা ৱাহৈ খরসিদগী হৌরগা অকাম্পেৎকী আ-য়ৌবা ফাওবা হৈখি। ৱাহৈশিং অসি কুইবেক্কী মীশিংনদি য়াম্না অচোপ্পা ৱা ওইনা লৌনৈ।

- 'ক্য পুই-জ্য ফ্যের পোর ভু ?' (অদোমগী করি সেবা তৌজৌ হায়বগে) মহাক্না অতপ্পা খোঞ্জেলদা হংলকখি। ঐসু 'উই মশীয়ো' (য়েস সার) হায়রগা ঐ মখা তাবদুদি ইংলিসতা খুমখি-'শম ককপা লাকচবনি'। মহাক্সু- 'অসোৱাএভু সিল্ ভু প্লে' (প্লিজ সিট ডাউন) চৌক্রিদা খুদোম্বী থিল্লগা হায়রকখি। ঐদি অহলদু চুম্নতা সেলুনদু পান্নবা মীনি খল্লুই। হাজাম ওইরমগনি হায়নদি খল্লুদে। খনবনা অমা তম্বনা অমা হায়বসি পুক্নীদা হেক্তা থোক্কল্লি।

থক-থক নীকপা মখুত্তুনা শম ককপা হৌই। চিংনৈ, করম্নবু কক্কদৌবিবনো অনীকপা মখুত্তু না। অদুবু লাংদ থুববা শা'গুম তূমিন্না লৈবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। অদুদগী শম কক্ক-কক্কা হাজামশিংগী হৌনবী ফ্রেঞ্চ-ইংলিস যান্নবগা পোত্থা-পোত্থা চবেঙ-চবেঙ ঙাঙবা হৌরকখি। মরুওইনা পোইন্ট সেন্ট চার্লস কী মবমদনি।

মহাক্না হায়, পোইন্ট সেন্ট চার্লস সি মোন্ট্রিয়াল সহরগী মনুংদা মতম অমদা খ্বাইদগী চাউখৎলম্বা, হৌজিক্না ওল্ড-মোন্ট্রিয়াল হায়রগা খঙনরিবা মফমসিগী লৈকাই অমা ওইরম্মী। সেন্ট লোরেন্ট তুবেলগসু শম্নবা, অচৌবা হিথাংফম অমদি ললোন-ইত্তিক্কী যাম্না খুদোং চাবা জগা হায়বদুমক্তি। মফম অসিদা ইংলিস অমদি আইরিসশিংনা নম্না তারম্মী। ইংলিসশিংদি জ্যুইসকুম্না ললোন-ইতিক্তা হৈ-শিংবদুনা মফম অসি মখোয়গী দুকানশিংনা পীক থল্লম্মী। মীয়াম্না পূমনিল-নিনবমখৈ উনফম হায়বদুসু ওইরম্মী। হৌজিক্তি মতমগী ঈচেলদা লোইন্নমক মাঙখিদুনা লায়রবগী মকোন হায়বদু ওইরে।

১৯৭৬ মোন্ট্রিয়াল ওলিম্পিক্কী মতমদা মফম অতে শেমদোক-শাদোক-শেমগৎখিবদা পোইন্ট সেন্ট চার্লস তি য়ৌরকখিদে।

লাসিন কেনেল গী মনাক্তা লৈবা 'মেগনম টেভার্ন' গী ক্রোরপতি মপূদুগী শাগৈ-নাতৈ খরদি লৈরিমাল্লে হায়দুনা অহলদুনা তম্মি। হাজাম অদুনা হায়রিবদু ঐসু য়ানীংখি। মফমসিদা ষ্টাইল-ফেসনগী ওইবা, অকে-অমৌগী পোৎ-চৈ য়োনবা দুকান লৈতে। সেকেন্দ হেন্দ পোৎ-চৈগী দুকান, বদ্ধোপক্কী দুকান, ফাষ্টফুদ য়োনবা অদুগুম্বা দুকান্না নম্না লৈ।

শম কক্কবা মতূংদা ঐনা টিপসকা লোইননা দোলর ৬ পীরল্লগা হাথু-হাথু থোরকখি। মিংশেল মতাদুদা তনদুনা করম্বা শমকক-ককখিবা হায়বফাও য়েংলকখিদে। যূম য়ৌরকপগা ঐগী নুপীনা ইঙক-ঙক্কা হায়রকখি- 'করম্বা ষ্টাইল শমকক্লো, চুবা সাইদ অমা খাক্লিবসিবো' !

শ্বায় লাওখিদুনা বাথরুমগী মিংশেল তম্না পাইশিনখিবনি ঐ। হাজামদুনা কাউথোক্তুনা ককহৌদ্রবা চুবা নামগী শমদো উবদা

নোকসু-মোল্লীংখি শাউসু-শাউনীংখি। খুবাক্লা খুমজিল্লগা অমুক্কা হন্না হাজামদুগী মনাক্তা চেনখি। অদুবু ফনা কুইনা কোলিংবেল খিঙববু কনামত্তুনা থোঙ হাংদোরকখিদে। কুইনা কোলিং বেল নম্বদুদা থংনবা যুমদগী হনুবী অমনা থোঙনাওদগী মকোক লিংথোক্লগা হায়বকখি- 'মশীযো কোৱাফৰ (মি: বাববব) এম্বুলেন্সনা পুবগা চংখিবতা ঙাইহরি, হার্ট এটেক মাল্লি'।

ঐগীসু এম্বুলেন্স অমত্তং কৌবিযু হাযনীংখিবনি। অদুবু উপাইদি লৈখিদবনিনা যুমদ হল্লকখি। নুপীগা-ঐগা ঐখোয় অনী চঙদুনা কাটিগা খুবগনা মনদুনা য়ান্না ৱানা শেমখি। মীনবু হায়নবল্লবা ৱাদুদি খমরখেদি চুম্মী হায়বসে অচুম্বনি। খৱনি মতুংদদি সেলুন অদু 'দিপেনর' (দুকান মচা) ওইনা শেমদোকখি। মরক-মরক্তা শঙ্গোম, ব্রেদ, চুরূপনচিংবা ইমূংগী পোৎ মচা-মশু দিপেনরদুদগী লৈবা চংশদা অহলদুযু হেক-হেক নীংশিংলকই। অদুগা চুবাগী শম মারগা নোকনীংবা হেক-হেক খাঙই।

হাজাম অহল অদুনা ৱারী লিবদা পল্লন্বা টেভার্ন অদু নম্বুল তুবেলমুক পাক চাওবা লাসিন্ কৌবা মীনা তৌবা খোং 'লাসিন কেনেল' গী তোৰ্ব্বানদা লৈ। ঐখোয়গী য়ুমদগী নোংচুপলোমদা মিনিট তরায়োম খোঙনা চংশদা যৌই।

অচা-অর্থক্তা লোয়ননা মীথুংফমসু ওইবা অদুগা যু য়োনফমসু ওইববু টেভার্ন হাযৱগা খঙনে। য়ুরোপকী সমাজ, সাহিত্যদা টেভানগী দান য়ান্না লৈ। হৌজিক্কী রেষ্টোরা-হোটেল হৌরকখিবসি টেভার্নদগীনি হায়বা য়াই। টেভার্ন হেক হৌদোরকপা নুমিত্তুগী মীওইবনা মপানদা চাবা-থকপগী চংনবী অমা হৌরকখি। অদুনা যুমদা থোং-থাক্তুনা চানবগী মতম কাইথোকপগী মহুত্তা মতম অদু শিল্পকলা অমদি সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎমখি। টেভার্ননা মীওইবগী চাওখৎ-লম্বীদা অচৌবা খুদোল অমা তম্মী। অদুতসু নত্তে টেভার্নগী মরমদা পনবা য়াবা ৱাবীদি ট্যুডরনা পাল্লিঙৈ মতমদা ইংলিসকী অফাওবা রাইটর বেন জোনসন মশামকসু মরূপ-মপাংশিংগা লন্ডনগী 'মাবমেইদ' কৌবা টেভার্নদা

নুংতি-নূমীৎ খুদিং সাহিত্যগী মরমদা সমালোচনা তৌদুনা মতম লেনখি হায়। সেক্সপিয়ারগী হেনরি ড্য ফিফ্‌ট কৌবা দ্রামাদা য়াওবা ইংলিস লিটরেচরগী অথোয়বা কল্পনিক কোমিক করেক্টরনি হায়না খন্নবা সার জোন ফোলষ্টাফ কা লন্ডনগী 'ডি বোর্স হাউস' টেভার্নগা তৎন-থানা য়াদ্রবা ৱাহৈনি। টেভার্নদা মরূওইনা ফংবা য়ুদি বিয়ারনি। অদুতা নত্তনা মখল খুদিংগী য়ু হায়বদি অয়াকপা, অখাবা, অথূম্বা, অশীনবনচিংবা খুদিংসু ফংই।

কাউদ্রি টেভার্নদা য়ু অহানবা থক্লুবা নুমিৎ অদু । কালেনগী য়াম্না শাবা নুংথিল অমদনি, আদিত্য দেৱান কৌবা বাংলাদেশকী চাকমা মরূপ অমনা মেগনম টেভার্ন দা শেংলবা বিয়ার থকলুসি হায়দুনা চৎমীন্নখি। আদিত্য দেৱান বাংলাদেশকী চিটাগোং হিলট্রেক্টতগী লাকপা মীনি। এন্থ্রোপোলোজিদা দোক্টরেট ফংদুনা মোন্ট্রিয়াল কোংকোর্ডিয়া য়ুনিভর্সিটি অমসুং দাউশন কলেজগী ওঝা ওইরি। মহাক হরাও-কুম্মে অমদি গেষ্ট্রোনোমিদা থৱায় য়াওজবা অমসুং জ্ঞানগী মরমদা থিজিন-খোমজিনবদসু তনদবা মীনি। মহাক্না নৈনদবা হীরম লৈতে হায়বা য়াই। মৈতৈগী মরমদা মৈতৈ ঐনা খণ্ডদবা ৱারী-ৱাখোং কয়া ফাওবা মঙোনদগী তাখি।

ঐনা ইকায়খুম্নজরিবা, মতম অমদা সিলেটতা লাক্লুনা মৈতৈ মচাশিংবু থাং-অসু তম্বীরম্বা ইতিহাসকার-সাহিত্যিক পদ্মশ্রী এন. খেলচন্দ্রনা ইবা 'মণিপুরী লেঙ্গুএজ: স্টেটাস এন্দ ইম্পোরটেন্স', মহাক্কী কলেক্সনদা লৈ। য়াম্না ওথোরিটেটিভ ওইবা লাইরিক্তি হায়দুনা ঐঙোনদা হায় । মহাক ধাকাদা লৈবা ঐগী ইচননূপীগী মপূরোইবা, বাংলাদেশ সুপ্রিম কোর্টকী এদভোকেট লাইরেঞ্জম সুরচন্দ্রগী লুনা তিন্নবা মরূপনি। ইশেননূপানা ঠিকানা পীরকপদগী আদিত্যগী ময়ূমদা নোংমা চৎলুই। নুমিৎ অদুদা মহাক্না চাকলেন অমা শীনখি। চাকলেন অদুদা চাখিবা অচা-অথক্কী মথেল-লুকোইশিংদো পাক-হেক কাউবা ঙমগনি থাজদে। মরমদি কনাডাগুম্বা সাহেবশিংগী লম অমদা- ময়াংবা মতোন,উ মোরোক, শোইবুমনচিংবা চাবা ফংগনি করম্না থাজরুগনি।

অদুগীসু মথক্তা হঙ্গাম মুলাগা য়েনগা থোংবদা অব্রাফদিগোম থাকপা, পানগা ইলিশাগা থোংবা, হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎ, পেরুক কংশু, কোবিফুল-হৱাইমতোন শিংজুদা মখল-মখলগী ঙারী নম্বা ঙা লৌরগা হাপ্পনচিংবা এঙ্খাং মথেল ময়ামসিনা মহাক্কী ডাইনিং টেবলদু পীক থল্লম্মী।

মোরোক্কিদি লৈজবী থাদুনা হুং-লাউবমখে থাকই। চাক-এঙ্খাংগী খুৎথোং অদু মৈতৈ ঐখোয়গী খুৎথোংগা চপ-মান্নদ্রগসু চাকমা-মৈতৈ পূনশিনবা মওংনি হায়বা তাই। মতম কুইনা অদুগুম্বা চিঞ্জাক চারকখিদ্রবা তুংদা চাবা ওইখিবনা য়াম্না হাউনা থোকখি। থগোকপা খুদিংগী ফদিগোম-ময়াংবা-শোইবুমগী মনম থোরকখিবদু ফনদুম নুংশিখি। মীৎ উইশিন্দুনা মোরোক শানি-শারোই খল্লুদনা পুরানগী 'গ্লাটোন' কৌবা শওমদুগুম্না প্রসাদ অদু হাইফেৎ নীংথিনা লৌখৎখিবনি। মৈতৈ এঙ্খাং মনমশিং অমদি ঙারিগী মহাওনা লাকচখিদুনা স্পেসিয়েল ওইনা থোংলম্বা ষনশা, হামেং থোংবশিং অদুদি থওইনা চারকখিদ্রবনি।

ময়াংতোন-উমোরোক-চানক্রক-কৌখা-কাউথুম-পুলৈ-য়েনদেম-থমচেৎ-থম্বৌ-মরোই নাপাকপী-তেংনৌমানবী-মোনশাউবী-উয়েননচিংবা ময়াম অসি নত্তবা ঐনদি মমিং কাউথোকপ্রবা মৈতৈনদি চানবা মনা-মশীং অয়াম্বা মোন্ট্রিয়ালগী চাইনা টাউনদা কুম-কাংদ মতম চুপ্পদা ফংই হায়বসি ঐনা মোন্ট্রিয়াল কোয়থুং-থুংনা থিগৎলবা মতুংদদা খঙলকপনি। অদুদগীদি নোংমতা কাংদনা মৈতৈগী চাক-এঙ্খাং থোংদুনা চারে। চাইনা টাউনদা য়োল্লিবা মনা-মশীং, ঙা-অয়ায়বা, চেংগুমগী কাঙবু, হবাইজার অকংবা, থরোই-কোল্লেং হায়রিবা ময়ামসি উরগা চাইনাগা ঐখোয়গা চিঞ্জাক্তা থোইনা খেন্নবা লৈতে হায়না খল্লি। বৈষ্ণব ধর্ম চৎত্রিঙৈদা ঐখোয়না মখল-মখল কয়াগী শা-ঙা চরম্বদুসু মখোয়গা শোয়দনা মান্নরমগনি থাজে।

চাইনা টাউন অসি সেন্ট লোরেন্ট ষ্ট্রিটতা লৈ। ষ্ট্রিট অসি মোন্ট্রিয়ালগী নোংপোক-নোংচূপ খায়দোকপা লম্বীনি। ১৮৫০ অদুৱাইদা চাইনিজ য়াম্খেরোম মোন্ট্রিয়ালদা লাক্কুনা খুনদাখি।

হৌজিক্তি চাইনিজ মশিঙ থিঙমদ্রে। ইম্ফালগী কবুই খুলশিং অমদি অতৈ চীংমী ইচিল-ইনাওশিংগী খুঙ্গং কযাদা মখোযগী পানা মশক তাক্লবা গেট শারগা থম্লবিবগুম মোন্ট্রিয়ালগী চাইনা টাউন চঙফমদসু চীংলাই য়েকপা যাম্না ৱাংবা সনখোঙ্ অমা লৈ। ঐহাক্না খঙজবা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা চাইনা টাউন অদুম থেংনৈ।

মোন্ট্রিয়ালগী চাইনা টাউনদা থাই, ভিয়েটনামগী দুকান অম-অনীসু লৈতেং ওইনা ফম্মী। মখোয়না যোল্লিবশিংদুসু চাইনিজশিংনা যোল্লিবশিংদুগা মান্নৈ। মান্নদবা হাযববু ঙাক্রা-ঙমুতনি। থাই উকাবীদি নোয়-নোয় লাউরদুনা মরেক কায়, য়াম্নসু হাওই। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ, মণিপুরদা থাই-উকাবীগুম্না মরেক কাবা, ফুঙ্গাদা লৌবা উৎ-ৱাই তোংপা ফোং-ফোং শাবা উকাবী চাখিবদু হৌজিকসু কাউদ্রি। অদুগুম্না উকাবীদু হৌজিকপু মণিপুরদা ফংলমখিগদ্রা ! পেঙবা-খাবক-ঙাক্রিচৌ-ঙানপ; শরেংখোইবীদৌনা মরায়বক থীবা জিব ওনখ্রবরা ! মহৌশাগুম নিংথম খাদা অরাপ্পা লমদমগী তেনৱা, কাংঙা শঙ্গু-শঙ্গু পাইরকখিবদু হৌজিকসু পাইখক্লমখিগদ্রা ! মতমদুদা প্রকৃতিগী অদুগুম্বা ফজবদুবু হৌজিকসু লৈরমখিগদ্রা !

বাংলাদেশতদি প্রকৃতিগী ফজবা মরূ ফুক্তোকপীখিবা য়াম্না কুইরে। শা-ঙা, উচেক-ৱায়া ফাওবা অখাকপা লৈতনা চাখৎনরকখিবদগী প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা শা-ঙা উচেক-ৱায়া লৈশিল্লক্লবা পৃথিবী অমগুম্লকলে। শা-ঙাগী মহুৎ শিল্লে তিন-কাঙ-হঙোই-ঙাচককুম্বা মীওইবনা। পৃথিবীগী হোংলক্লিবা মতৌ অসি উবদা ঐগী নীংশিংবগী মমি অসুম-অসুম শামজিল্লক্লবগুম্লক্লে । খল্লুরবদি মালেমসিদা খ্বাইদগী মাঙহন-তাকহল্লিবসি মীওইবা ঐখোয়নি।

মেগনম টেভ্ভার্নদা বিয়ার থকখিবা নুমিৎ অদুদা আদিত্যনা মজাতি চাকমাগী মরমদা নুঙাইতনা ৱা অমা ফোঙদোক্লম্মী। ৱাদো করি মরমদগী হৌদোরকখিবনো ঐ খঙহৌদে। পীক থনলা জাবদগী হৈরগা কোঙ্গোলগা লোয়ননা পাথরকপা অঙ্গংবা বিয়ারদু থক্ল-থক্লা ঐঙোনদা ইযেং-যেংদনা হাযরকখি- 'মৈতৈ নখোয়গীদি লোলসু ময়েকসু

অনীমক লৈরি। চাকমা ঐখোয়গীদি লৈত্রে। মুৎখ্রে। মীরোলনা ইবোলদগী হেন্না চাওখৎলি খনদুনা তাংজরুবদগী মসি থোকখিবনি। পৃথিবীগী খ্বাইদগী ফজবা অমদি চাওখৎপা ফ্রেঞ্চ লোল অসিবু কনাডাদা লৈবা কুইবেককী ফ্রেঞ্চশিংনা লো (লোৱা) ১০১ শেমদুনা মমালোনবু মুত্তনবা অমসুং চাওখৎনবা হোৎনরি। ঐখোয়গীনা মসিগী তায়োন্নবনি। হীরমসিদা ঐখোয়দি লমজামক্লি। ইশাগী মরমদা খল্লু-খল্লুরগা ইনফিওরিটি কমপ্লেক্স অমা হেক-হেক ফাওরকই। পীকপা-চাউবা নাইদনা মমালোল লৈজবা জাতি পূম্নমকপু মীহৌই।'

চাকমাশিং অসি বাংলাদেশকী খা-নোংপোক্তা কর্নফুলি ভ্যেলি অমদি কাশালোং কৌবা মফমদা খুনদাদুনা লৈ। মখোয়গী মমালোন মুৎখ্রে হায়বদু ঐ নুমিত্তুদগী খঙখি। ঐখোয়গী ইমালোলসি চাকমা লোলদৌনা মুৎলম্লবদি মানা ফাওরিবা নুঙাইতবদুমক ঐঙোনদসু ফাওরমগনি।

বাংলাদেশতা মৈতৈলোনবু হৌজিক ফাওবা মুৎহল্লমদ্রিবসি মরুওইনা ইচম-চম্বা লাইরিক-লাইশু হৈজদবা লৱাইগী লৌমীশিং অমদি অহল-লমনশিংগী মপান্ননি। লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা মৈতৈ অয়াম্বনা চহী তরেৎ খুন্তাকৈঙদা অমদি মৈতৈ নিংথৌশিংনা চেল্লকপা মতমদা লোয়নরকখিবা মীওই ঙাক্তদগী শমথরকখিবা চারোল-শুরোলশিংনি। মতমদুদা মখোয়না লোয়নরকখিবা লোল, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, চৎনবীশিং খুদিং হৌজিকসু মহৌশাগুম মপোপ কায়দনা অদুম্মক লৈরি। পনবা য়াবা অমনা ময়াংগা মতম খিবিক্তা তোৎন-তিন্নদুনতা লৈবা অমদি চখোক-চৎশিনগী খুদোংচাদবা কয়ানা মণিপুরদা মতম-মতমগী মতুং ইন্না হোংলকপা অনৌ-অনৌবা য়াওল ঈহৌশিং বাংলাদেশকী মৈতৈশিংনা ফংবদা ৱানা থোকই, অদুনা ৱাঙাঙ-শঙাঙ-চৎনরোলদা খেন্নবা কয়াবুদি উবা ফংদবা নত্তে।

জাতি অমগী ওইনদি মমারোল মুৎখিবা হায়বসি কপনীংবা ৱাফমনি। চাকমাগীসু। অদুবু নুমিৎতুদা ঐনা আদিত্যদা হায়খি- 'লোল লৈত্রবসু কলচর-ত্রেদিসনদি লৈরিদনা?' মদুদা মহাক্লা হোয় হায়রগা

ৱাবী পবীং হোংদোক্লদুনা বিয়ারগী মরমদা অখঙ-অহৈ অমগী মতৌগুম হায়রকখি-'বিয়ার হায়বা পোৎশক অসি সভ্যতাগুম লিরবা পোৎশক অমনি। মমাঙঙৈগী মীওইশিংনা বিয়ার শুংবদা চংবা মহৈ মরোং থাবা হৌবা নুমিত্তগী কোয়চৎ-চৎলম্বা পুন্সী মওং অদো হোংদুনা মফম অমদা তং-তানা খুন্দা লৈতাদুনা সভ্যতাবু খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনখি। য়ু হায়বা পোৎশকসি অরিবা ওল্ড টেষ্টামেন্টতা নোৱাগী ৱারীদগী হৌনা য়াওরক্লবনি। টেসিটাস (খৃ. ৫৬-১২০) না বিয়ার হায়বসি জর্মনিগী ত্রাইবেল কাঙলুপ খরনা বার্লি নত্রগা গেহুদগী লৌরগা শেম্বা য়ু মখল অমনি হায়না ইরম্মী'। অদুগা বিয়ারগী মরমদা য়াম্না ফজবা ৱাহং অমা হংলকখি - 'কোড ওব হাম্মুরাবী খঙব্রা'? ঐনা খঙদে হায়বদগী মহাক্লা মখা চত্থরকখি-''খৃষ্টগী চহী১৭৫০ মমাঙদা ব্যেবিলোনগী (ইরাক) নিংথৌ হাম্মুরাবীগী 'কোদ ওব হাম্মুরাবী' হায়বদুগী মতুং ইন্না টেভার্নদা য়োনবা বিয়ারদা ঈশিং য়ানবা য়াদে। ঈশিং য়াল্লগা য়োল্লবদি শিবগী দন্দি পীগনি। ঐখোয়না চিংলিবসি ঈশিং য়ানদবা টের্ভানগী বিয়াররনি, জার অমগা অমুক লৌরগা থকখিসি।''

ঐসু য়ুগী মরমদদি অখঙ-অহৈনি হায়দুনা লৈজরম্বনি। য়ুগী কাঙবুদা ৱাইন, বিয়ার, স্পিরিট অমদি অলকোহোল অসিনচিংবা য়ুগী তোঙান-তোঙানবা মহাউ অমসুং শুংবগী ফোর্মুলা মমুৎ তানা খঙলিবনি। ঐনা খঙজরিবদুগী মথক্তা লাইবক ফবদগী ঐবু ইংলিস তন্বিবা স্কোটিশ ওঝা নূপী মিসেস শিলনা হুইস্কিগী হৌরক্ফমগী মরমদা শুগাইনা লীবিখি। য়ুবু য়ুরোপকী অয়াম্বা জাতিনা 'পুন্সী-ঈশিং' হায়না কৌনৈ। স্কোটিশ লোলদা Usquebaugh হায় অদুগা রশিয়ান লোলদনা 'ভোদকা'। অনীমক্কী অর্থসু 'পুন্সী-ঈশিং' হায়বনি। Usquebaugh (উসকাবেহা) হায়বদি হুইস্কি হায়বনি। ৱাহৈ অসি, মমাঙঙৈ ইংলন্ডগী নিংথৌ হেনরি ২শুবগী লান্মী অমনা উসকাবেহা হায়বা খোম্থোক্তু থোক্তদুনা 'হুইস্কি' হায়খিবদগী অদুম চৎনরকখিবনি।

আদিত্যনা বিয়ারগী মরমদা হায়রকপশিংদু ঐঙোন্দা জ্ঞানগী মচাক ওইখি। হাম্মুরাবীগী কোদ হেক পল্লকপদুদা মদুগা চপ মান্নবা থৌদোক অমা ঐনা লন্ডনদা লৈরিঙৈদা থোকখিবা নীংশিংলকখি। থৌদোক্তু আদিত্যদা লীখি।

হাম্মুরাবী না বিয়ারদা ঈশিং য়াল্লগা য়োনবা মীবু শিবগী দন্দি পীখিবদু ঐসু য়ানীংই। মরমদি, নোংমা বাংলাদেশকী নূপামচা অমনা চাক কৌরগা ঈশিং য়ানবা বিয়ার পীথক্তুনা ঐবু খোয়শাউনহনখি। চাকপুদি ফজনা শীন-লাঙলক্ষ্মী। রৌ-গী সিন্ধি বিরিয়ানি, য়েনফৈগী টিক্কা, হামেংগী কিমা করি, য়ুগা মারিনবা ষনগী মিটবোলনচিংবা মথেল-লুকোয় কয়ানি। মিটবোলদুগা এলুমিনিয়মগী গ্লাস মচা অমা লানশিল্লকখি। ঐদি কোল্ড ড্রিঙ্কনি খনদুনা চিংলুই। এলুমিনিয়মগী পাত্রদা অদুগা অমুকসু ঈশিং য়ানবা বিয়ার ওইরম্বদুদা শাউনীংবনা ঈ কাখি। খংলাউ-লাউখি- 'সে,সে মসি নঙ থকচরো, ঐ বোটলদা অদুম হোৎনরগে!'

- 'বাবু ঐদি মুসলিমনি য়ু থক্তে। বাবুগীদমক ঐনা ...!'

মানা ঐবু য়াম্না ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা চাক কৌরিবদুগী মরমদি নোংমা ঐনা মাবু 'স্কিনহেড' কী মখুত্তগী কনবিখি। স্কিনহেড, ইংলন্ডগী মকোক মরু-শিৎ নান্না কোকথোকপা, য়াম্না শাথীবা গোরা নহারোলশিংনি। স্কিনহেডশিংনা মখোয় মশাবু পৃথিবীদা খ্বাইদগী অথোইবা জাতিনি হায়না লৌজৈ। অদুনা অতোপ্পা জাতিশিংবু হন্থনা য়েংবতা নত্তনা নুংসু-নুংশিদে। তাথী-তাওইনা তৌবি। করিগুম্বা মতমদা হাত্তোকপিবসু য়াওই। অদুবু নাতোন নমবা চাইনিজ, জপানিজ মানবা ঐখোয়দদি থোইনা হৌরক্তে।

লন্ডনদা লৈবা ভরাগী য়ুম অয়াম্বদা ইরুজফম লৈগনদে। মরমদি মৈ-ঈশিংগী খাজনা য়াম্না কল্লি । অদুনা ভারাদা লৈবা মী অয়াম্বনা পব্লিক-বাথতা ইরুজবা চৎনৈ। পোপলার দা অহোঙবা মমলদা ইরুজফম অমা লৈ। ঐসু মফমদুদা ইরুজরুগে হায়দুনা ইষ্ট লন্ডনগী বেথনাল গ্রিনদা বস নং ১৫ ঙাইরিঙৈ তাঞ্জাদুমক্তুদা বাংলাদেশ মচা

অমবু স্কিনহেদ অনী-হুম চঙদুনা শাথীনা ফুবিবা হৌরকখি। ঈহিং-নাইহিং তাবমখৈ ফুবীবা উবদুদা ঐনা লাউ-খোংদুনা মাবু কনবগী মওংদা চেনশিনখি। স্কিনহেদশিংদো কবি খল্লুববনো খঙদে হৌদূনা চেন্নখি। নূপামচা অদু শাথীনা শোক্রবসু মনাকোংদগী ঈ থোকপদুদা ঐনা মাবু হোস্পিটালদা চৎসি হায়খি। মানদি থৌ-ৱা ইশা-শাদনা মাগী লৈফমদা থিনবিনবা হায়জরকখি। হোস্পিটালদা চৎসি য়াদবগী মরম হংলুবদদি মশাগী মেদিকেল কার্ড লৈতবগী ওইরম্মী। মহাক ইলিগেল ইমিগ্রেন্টনি হায়বা ঐ ভাব তারে অদুনা মঙোন্দা হোস্পিটাল চৎনবগী ৱা অমুক হায়দ্রে।

নূপামচাদু ঐগা হান্না থোইনা কৌন-ঙাঙনরক্রগসু নোং-ফাদোক ঐনা মোনদা নুঙাইনা ইষ্ট লন্ডনগী ৫৮৮ মাইলেন্দ রোডতা লৈবা 'ডি হোর্ণ ওব প্লেন্টি' দগী থোরকপা মতমদা হেক-হেক থেংনৈ। য়ু য়োনফমনি 'ডি হোর্ণ ওব প্লেন্টি'। মসিগা হেক থংনবা ইন্ডিয়ান ষ্টোর অমদা মা থবক শুই। মানা চাক কৌজরগসু ঈশিং য়ানবা বিয়ার পীথকখিবনা ঐনা মাবু নুঙাইখিদে, স্কিনহেদনা হাৎতোকপীরম্লবদি হেক পেল্লমগদবনি। হাম্মুবাবীনা বিযারদা ঈশিং য়াল্লগা পীথকপা মীদা শিবগী দন্দি পাল্লম্বদু অসিগুম্বসিনা ওইরম্বা য়াই।

আদিত্যনা ঐগী ৱারীসি মুন্না তাখিদি হায়ববু থাজরমগদবদি মানদে। লন্ডনদা খুন্দাদুনা লৈরবা মী অমনা বিয়ারদা ঈশিং য়াল্লগা পীথকলক্কনি হায়বসি থাজবা য়াদবা ৱাফমনি। অদুবু অশেংবা ৱাবোল শিনদোকলগা শেমজিন-শাজিনবা হৈবা, ওইদববু অচুম্বা মালহনদুনা পৃথিবীগী মহা পণ্ডিতশিংবু শুমহৎপা ঙম্বা চাইনিজগী হীরমদা স্কোলার ওইবা ইংলন্ডগী সার এদমন্ড বেকহাউস (১৮৭৩-১৯৪৪) অদুমক্কী মবুদ্ধি মরৌশিংগা মান্নবা মীশক অমা নত্তবদুদা আদিত্যনা ঐবু থাজখিদবনি। থাজখিদবদুনসু অফবা অমনি খল্লে। জপান-বৃটেনগী লান মনুংদা পিকিংগী ফ্রেঞ্চ হোস্পিটাল অমদা মীশি চাদনা শিখিবা সার এদমন্ড বেকহাউসকী মীশিদু ঐ চুকংনীংদে। মেগনাম টেভার্নদা থকখিবা ঈশিং যানদবা অশেংবা বিয়ারগী বিল অদুবুদি ঐনা পীগে

য়াদবদগী আদিত্যনা পীখি। নাশোন্ননা ঐনা হায়খি- 'টেভানগী অশেংবা বিয়ারগুম অদোম্না পীখিবা বিলদুসু অশেংবনি'। ঐগী ব্রাতাদুদা মহাক মমীৎনা নোক্লককখি।

মেগনাম টেভার্নদগী থোরকপা মতমদুদা পাখঙ-লৈশাবা অমদি মীয়ায় চল্লবা নূপী-নূপা মশেল চুপ্পরদুনা হরাও-নুংঙাইনা য়ু থক্লহৌই। মখোয়গী মায়থোঙদা লায়রবগী মমি মচেৎ অমত্তা উখিদে। মদু উবদা আদিত্যনা হায়রকখি- ' পোইন্ট সেন্ট চার্লস অসিবু লায়রবা লৈকায়নি কনানা থাজনি '।

ঐনা মমাঙঙৈ সিলেটতা লৈরিঙৈদা চাকমা অমগা হায়ফেৎ খঙনখি। মহাক সিলেট পুলিস ষ্টেসনগী ও সি ওইরম্মী। মমিংতা তাবদা ময়াম্না কিনবা ও সি নি। সিলেটতা পোষ্টিং হেক লাকখিবা নুমিৎতুমক্তদা লমদুগী গুন্ডা,বদমাশ, হুরান-চিন্থি ময়াম ফাগৎতুনা ফুধখিবগী ব্রারীদগী অমুক্কা হেন্না কিনখি। পুলিসকী আইনদা য়াওদবা পুলিস মশেলনদি অদুম খঙনবা চৎনবী অমা লৈ হায়নৈ। অনৌবা পোষ্টিং অমদা হেক তাবগা মফমদুগী মরাল লৈবা লৈতবা মী খরা ফাজিল্লগা লোক-অপ্তা ফুধগদবনি। পুলিসকী ত্রেনিংদা য়াওবা শক-কাকপগী মার্ক ১৫মখায়দুগা লোয়ননা পব্রারদু উৎহৌদ্রগদি ক্রিমিনেলশিংনা উশিৎপীরোই, শেঞ্জা-থুমজাসু মতিক চানা ফংলোই হায়বসি পুলিসশিংগী ফাদ-য়াদ্রবা পারানি।

চাকমা পুলিস ও সি অদুনা পুলিসকী লৈজবা বিদ্যা অমত্তা চিংথদনা শীজিন্নখি। ঐসু গুন্ডা মচা অমা ওইবনা অহানবদা ও সি অসিদগী চেকশিন্না মোং-হাদনা লৈখি। অদুবু খরনি মতূংদা শক মান্নবদুদা মৈতৈমচাশিংগা তিন্নরকপদগী ঐগী কি-হঙ্গোইরম্বদু কোকখি। ও সি দু ইরৈকাইগী অহল শ্রী লাইশ্রম ফালগুনিগী ময়ূমদসু হেক-হেক কোয়রকখি। মহাক্না কোয়রকপা মতমদা য়ুনিফোর্ম শেৎতনা লাকপদো উবদা ঐনা খনখি- 'য়ুনিফোর্ম শেৎত্রগদি পুলিসশিংসি মী অমুক ওল্লকপোইরে'।

ঐনা হৌজিক লৈরিবসি কনাডাগী কুইবেক কৌবা ফ্রেঞ্চশিংনা অহানবা খুন্দারকখিবা প্রোভিন্সতনি। ফ্রেঞ্চ লোলনা মরূওইনা ঙাঙনৈ। মখোয়না ঙাঙন-শক্নরিবা ৱাহৈ খোঙ্লোক অসি ফ্রান্সতা ঙাঙনরিবদুগদি য়াম্না খেন্নে। বাংলাদেশকী মৈতৈশিংনা মৈতৈলোন ঙাঙবগুম্বদুমক্নি। লৌশীনবা ৱায়। খুরাইলোন্নবু খরা লায়গদ্রা খল্লি। ফ্রেঞ্চ খর-খরা খঙবা ঐদি ভ্রম চুই।

কনাডাদা প্রোভিন্স তরা লৈবগী মনুংদা কুইবেক্লা খ্বাইদগী চাওই। বর্গ কি মি ১৫,৪০,৬৮০ না কোল্লি। কোনুং ওইরিবা কুইবেকসিটি অসিমকসু কনাডাগী মনূংদা খ্বাইদগী লিরবা কোনুং অমনি। অৱাংদা হদসন্ ষ্ট্রেইট, উনগভা বে, নোংপোক্তা ন্যুফাউন্ডলেন্ড, খাদা য়ু এস এ, নোংচূপ্তা হদসন্ বে হায়রিবশিং অসি লৈ।

কুইবেকসিটিদা লৈবা ‘প্লেইন্স ড অব্রাহম’ অসি ফ্রেঞ্চশিংগীদি ঐখোয়গী খোংজোমগুম্বা শেংলবা লানফম অমনি। সেপ্টেম্বর ১৩, ১৭৫৯ গী অয়ুক অমদা কুইবেক সিটিবু খুদুম চন্নবা বৃটিশ জেনেরেল জেমস্ উলফনা লুচিংদুনা খঙহৌদনা প্লেইন্স ড অব্রাহামদা লানদারকখি। মদুদা কুইবেক সিটিবু ঙাক শেল্লিবা ফ্রেঞ্চ জেনেরেল ‘মার্কি ড মোকাল্ম’না মথৌনা লৈনা মায়োক্নখি। লানফমদুদা বৃটিশকী জেনেরেল জেমস্ উলফ অমসুং ফ্রেঞ্চ জেনেরেল মার্কি ড মোকাল্ম অনীমক মথৱায় থাখি। শুপ্নগী মিনিট কুনখক শোক্নখিবা প্লেইন্স ড অব্রাহমগী লানফমদুদা ফ্রেঞ্চশিংনা মায়থীখিবদগী মখোয়না শাগৎখিবা ‘ন্যু ফ্রান্স’কী মঙলান কায়খি। লানফমদুদা ফ্রেঞ্চ লাশ্মী অমনা শিরমদাইদা লাউরম্বা ‘জ ম সুভিয়ে’ (ঐ নীংশিংগনি) হায়বা খোঞ্জেলগী খোম্থাংদি হৌজিকসু লৈরি। লাশ্মীদুনা শিরমদাইদা লাউরম্বা ‘জ ম সুভিয়ে’ হৌজিক্তি কুইবেককী হায়নলোল ‘কেচৱার্ড’ ওইরে। কুইবেককী কার, ত্রক, ভেনগী নম্বর প্লেটশিংদা ৱাহৈসি তঙাইফদনা থানরে।

ইংরাজিদা মশিং ১৩ বু অনলকি নম্বরনি হায়না লৌনৈ। নম্বর ১৩গা ইতিহাসকী খুদোংথীবা থৌদোক অয়াম্বগা মরী লৈনরমগদ্রা হায়বদুদি ঐ খঙদ্রে।

'নোরডিক'শিংগী ফুঙ্গা ৱারীশিংদসু, অরীবা মতমগী গ্রীকশিংনসু মশিঙ ১৩বু লাইবক থীবা মশিঙনি হায়না পল্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা বৃটেনকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বা সার ৱিন্সটন চর্চিলসু নম্বর ১৩বু অনলকি ১৩নি হায়বগী অন্ধবিশ্বাস লৈখি হায়না মহাক্কী সেক্রেটরি অমনা ইবা 'আই ৱজ এ শেদো ওব চর্চিল' দা পল্লী। দিসেম্বর ১৩,২০০১দা ভারতকী পার্লিযামেন্টতা টেররিষ্টশিংনা আক্রমন তৌখি। ১৮৯১ আগষ্টকী ১৩সু মণিপুরগী লায়বক থীবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিদা বৃটিশনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল অনীবু ফাঁসি তৌখি।

প্লেইন্স ড অব্রাহমগী লানফমদা ফ্রেঞ্চশিংনা মায়থীখিবা চহী ১৩২ মতূং ওইজরবসু তাং ১৩ অসিদি মান্নরি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গালবু ইকায়খুম্মনা নীংশিংবা মতমদা খোংজোম লানদা সহিদ ওইখিবা পাউনা ব্রজবাসিবু কাউবা ঙমদে। 'জ ম সুভিয়ে'গুম মৈতৈ ঐখোয়গীসু পাউনা ব্রজবাসিনা খোংজোমগী লানফমদা মাগী অরোয়বা মীৎকুপ্তা লাউরম্বা- 'লৈবাক মচাশা..চেনদুনা শিবদি শিনীংদে, ঐখোয় পূম্নমক হিংলরোই, মায়সু ওল্লরোই' হায়বা ৱাহৈবু ঐখোয়গী লমদমদা 'যূমথোং-ৱাহৈ'মক ওইনদ্রগসু মৈতৈ খুদিংমক্কী থমোয়নুংদদি কাউঙমদবগী শহিদ মিনার অমমমদি থম্মরি, খোংজোম লানগী নুংশিরবা খোঙজোম পর্ব্বগী শৈশক্কা লোয়ননা।

ঐগী তূম্বা য়াদবগী লায়নাসি মতৌ অমনি। পেং চুহল্লি। ৱাখল খনবদা অচূম-অরান হায়বদু শুংপক-পকলক্তবগুম তৌই। লায়নাসি কোক্ল বগী উপাই থিখিদবসু নত্তে। উপাইশিংদুদা বাৎসায়নগী কামসুত্রসু য়াওরি। মদু পারগা খরমখৈদি শাফহল্লি হায়ববু তুং-কোয়না কান্নবা হিদাক হায়বদুমক্তি থোকখিদে। চহী লৈশিল্লকপগা লোয়ননা মগুণদুম হম্বরকই।

হৌজিক্তি ঐ তূম্বগী হিদাক থিবা তোক্লে। থোকঅবা অমা লৈরমগনি খল্লগা কায়ন-নুংশিগী মণশিক্ষা শক্ল-শক্লা, ঐগী হৌখ্রবা পূন্সীদা থোকখিবা থৌদোকশিং, শম্নখিবা মীওই কয়া অমদি তাম্নখ্রবা

মরূপ মপাংশিংগী স্মৃতিশিংবু হন্না-হন্না বি-প্লে তৌদুনা শান্নবে। স্মৃতিগী সেলুলোয়দতা শঙ্গু ওইনসু নাইতোম ওইনসু পৃমকাউ-কাউরুরবা, হাইফেৎ খঙন-চান্নখিবা মীওই কযাগী মায়থোঙশিংসু অহীংগী তনদলগুম্না অমুক মুৎ অমুক ঙান তৌররি। তনদলশিং অদুবু কোইতান-তান্নদুনা ফানীংলুবগী ঈথিল অমনা ঐগী পুক্নীংবু ঈথক হৌহল্লরি। হন্ন-হন্না পানীংবা পোকপা এম কে বিনোদিনীগী ৱাবীমচাগুম্না থমোয়দা ফাওরকই। হায়ফম খঙদ্রবা মশক-মচু লাকশিনবা ৱারবা পৃন্সীগী রাস-লীলা মখল অমনি পূক্নীংগী ঈথক অসে। পূক্নীংগী অঙাওবা-লমহেনবা ৱাখলবু ৱারকপীনবা চৈরাপ-পঞ্চায়ট লৈতে। অফ-ফত্তনচিংবা মীওইবগী অনুভূতিগী মচাক শুনা য়াওরিবনি পূক্নীংদা। ঐগী লমহেনবা অঙাওবা পূক্নীংসু কনা কিরুবা লৈতনা মনীং-মখা তম্না অফ-ফত্তগী বিচার তৌরুদনা চৎখি স্মৃতিগী মায়কৈ পাংনা। স্মৃতিগী লম্জাংনবরা লম্বীদা থেংনখিবা মীওইশিং অদুগী কোলোই-মিংলেন, মখোয়গা ওন-থোইনা লেমিন্নখিবা মতমদা ঐনা উহৌ-খঙহৌবা থৌদোক খরবুদি নীংশিংলি। কাউখ্রবনদি অয়াম্বনি।

ঙসিদি দাইরিদা ইরম্বশিংদুগা স্মৃতিগা পুল্লপ-পূনশিল্লগা কাউখিবশিংদু নৌহৌনা নীংশিংনবা হোৎনরি। ঐঙোন্দা, ঐগী পুন্সী খোঙচৎতা ঐগীদমক্তদি মখোয় ময়াম অদু থৱানমিচাক অমমমনি।

স্মৃতি হায়বসিমক্তবু মতম থানরগা মফমসিদা উনসি হায়দুনা লেপ্লব-য়াবা ঠিকানা লৈবা, থাঙ্গে-শেংনা উবা ফংবা য়াবা পোৎশকমক নত্তবনিনা খরনা ধুমকেতুগুম্না ঙাইহাক ঙাল্লম্লগা শুনদ্রংগী অমুবা শরুক্তা মাঙখিবগুম তৌই, খরনা অন্দ্রোগী মুৎত্রবা মৈগুম্না থমোয়গী কাচিন অমদা মথন্তা তূমিন্না চাক্তুনা লৈ। অতিয়াগী থৱানমিচাকশিংসু অদুমঙায়।

থাশিনি নুমিত্তু। ২০০২ গী জনুৱারি ১৩, নোংমাইজিং।

মোন্ট্রিয়ালগী 'শাতোগে ষ্ট্রীট'তা লৈবা ঐগী কা মচাদুদা মৈ, টি ভি, টেলিফোন লোয়নমক মুত্থৎলগা তূমিন্না তূম্নবা হোৎনরি।

ইনাক্তা কনাসু লৈতে। ঐদি তূম্বগী মতমদদি ইথন্তা তূম্বা হৈনজে। অঙাংশিংদি মাগী-মাগী কাদা তূম্নখিবা কুইখ্রে। তূম্বা য়াদদুনা থোঙনাওগী মিংশেল ব্রাংমা মপানদা লেপতনা তারিব উনগী মফোলশিংদু য়েংলি। ঈশিং-নুংশিৎ অঙ্গৈং-অশাগী মরমদা টি ভি দা হায়খিবগী মতূং-ইন্নদি নুমিৎ নিনীদা সে মি ৪৫ উন তাগনি।

উনগী গালিচা ফিদানা মোন্ট্রিয়ালবু পূমকুপ-কূপখ্রে হায়বমক য়াই। লম্বীগী ওয়-য়েৎতা থারিবা গাড়ীশিংদো ঐগীনা করম্বনো মীগীনা করম্বনো খনদোকপদা ব্রানা থোকখ্রে। মীদি লায়রব্দুনা তিন-কাং ফাওবা লম্বীদা থোরক্লখিদ্রবনি। মরক-মরক্তা পুলিসকী ভেন চৎপগী মখোলদি তাই। লৈখোমদা পুথদুনা স্লিপ চৎপা হব্রাগাড়ীগী মখোলগুম্মা থোরকপনা অয়াম্বনি।

প্রকৃতিনা থোল্লিবা ঙৌশ্রোক-ঙৌবা অরঙবা ফিজোল অদু পূক্লীং হূনীঙাইনি।

অঙৌবা মচু হায়বসিমক্তবু চিং-লেম্মি। ধর্ম-কর্মগী ব্রাখল পোকহল্লি। লাইশঙগী শেংলবা শক্তম্ন নীংশিংহল্লি। লাইনিংথৌ-লৈমরেলগী অমাইব-অমাইবীশিংগী ফিজেৎসু অঙৌবনি। তারিবা উনদুদা মুন্না য়েংলুরগা ভক্তি শ্রাদ্ধগী ভাব পোকলকখি। 'থিয়োদোরেত' কী'এক্লেসিয়েষ্টিকেল হিষ্টোরি' দা রোমগী সম্রাট কোনটেষ্টাইন ড গ্রেট নসু খৃষ্টানশিংনা লাইমিং লৌবা মতমদা শেৎননবা জেরুসালেমগী বিশোপ 'মকারিয়াস'তা সনা মচুনা ফেনবা অঙৌবা অচোনবা ফিজোল অমা পীরম্মী হায়না থারি। মৈতে ঐখোয়গীদি অঙৌবা মচু হায়বসিমক্তবু লাইশঙদা অমদি থৌদোক-ব্রাথোক অয়াম্বদা শীজিন্নবা শেংলবা মচুনি। সংকীর্তনগী ফিজেৎসুনি।

ঐনা উনগী লৈবাক অসিদা উন তাবগী দৃশ্য উরক্লিবসি নিংথমথা তরামঙারক শুরক্লবনি।

নিংথমথা মনুংসি মফমসিদদি অশেংবমক্কী এন্তার্টিকানি, ঈংবদসু উন তাবদসু। হৌখিবা শতাব্দীগী মনুংদা কনাডাদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ১৯৯৮ গী 'আইস ষ্টোর্ম' (উনগী নোংলৈ-নুংশিৎ)

অদুসু থেংনহৌরবনি। মদু প্রলয় অমগী শক্তম্মক্নি। য়েংবদনা মফজ অমা! স্বর্গদগী লাইয়াম্না মণি-মূক্তা হৈধরক্লবোই খল্লি। লংত্রিক-লংই, মথক্তগী তারকপা ফমজিল্লবা উলেন মচাশিংদো। উশা-ৱাশাদা অমদি ইলেক্ট্রিক্কী তারাদা নপখিদুনা মূক্তাগী লিক্লু পরেংগুম য়ানদুনা লৈখি। অরেপ্পা লৈতনা নুমিৎ মৱী-মঙানি 'সুম তারকপদগী য়াল্লিবা উনশিংদুনা লূমথরক্কুনা চাউর-চাউরবা 'ওক' পামেল, 'মেপল' পাম্বী অমদি ইলেক্ট্রিক পোষ্ট লীশিং কয়া কয়া তেকথরকখি। কুইবেক প্রোভিন্সকী অয়াম্বা শরূক অমদি ওন্টারিওগী শরূক খরা ফনা কুইনা মৈ ফংনখিদে। মোন্ট্রিয়ালদদি নুমিৎ মঙা-তরুক্নি লৈরগা লাকখি।

মৈ লাক্তবা মনূংদুদা চাক ঈশিং থোং-থাকতবগীদি থোইনা অৱাবা লৈখিদ্রগসু কা মনূংদা হিটর য়াওদনা মাইনস ৪৭ য়ৌনা ঈংবা মতমদা অঈংবা খাংবদা ৱাখিবদু থেংনদ্রিবা মীনদি খঙলরোয়। ঈংমনবদগী অহল ওইরবা মীওই খরা শিখি। ইন্ডিয়া বাংলাদেশ ওইরম্লবদি মী কয়া শিরমগনি হায়বদু মশিঙ লাকপা ঙম্লরোই। সরকারনা অৱাবা নংলবা 'দিষ্ট্রেস এরিয়া'নি লাউথোকখি। লৈজবা-মখৈ পুথোক্তুনা প্রজাগী মতেং পাংখিবনসু অশি-অনা কয়া থোকখিদবনি।

উনবু তারবদি নুমিদাংদসু মমদে, পূমঙান ঙাল্লি। নুমিত্তুগী নুমিদাংদুসু মপানদা পুমঙান ঙাল্লি। হৌখিবা নুমিত্তগী ঐদি য়ূমদগী খোঙকাপ অমা ফাওবা কাম্থোক্লুদ্রি। উনগী ফজবা দৃশ্যদু য়েংন-য়েংনা অহীংসু থেংজিল্লকখি। তূম্বা য়াৱা য়েংগে হায়দুনা শ্রু-শ্রু নৈনা ফমূংদা ওন-থোইনা ১৯৫৭-১৯৭২ ফাওবদা ইরমবা মল্লবা দাইরিশিংবু পান-পানা ৱাখলদা তাউখি।

পুন্সীদা দাইরি ইবগী হৈনবী শুকলৈ-লৈরমদবনি অদুবু মরক-মরক্তা দাইরি ইরি হায়বগী ৱাখলদা চেজেৎতা, স্কুলগী বোইদা নোংম-নোংমগী থোকখিবা থৌদোক খবমখৈদি হেক-হেক ইশিল্লকখি। লাইরিক্তা যাওবা ফজবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংসু লৌথোক্লগা ইশিল্লকই। বাংলা লোনদা ইশানা ইজবা শৈবেংসু ইশিল্লগা থম্লকখি।

লেপ্তনা নিয়ম কায়দনা দাইৰি ইবা হৌখিবদি দিলওয়ার (দিলাৱর )গী ঈথিলদগীনি। মহাক বাংলাদেশকী অফাওবা কবি অমসুং সাহিত্যকারনি। মহাক্না হান্না শকখঙনরক্তে। মৈতৈ মচা অমা ওইনা ঐনা বাংলা লোনদা ইবা ৱারেং-শৈরেং অম'নী পারুবদগী নোংমা ঐবু থিরকখিবনি। মহাক্না ঐবু 'পাগলছেলে' (অঙাওবা অঙাং) হায়দুনা য়াম্না লুনা তৌই।

ঐসে চোঙলম চাদবা মীনি হায়বা ইশানা খঙজে। মানসু খঙই। অদু ওইজরবসু মানা ঐবু নুংশিবা মরূপ অমগুম লোয়নবিখি। ঐনদি হঙ্গোইজদুনা হায়জে- 'নঙ-ঐ তিন্নরিবসে অতোপ্পনা করি হায়ননি'?

মহাক্না খুম্মী- ' ঈশ্বর নত্তনা অফ-ফত্তা বিচার তৌবা ঙম্বা কনানো? ঐ মীগী মৱা লৌদে'।

দিলাৱরনা হায়রম্বা অমসু লৈ- 'ওক্তবনি, জুৱারিনি, গুন্ডানি, ঈশ্বর থাজদবা মীনি হায়রগা নঙোনদা নুঙাইজবা অমা ফাওই হায়বদো ঐ খঙদবা নত্তে, মদু নঙগী থমোয়নুংগী পেন্দ্রবা পোৎশক অমগী বিদ্রোহনি। বিদ্রোহদু কোলোমনা ফোঙদোক্কদবনি। মদুদা শেংলবা নুঙাইবা অমা ফংগনি। নুঙাইবা অদুমক্তি ঐনা তান্নরিবসিসু।

- ' করম্বা মখলগী বিদ্রোহনো বন্ধু ? অমাংশঙদগী অতিয়া তম্না য়েংখৎপগীরা ?' ঐনা মঙোন্দা করেম্নমা হংখি। অদুবু নোকমি-নোকমিদুম খুমলকখি-' নমথীরবা অমাংশঙদগী থোরক্তুনা নুংশিবা অতোরগী মনম থিবদুনি নুঙাইবা হায়বদু।'

নোংমনা মহাক্কী লেংজুমদা য়াল্লম্বা ফিগী লাইরিকখাউদগী লাইরিক অমা লৌথোক্লগা পারুচো হায়দুনা পীরকখি। মাও জে তুঙগী কলচরেল রিভোলুসনগী লুচিংবা অমসুং আধুনিক চিনা সাহিত্যগী লময়ানবা, 'লু শান' গী ইংরাজিদা হন্দোকপা অখন্নবা ৱারীমচাগী লাইরিক্নি। লাইরিক অদু ঐনা পাবা লোইদ্রিঙৈদা হুরানবিখি। লাইরিক হুরানবসি ঐসু য়াম্না তৌরকই। অদুনা ঐঙোন্দা হুরানখ্রে হায়বগী নুঙাইতবা লৈখিদে। পবিত্র-পাপনি হায়না খনদোকখি।

লাইরিক অদুগী মখুমদা লু শান গী মরমদা ইবা ৱাহৈ খরা অদুগা ৱারীমচা অম'নীগা পাহৌই। মহাক মাও জে তুঙ না য়াম্না নুংশিজখিবা মীনি। 'এ মেড মেনস দাইরি' কৌবা ৱারীমচাদু মতমদুদা চিনাগী তমথীরবা লৌয়ামচাবশিংগী মরমদা ইরম্বা লেঙদ্রবা খুৎই অমনি।

লু শান অরানববু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংলম্বা বিদ্রোহীনি। ঐদি কদ্যাই ! ইশাগী মরমদা পেঞ্জদবা অমদি সমাজগী মথক্তা ৱারৌবা কয়া লৈরবসু ঐদি করিগুম্বা অফবা অমগীদমক খোর্জে থাংগৎতুনা বিদ্রোহী ওইবগী শক্তি লৈবা মীওই অমা নত্তে, ওইদবা নমথাক শীজিন্নবা নত্তনা। গুন্ডা অমনি খন্দুনা কিবদগী সম্মান তৌবিরক্লগা নুঙাইজবা, নীতি কায়না ঙাওশীন্নবা, অমদা হেক্তা হঞ্চক-ঙাচক শারুবা, গুন্ডা-রাজ-চৎপা মীবু খল্লুবা, নূপী-নহাদা থৌনা ফূদোকপা, নূপীশিংগী অমদি অতৈগী তুশোনবদা খুদোংচাবা লৌবা, ওৎ-নৈবীবা, লক্লুবা, মসিদা পেঞ্জরকপা ঐনি।

ঐগী ইন্দ্রিদা গুন্ডা শাজনীংবগী অঙকপা রাগ অমা অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈরকখি। ইপাদি সাধুনি। সাধুনা মচা অমত্তং পোকপদা শাবিরাই থুংই হায়বদৌনা ইপা সাধুনা ওক্তবা গুন্ডা ঐবু পোকপদা লৈকায়না ঙক্লখি। ফু-চৈদুনা ৱারকপীনবা ইয়াম্বশিংসু অরাপ্পদা লৈনখিবনা ঐনা ঙাওশিন্নবদা ইনীং তম্লকখি।

দিলাৱরগুম্বা মরূপ অমা-অনী নত্তনা অফবা মরূপ হায়বদুসু লৈরমদে।

গুন্ডাশিংগা চামিন্নরিঙৈদা পুন্সীগী পাম্মুরবা পোৎশক খরা ঐঙোন্দগী মাঙখিবদো হৌজিকক্তা খল্লু-খল্লুরগা থমোয় চাকপা মতাংসু লাকই। নুংশিবা করিনো মশক খঙখিদে। নুংশিবদা কামগী মনমতমক খঙখি। হিংচা-য়াইতম্বদৌনা মীনুংশি পোকখিদে। গ্রীক পুরানগী 'মাইনেটার' কৌবা ষনগী মকোক পানবা হিংচাবা অদুমক্নি।

অদুবু তম্বা ঙমদ্রবসু মীওইবগী পুন্সীগী তাঙ্কক অমদা খঙহৌদনা অহোংবা কয়া লাকই। ঐগীসু লাকখি। মদু অঙকপনি।

নোংমা, হৌখ্রবা মতমগী শজিবু অমদা ঐগী থমোয়গী অমকপা ব্বাখল খুদিংমক শ্বায় লাওনা মাঙখি। যীশুনা নানবীবদগী কুষ্ঠি লায়না কোকখিবগুম। অসিগুম্বা ঙক্লীঙায় ওইবা থৌদোক অমত্তা থাজবগী ব্যাকরণদা য়াওদে। যীশুগী চহী ৫০০ মমাঙদা পণ্ডিত পানীনিনা ইরম্বা পৃথিবীগী অহানবা ব্যাকরণ কৌমুদিদসু য়াওদে। ঐগী গুন্ডা শাজনীংবগী নিশাদু কোকখিবগী ব্বারীসু পুন্সীগী ব্যাকরণদা য়াওদবা 'শোনীগী পাচালি' নি। নিশাদুমক খঙচৎ-চৎখ্রবসু ওক্তবগী মিংচৎ অদুদি হৌজিকসু শমব্রুগুম্না ইশাদা পক্তুনা লৈহৌরি।

লমদা থাদগী হৌরগা শজিবু চৈরাওবা য়ৌদ্রি ফাওবা নোংমাইজিং খুদিংগী নুংথিলদা সিলেটকী কোনুং-লম্পাক্তা মেলা অমা তৌই। মৈতৈনা কোনুংমেলা কৌই। বৃটিশনা পাল্লিঙৈ মতমদা মণিপুরদগী নিংথৌ মচা অমা চেল্লক্তুনা মহাক্কী স্না-কোনুং মফমদুদা শারম্মী হায়। নিংথৌমচাদুগী মমিং মথাদি ঐ নীংশিংদ্রে।

কোনুংবু ময়াংনা রাজবাড়ি কৌই। কোনুং লৈরম্মী হায়বগী চপ-চাবা খুদম হৌজিক লৈত্রে, লাইশঙদা য়াল্লিবা শেঞ্জেংগী শরিক অচৌবা অমা, তেকথ-কীহ্বরবা কোনুংদুগী চেকলোন খরা অমসুং লাইশঙ শেন্নরিবা ব্রাহ্মনগী মচা-মশু খরতা মঙাইরে।

লমদা-শজিবু অসি নোংলৈ নুংশিৎকী মপান থানি। প্রকৃতিনা মহাক্কী লৈজবী থাদুনা অশাওবা ফুদোকপা খৃতুনি। অখাক-অরাও, ব্রজ-নোংথাংগা লোয়ননা নোংগী মপৈ-মপৈশিংনা থাশি অহীংগী শকলোন লৌরগা হুল্লকপা নোংলৈ নুংশিৎ অদুদি প্রলয় হায়বদুমক্লি। মদুবু বাঙ্গালীদা 'কালোবৈশাখী ঝড়' (শজিবুগী অমুবা নোংলৈ নুংশিৎ) হায়।

বাংলাদেশতদি 'কালোবৈশাখি ঝড়' অসি যমগী দুতকুম্না য়াম্না কিনবা শক্তম অমনি। চহী খুদিংগী মানা মী লীশিং-লীশিং লৌবদি শোয়দ্রবনি। মীকি-লাইকিদবা অফাওবনি হায়না লৈজরবসু নোংলৈ নুংশিৎতি ঐহাকসু অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না কিজরকই।

কোনুংমেলা তৌবা নোংমাইজিং নুমিৎ অমনি। অখাক-অরাওগা লোয়নবা শাথীরবা কালোবৈশাখিগী নোংলৈ-নুংশিৎ অমা হুমলকখি। মদুগী কল্লবা শাফূদুনা, ফিনা খাজিনবা মেলাগী পোৎফম মচা-মচাশিংদুদি লায়রদুনা চাউর-চাউরবা ঊ-পাম্বী, যুম-কৈ ফাওবা ফূক্তুনা পুখি। প্রলয়গী মতৌদা হুম্লকখিবা নোংলৈ-নুংশিৎতু উবদা শিবা তারে পাখত্তুনা ইশাবু কন্নবা হিরেণ ডাক্টরগী দিস্পেনসরি তম্না চেনশিনখি।

অহীং অথেংবা ফাওবা হাংবা দিস্পেনসরি অদু করিগীনো খঙদে নুমিৎতুদদি লোল্লম্মী। সিলেটিশিংনসু অতৈনসু ায়না 'য়েখানো বাঘের ভয় ওখানো রাইত ওয়'_(কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই)হায়বদুমক্কি। দিস্পেনসরিদুগী মনীংদা তপথোক্কুনা চেক্লা খাজিনবা জিঙ্ঘনা কৃপ্পা অপীকপা শঙ মচা অমা লৈবদুদা অমুক চেনশিল্লি। হিদাক লাংথক্কী লিক্লি, ঈ-নাই তৈবা ফদি-ফরাং হুন্দোকফম্লি। অদুবু নোংলৈ নুংশিৎকী অকিবদুনা নমহৎখিদুনা তুজুংবা হঙ্গোইবা লৈতনা নাকোং মেল্লগা লৈখি। মেলাদা তিল্লম্বা মীয়ামদুসু হয়িংগুম্না পাইথোক্ল খি। কোনুং লম্পাক্তা হৌবা তোমাল পাম্বীদুসু হাইথখিবা উই। ঊশা-বাশা হুমদুনা পুখি। ঙসিদি লোইশিল্লগে হায়বগী মতাদা জিঙ্ঘদা ফুজিল্লকপা নুংশিৎকী মখোলদু অকিবা অমনি।

বঙ্গালী হিন্দু নূপীশিংনা ময়ুম-ময়ুমদগী উলু খোংলকই (লৈ কোল্লগা খোংবা খোঙ্লোক)। মুসলমানশিংনা মসজিদতগী আজান লাউরকই। আজানদু তাবদা ঐনা খল্লি, ঙসিসে কয়ামৎ (প্রলয়) লাকলমাল্লে। নোংলৈ নুংশিৎকী মখোলসি কয়ামৎ নুমিৎতা ইস্রাফিলনা শিঙ্গা (শাগী মচিনা শেম্বা খোংনবা যন্ত্র) খোংলক্কনি হায়বদু ওইরবোই খনদুনা শ্বাই-লাউনা তু চুংখি।

লাই লৈ থাজদবা ঐনি। শিবা-কিবা, লাইথুং-পকপা, লায়রবা, শোল্লবা-অহল অমদি মুর্খ মখোয় মঙা'সিতনি খল্লম্মী লাই থাজবা মীদি। অদুবু ঙসিদি পৃথিবীসিদা ঐনা লংজখিবা পাপ, অপরাধ খিবিক্কু ঙাকপীনবা ঈশ্বরগুম্বা করিগুম্বা অমদা প্রার্থনা তৌনিংবগী বাখল লাকখি। বাশকমক শক্কবসু শাজৎ-লিচৎতা করিগুম্বা অহোংবা অমদি পুন্সীদা পুরক্লগে হায়নসু খনখি।

তাঞ্জাদুমক্তদা কদোমদগীনো খঙহৌদে, শাড়িদা লৈখোম লৈনাং ইতৈ-তৈ, ইফিং-ফিংনা নূপী অমা চেনশিল্লকপা উই। নকশিল্লক্লগদি তিলোত্তমা ওইরম্লে। কোনুং লম্পাকমক্কী অব্বাংথংবা মায়কৈদা য়ুম্লোন অনী লাল্লগা মাগী ময়ূম্লি। ঐনা ফোঙদোকপদি ঙমজরুদনা লুমজরিবা চনুরাসুনি।

হৈজিং ফারবা যৌবনগী চহী মতাংনি মাগী। হেক উবদা অপাম্বা পোকপা সিলেটি ঐখোয়গী 'খাইলা-খাইলা' হায়নবীদুনি। ঐবু হেক-উবদা অমুক হনদুনা চেনখিগে তৌই। অদুবু ঙমখিদে। ঐঙোনদা তথক-তঙক অকিবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈখি। খারৌগী মাঙদা খংপ্রেক-খংনা তারুরবা উচি অমগুম।

সন্ধ্যাব্রাইরমগী খর-খরসু মমশিল্লকপদুগা লোয়ননা মুশুক-মুরবা কালোবৈশাখী ঝড় অনী পূনখিদুনা পৃথিবীসি পূমমম-মমশিল্লকখি। অমম্বদুদা উহৌ-খঙহৌদনা মাগা-ঐগা থেংন-খোৎনখিবা কয়াসু য়াওখি। শ্বর হোনবগী ফোঙ-ফোঙ শাবা মনিল ফাওবা ফাওনখি। নোংলিক মচুম্না চোৎলবা শাড়িগী মরুমদা লোৎলিবী হৈজিং ফারবী যৌবনদুনসু খুৎলাম তোয়না কৌরকখি। অঙ্গগী মফম পূম্লমক য়াম তোৎপগুম তোৎনীংখি। মতাং অদুদদি ওক্তবা গুল্ডাদি লায়রদুনা সাধু সন্যাসী ফাওবা কামগী ব্রাখলদা ঙাওদুনা চৎকদৌবা জাতনি। অসিগুম্বা তাঞ্জাসি পুন্সীদা অমুক হন্না লাক্লরোইদবনি ফংলিঙৈসিদা চাহৌরগা লোইরে হায়বগী কর্মদো পাঙথোক্লগে খল্লবসু প্রলয়গী অকিবা শক্তস্লক্তগী শিব-চণ্ডবগী তুজুংলবা ব্রাখলগা লোয়ননা মীনুংশি অমা ফাওরকখি। ইমাঙদা প্রসাদ ওইনা খিল্লিবদুবু শোল্লিংবা পোকহনখিদে। শোকপা য়াদবা ইরল অমগুম খনখি।

লৈখোম-লৈনাং তোৎপা শাড়িদো ফৈগল অনীগী কারক্তা চেজেৎনা তাশিল্লগা মখুৎ অনীনা মথবাক খুমজিল্লগা থক-থক নীক্লা লৈখি। মতৌদু উরগা হেন্নদুম নুংশিবা পোকখি। খনখি করিগুম্বা মানা ঐবু কিবদগী চেনখিদুনা খুদোংথীবা অমা থোক্লবদি মদুগী দায়িত্বদু ঐহাক্কীনি, মদুনা পুন্সীচুপ্পা নীংঙমহৌদবা অমা লৈহৌরনি।

প্রলয়গী অকিবনা লুতোন শাৎতুনা লৈরিঙৈদুদা মাগী দায়িত্ব অমসু কোকথক্তা পুখৎপদু পামখিদে। অদুনা মাবু চেনখিদনবা থেম্বোই-করিওই ব়ারী শাবা হৌখি।

- 'ঐবু কিদুনা চেনখিনু ইবেম্মা। নোংলৈ-নুংশিৎ খুৎশিৎসে উরেদনা! ব়াজগে নরান খুরুম্লগদি খঙদ্রে।'

নোং নুংশিৎপু কিবনরা ঐবু কিবনরা নীক্লবা খোঞ্জেলদা খুম্লকখি - 'ঐ কনাবুসু কিদে ব়াজগে হায়না নরান খুরুম্বসু লৈজদে'।

নোংলৈ নুংশিৎকী মখোলদু নমথৎতুনা তানবা ঐনা কন্না লাউই। -'ঐবু উবদা চেনগদৌগী তৌরম্লিদুদি? অদুদি করিগীনো?'

-'নঙগা লৈমিন্নবা উখ্রগা অতোপ্পনা করি হায়খিগনি খল্লুবননি।'

-'হোয় অদুবুদি চুম্মী, অদু হৌজিক্তি করি খল্লি ?'

নূপীমচাদু খুম্লক্তে। তূমিন্না লাই খুরুম্বা মাল্লি। পেন্দোরাগী উপুদগী থোরকপা লোইবা-খম্বা লৈতবা পোৎকুম্মা মাগা ব়ারী শাননীংবগী ঈথিল অমা ঐগী পূক্নিংদা ফাওরকখি।

- 'ঐ নত্তবা অতোপ্পা মীগা ওইরম্লগদি মীনা করিসু খল্লোই অসিরা?'

- 'অদুগী ব়া নত্তেদা, শুম....।'

হংনীংলম্বনি, 'করম্বা মীশকশিংগা লৈমিন্নরগদি মীনা করিমত্তা খন্নরোইদৌরিবা ?'

নোংলৈ-নুংশিৎ শীৎপদু হান্নদগী কনবা হেনজিল্লকখি। তশেংনা শিরদ্রা হায়বগী অকিবা পোকখি। চৈরক্তুদা হংনীংহৌবা ব়াদি হংহৌদনা ইশানা মহৌশাগুম হৈনজরক্লবা বোচোন অমা কদোমদগীনো খঙহৌদনা চীনদগী খংথোক-থোকখি, ঐগী চরিত্রগী শক্তম অমগুম।

- 'ঐ গুন্ডানি খঙইদনা ? হৌজিক নঙগী ইজ্জৎ লৌবদা নঙনা ঐবু থিংবা ঙমগদ্রা ?'

অদুবু হায়দোক্লরগদি ইশাসি খংচোক-চোকথরকখি। মাবু লোন্না নুংশিজবা মীশক অমা ওইরুবনা।

মতমসিদা ফৎত্রবা ৱাখল খল্লিবা ঐসিবু কনানো হায়বা ৱাহং অমা ইশানা ইশাদা হংজখি-'ঐসিবু খৃষ্টানশিংগী শৈতান নত্রগা হিন্দুশিংগী শণীদেব হায়বদুরা'?

প্রলয়গী অকিবদুদগী ঐবুনা হেন্না কিরকখ্রবরা খঙদে, থাঙ্গৈশেংনা থনুংদগী কপ্লকপা মখোলগা লোয়ননা নুপীমচা অদুনা ঐঙোনদা নোঞ্জরকপগুম খোঞ্জেল নৌনা তপ্না-ঈংনা খুম্লকখি-'অদুততি তৌবীনু'! অদুগা ইখোঙ শোক্কগদগী নোঙ্থরকখি।

মীনা কপ-লাউবা তাবসিসু ঐগী হৈনদবা অমনি। কপ-লাউবগী মীরাউখোলনা থল্লবা লমনি, ঐগী পোক্লফম লমদম। অদুনা কনাগুম্বা অমনা মপি-ঈরা চেন্না কপ্লবসু তাৎ-পাৎকি ধন্দাবাজ তৌবা মীনা কপশীন্নবতা ওইনা লৌই। পূক্লীংদা মীনুংশি পোকহনবা ঙমদে। অদুবু মাগী নুংদগী মখোল থোক্তনা থোরকপা মীকপ অদুনদি ঐবু খাঙবদা ৱাহনখি। কাউথোক্লুনসু ঈশ্বরদা চংজরকখিদ্রিবা ঐনা মপূ মঙোনদা ঙাকপীনবা হায়জখি।

- 'লানদুনতা লাক্লবা ঐগী পূন্সিনি ইবেম্মা। ঙাকপীয়ু হায়জগদবতা মঙায়রে। ঙম্লবদি ফৈ ঙমদ্রবসু কায়দে!'

নোংলৈ নুংশিৎকী তাণ্ডব অদু খরদি হন্থরকপা মতাংনি। নোং তারক্লে । মরি মপোপ চাউনা। শিররোই হায়বগী আশা উরক্লে। ঙসাইমখৈ মথবাক কুপ্তুনা লৈরম্বা মখুৎ অনীমক লৌথোরকই। মমীৎ-মমায় তৈথোকই। অদুদগী শাড়িদা পকপা লৈখোম অদু নোংগী ঈশিংনা চামথোকই। চামথোক চামথোক্লা হায়রকই,

- 'লানদবা মীবু ঙাকপীবগী অধিকার কনাগীসু লৈতে।'

- 'পুক্লীংদা লৈখিবা ইরাল অদুগী ৱানি।'

- 'পুক্লীংদা অদুম থম্বীয়ু।'

পুক্লীংদবুদি থমগনি। অদুবু পুক্লীংদা লৈরিবা ইরাল'সি করিগুম্বদা অমুক-হন্না মপান থোরকপা তারবদি ঐবু কনানা ঙাকপীনি হায়বগী ৱাহং অমা ইরৈতা লৈখি। নোং কন্না তারি। নোংলৈ নুংশিৎ অদুদি তপথখ্রে। মাসু ঙাইহাক লৈরগা চৎখ্রনি। পুন্সীদা কৈদৌঙৈ মাগা

অমুক-হন্না উনবা, কৈদৌঙৈ অমুক-হন্না ঙসিগী অসুম্না ৱারী শানবা হায়বশিংদুদি বিধিগী মখুত্তা লৈখ্রে। মানা চৎখিরমদাই, নূংনাংনরবা ঐনা অবোইবা ৱাহংগুম হংখি- 'ঐবু ঙাকপীবা ঙন্নবরা'?

চৎকদৌগী মখ্খাঙদা ফিজি য়েপশিন-য়েপশিননা নোকমি-নোকমি খুন্নম্মী - 'নোংমা হায়গে ঙসি নত্তে'।

শিৎখিবা নোংলৈ-নুংশিৎ অদু পৃংখায় ফাদে। মতমদুদা শানখিবা ৱারীসু অম-অনীতনি। অদুবু যুগ-যুগ শানখিবোই খল্লি। নোংলৈ-নুংশিৎ নেমথখিবগা মহাক নোংলক্তুদা-' চৎলগে কোন্না অমুক উনসি' হায়রম্লগা পরপ-পরপ থোকখি। মানা চৎখিবগী লম্বীদু য়েংহৌ-য়েংহৌনা, 'চৎলগে কোন্না অমুক হন্না উনসি' হায়রম্বা ৱাহৈদুবু ঐনা লীশিং কয়ারক শোলহৌবা হায়বা ঙমদে।

খারৌগী মখয়াৎতগী হিংলে হায়না খনখ্রবরা নত্রগা ঐসে গুন্ডা ওইজরবসু মীনুংশিদি লৈবা মীতানি খনবিখিবরা খঙদে ঙসাইমখৈ অকিবনা মকশিহল্লম্বা মাগী মায়থোঙদু চৎলমদাইদুদদি মকা লামথোরকখি, ঐবু নুংশিবগী ঈহূল অমা ফাওরকখিবগুম উখি। মঙোনদা ফাউখিবদুগুম ঐঙোনদসু ফাওরকখি। মদুরা নুংশিবা হায়বদু!

নুংশি-নুংঙোলগী স্পর্শ ফংবা মী'দু কবি হেক্তা ওনখি হায়না প্লেটোনা হায়রম্বদু চুম্মী। থৌদোক অদুগী মতুংদগীদি ঐসু তত্তনা কবিতা ইবা হৌখি, 'নুংশিবা' হায়বা ৱাহৈসি সেক্সপিয়ারদগী হেন্না মশিঙ লাকঙমদনা শীজিন্নখি। সেক্সপিয়ারগী লাইরিকশিংদা য়াউবদুদি মশিঙ ২২৭১খক্তনি।

লৈশাবীমচাদো হায়নীংঙাই লৈতনা ফজে। মৈতৈ-ময়াংগী মনুংদা মা'মুক ফজবী তাঙই হায়বা য়াই। মীৎ-নাতোন কুচু-কুমেন্না আর্য্যগী ওইরগা মোঙ্গোলিয়ানগী তরু-তরুবা চীং-লেম্না ফজবদুসু য়াওরি। ফজববু শৈথাবা হৈবা অশৈবা মী নত্তে ঐ। অদুবু মাবু নুংশিরুবা মতৃংদগীদি ফজবগী অশৈবা অমা ওইনীংখি। জয়দেবগী-'জনম অবধি হম রূপ নেহারনু নয়ন ন তিরপিত ভেল ' (পুন্সীচুপ্পা নঙগী ফজবদু যেংজদুনতা লৈরক্লবনি অদুবু ইমীৎ'সিনদি পেনবা মরৈখিদ্রে) হায়বদুমক্কি ঐঙোন্দা থোকখিবসু।

থৌদোক অদুগী মতূংদগীদি মানা চৎপা মফম খুদিং ঐনা তূমিন-তূমিন মতূং ইনখি। কোনুং মাস্তবতা ঝুলোনগী নুমিৎ মঙানি চূপ্না শান্নখিবা জগোই রাসতা মানা মকোক চিংখি। নোংমতা চীথদনা মাগী জগোয় য়েংবা চৎখি। মানা স্কুল কাবা মতমদা, মরক-মরক্তা লম্বীদা উনবা নত্তনা থোইনা কৌন-ঙাঙনখিবদি লৈতে। অদুবু থৌদোক অমদগীদি মা-ঐ য়াম্না নকশীন্নখি।

আয়ুব খান্না পাকিস্তানগী প্রসিদেন্ট ওইরিঙৈ মতমদা 'লী শাউ চী'কৌবা চিনাগী অচৌবা মন্ত্রি অমা ধাকাদা লাক্লম্মী। মঙোনদা য়েংহন্নবা জগোয়-ঈশৈগী থৌরম অমা শীনখি। মদুদা মৈতৈ জগোয়বুসু উৎনবা ইষ্ট পাকিস্তানগী গভর্নরনা বার্তন তৌরকখি। শাগৈগী ইয়াম্বা থোকপতা নত্তনা মরূপ অমগুম্নসু লোয়নবা, ঐনা য়ামবুং কৌজবা থোকচোম অনিলকিষান সিংহনা লুচিংদুনা মৈতৈগী কাঙবু অমা চৎলি। উৎকদৌরিবা জগোয়দু ধাকাদা লৈবা ফাউরবা বুলবুল একাদেমীদা মৈতৈ জগোয়গী ওঝা ওইবীরম্বা গুরু ব্রজধননা তম্বীবা গোষ্ঠলীলানি। অদুগুম্বা শক্লাইরবা কয়াগা লোয়ননা চৎখিবা কাঙবু অদুদা তিলোত্তমাসু য়াওখি। গোষ্ঠলীলাদুদা (ষন-শেনবা) মানা কৃষ্ণ শাখি। মৈতৈ জগোয়গী ফজবদুগী মথক্তা মাগী হৈ-শিংজবদু উবদা ইন্ডিয়াগী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ইকায়খুম্নরবা উস্তাদ আলাউদ্দিন খাঁ মশামক্লা কোনবীদুনা আশীর্বাদ পীরম্মী। মৈতৈ জগোয়গী গ্রুপ অদুদা ঐসু খাউবুনাই ওইনা য়াওখি। মা-ঐ নকশীন্ননা ব্বারী-ব্বাতাই শানবগী খুদোংচাবা ফংখি।

ব্রহ্মানা ফজবগী থোইদিং মরু অমমমতং লৌখৎলগা ফজখ্রবী তিলোত্তমা কৌবী নূপী অমা শের্মখি। ঐসু ঐগী অহানবা চিঠিদা মাগী ফজববু শীংথাবা ওইনা মাবু তিলোত্তমা হায়না মিংথোনখি।

মশক-মতৌ ফজবা অর্মদি জগোয়-ঈশৈদসু মগুণ চেল্লবী তিলোত্তমানা ওক্তবা ঐবু নুংশিবীনি হায়বদু ঐঙোনদদি মঙ অমনি। ঐখোয় অনীগী নুংশি-নুংঙোলগী ব্বারীসু মঙ ওইনা মঙলানদা মাঙখি। মরক-মরক্তা ঐগী পল্লেপফম খঙদ্রবা পুন্সী-খোঙচত্তা নোংলৈ-নুংশিৎ

থেংনরুবা খুদিং মাবু নীংশিংলকই। কল্পনাগী শকলোন পুবা রোমান্স অমা ফাওরকই। মদু স্কুল ছাত্র-ছাত্রীগী রোমান্স হায়বদুমক্তি হায়বা য়ারোই। সাহিত্য-শাস্ত্রদা ইরম্বা শৃঙ্গারগী বিপ্রলম্ভ রস হায়দু ওইরম্বা য়াই। বিপ্রলম্ভদি বিরহগী নুংশিরবা সুরনি।

নুংশি-নুংঙোলগী সংসারদা সমাজনা শেম্বা তাইবংগী কৈশুমশঙ অমা লৈ। মথৌনা ফবা খরনা মদু থুগাইরগা থোকখি। ঙমহৌদবনদি অয়াম্বনি। তিলোত্তমাসু ঙমখিদে। শাগৈ-জাত মান্নদবনা লৌনবা য়াব-য়াদবা অমদি মাংবা-শেংবগী পল্লোন কয়াবু সমাজগী মায়োক্তা লাছোকপা ঙমদদুনা অতোপ্পদা ময়ূম পানখি। ঐঙোনদা য়াম্না চাক্না থোকখি। সমাজগী মথক্তা য়াম্না ৱারৌখি। মাবু নম-হাদুনা লৌবগী ৱাখলমক্তি খনখিবা লৈখিদে। ইংলন্ডগী নিংথৌরেল বিচার্ডনা মানা নুংশিজবা শগোল অমগীদমক্তা মাগী বাজ্য পীথোক্কে হায়খি। ঐদি মাবু য়াম্না নুংশিজরবসু মাগীদমক্তা করিমত্তা কথোকপা ঙমখিদে।

ময়ূম পানখিবদগী মহাক্কী মবি-মখোং অমুক থিরুদ্রে অদুবু মহাক নুঙাইনা হিংলি তাবদা য়াম্না নুঙাইখি। লৈখা তারম্লগদবা ঐগী পুন্সীবু মহাক্না চিংখৎপীরম্বগী তৌবিমল খবদি মঙোনদা উৎফম থোকই খল্লি। থোমাস ফ্যুলরগী -'The Devil himself is good, when he is pleased.' হায়বদু নীংশিংদুনা।

১৯৫৭কী জনুৱারি থাগী অয়ুর্ক অমদনি। দিলাৱর মশা ঙমদে হায়দুনা হংবা চৎখি। মশা ঙমদ্রিবদু য়াংলেনগী শরূদা নাবনি হায়। মীনদি খর লুবা লায়নানি হিংগৌদবা মানদে হায়নৈ। পাউদু তাবদা থমোয় শোকখি। করিগুম্বা মনূং-মতম চাদনা মরূপসি শিখিবা থোক্লবদি নীংঙমহৌররোই খনদুনা অনাবা হংবা চৎপদা মানা খোইদাজবা ইলাইচিগা লোং-পানগা পুখি।

বাংলাদেশতা দিসেম্বর-জনুৱারিগী মতমসিনা খ্বাইদগী নুঙাইবা থা হায়বদুনি। কা-হেন্নসু শাদে কা-হেন্নসু ঈংদে। এঙ্খাংসু হাউবা মতমনি। মণিপুরগুম্নমক্তি য়ৌদগ্রসু। থা অনীসি নত্তনা লেমহৌবিবা

থা তরাদি প্রোক- প্রোক চাকথেকপমখৈ শাই। চাক-এঙ্খাং হাউফম খঙদে। অমৃত ফাওবা মহাউ লৈরোই হায়নরিবনি। মদুমক্কসু ওইরম্বা য়াই,বাংলাদেশকী মী অয়াম্বা গরম-মসলা য়াম্না পাম্নরিবসি। বাংলাদেশতা এঙ্খাং হাউহন্ননবা মরু-মরাং (মসলা) কা-হেন্না শীজিন্নরিবনি। অঙৈংবা লৈবাক্কী মীদি থওইনা মসলা শীজিন্নদে। হৌজিক্তি মী য়াম্লকপদগী শাগৎলকপনরা মণিপুরদসু মসলা য়াম্না শীজিন্নরে।

ঐনা চংখিবদা দিলাব্ররদু মৈতৈ ঙবোং অমা ইল্লগা ড্রোইং-রুমদা লীগী চৌক্রি অমদা ফমদুনা লাইরিক পারম্মী। কাদু অহোংঙবা কিংষ্টোর্ক চুরুপকী মৈখুনা পূম্মম-মল্লম্মী। হোংঙজরবসু চুরূপ অদু মতমদুগী ইন্টেলেকচুয়েলশিংনা ফ্যেসন ওইনা শীজিন্নবা চুরূপনি। শিদৌবমখৈ নারিবা অমনা চৌক্রিদা ফমদুনা জ্ঞান তানা নুঙাইনা চুরূপ চিংলম্বদু উবদা নোক্লীংবা পোকখি। খংহনবগী মওংদা ঐনা লাউখি-‘মসিবু দিলাব্ররগী ভুতলনে’।

- ‘ওই বেটা মণিপুরী ফুব্রা দোরাইস্নাবে’ (হেই কিগনুনে মৈতৈমচা)।

হায়ন-হায়না চৌক্রিদগী ফুক হৌগৎপা ঙমদ্রবসু তপ্ল-তপ্লা হৌগৎলগা ঐবু কোনশিল্লি।

-‘ময়াম্নদি নঙবু শিরনি হায়রে অদুনা অরোয়বা দর্শন অমুক্তং তৌহৌগে লাকপনি।’ হায়দুনা ঐসু নোক্ল-নোক্লা মাবু কোনশিল্লি।

-‘হৌজিক-হৌজিক শিগদৌবা লায়নাদি নত্তে। খরা ওৎ-নৈখিগদবা লায়নাদুনি। জীবন-মৃত্যুগী টেষ্টম্যেচ ওইনা মেজর ওপরেসন অমবুদি তৌগদৌবা ব্রাৎলি। করি থোক্কদবা হায়বদি ঙমদে। আজরাইলদা (যম) চান্স পীবনি,’ হায়রগা মহৌশাগী ইহি-হিগৎপীদো তৌরকই।

-‘শিবা হায়বসিদি ঐখোয় লোয়নমক্কী মেন্যুদা য়াউরবনি ভাই, হু ক্যার্স’, হায়রগা ব্রা অমরোমদা থৈদোকখি।

-“ নঙ’ভাবি অনিসানা ঙসিদি ষন থোংই। হাউনি চাখ্রো।” অদুগা করম্বা হিন্দুনা কৈদৌঙৈ করম্বা মতমদা খঙহৌদনা ষন থোংবা চারুবদগী জাত তাখিবা হায়বগী ইতিহাস নোক্ল-নোক্লা লীথরকই। মরমী সাধক হাসনরাজাগী, কাশ্মিরদগী লাকখিবা ব্রাহ্মন পারি-পূরিনা ইসলাম ধর্ম চৎখিবগী ৱারীসু থেৎলি। লোইশিল্লকপদা ফাগি তৌরকই- ‘ঙসিদি নঙসু ষন থোংবা পীজরগা মুসলমান ওলহল্লগে’।

-‘ষন থোংবা চারগা মুসলমান ওল্লি হায়রবদি ঐদি নহান্না মুসলমান ওনখ্রবনি। ক্লাস টেন তম্লিঙৈদা ভাটালিয়া খুঙ্গংগী ইমান্নবা অমগী লুহোংবদা ষন থোংবা চারুরে ভায়।’ ঐসু নোক্ল-নোক্লা খুম্মী।

ষন থোংবা চারুরগা জাত তাই হায়দুনা বাঙ্গালি হিন্দুশিংনা য়াম্না কিনৈ। মতম অমদদি ষন থোংবগী মনমতং ফাউরক্লবসু জাত তাই হায়নফাও থাজনবী অমা লৈরম্মী। মদু মৈতৈনা অমুক্কসু হেন্না থাজনা লৌনরম্মী। মুসলিমশিংগী ইদ্দুল-অজ্হা নুমিৎতা মরুওইনা বাংলাদেশতা ষন কুরবানি (বলি) তৌনৈ। মিদল ইষ্ট অমসুং অতৈ-অতৈ ইসলামিক দেশশিংদদি উট, দুম্বা, ষণ, হ্মেংনচিংবা শাশিংবু কুরবানি তৌনৈ। কুরবানিগী নুমিৎতা মৈতৈশিংদি ইমূংদা লাই খুরুমদুনা লৈনৈ। শা-ষন থোংবগী মনম ফাওরক্তনবা থোঙ লোনশিন্নৈ।

ইসলামদা কুরবানি তৌবা হৌখিবসি ইসলাম ধর্মগী তরেৎশুবা নবী (আল্লাহনা থারকপা মী) ইব্রাহিমননি। ইসলামগী ৱারীদা কুরবানি হৌরকখিবসি, নবী ইব্রাহিমনা আল্লাহবু কয়ামুক নুংশিনা নীংজবগে হায়বদু চাংয়েংনবা মমঙদা অল্লাহনা- ‘ নঙনা খ্বাইদগী নুংশিজবা পোৎ অদু কুরবানি তৌ’ হায়রখিবদগীনি।

আল্লাহগী য়াথং মতূং ইন্না ইব্রাহিমনা মহাক্কী লৈজরম্বা লন-থুম পূম্নমক দান তৌথোকখি। অদুবু আল্লাহনদি পেনবীবা উৎখিদে। মহাক্কী অরোয়বা লননি খনজনা উট ফাউব কুরবানি তৌখি। মদুদসু আল্লাহনা পেনবীদবা উবদগী মহাক্লা খ্বাইদগী নুংশিজরবা মচানূপা ইসমাইলবু মফি-মরোল অশেংবা শেৎপীরগা চীংথক অমদা পুখত্তুনা কুরবানি তৌখি। কুরবানি লোয়রগা য়েংথোক্লুবদা নুংশিজরবা মচানূপা

ইসমাইলদু নোকমি-নোকমি অশিবা য়াউ অমগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ইসলামদা কুরবানিগী ওইবা নুংগী অর্থদি ত্যাগ (কখোকপা, পীথোকপা, বলিদান) হায়বনি হায়রি।

বলি তৌনবসি হৌজিকপুদি শা-ষন ঙাক্তা ওইনা তৌনরে। মমাঙঙৈদদি মীবুসু বলি তৌনরম্বগী চৎনবী লৈনরম্মী হায়বগী ৱারী কয়া ঐখোয়না লিন-তানরি। মী বলি তৌবসি ধর্ম খুদিংগী চৎনবী ওইরম্মী হায়বদু খল্লুবদা অকিবা পোকই। আফ্রিকাগী মফম খরদা মপা-মপূ পূজা তৌবদা মী বলি তৌনরম্মী। বেনিনগী খা থংবদা লৈবা দ্রাহোমী অদুগা অশন্তী জাতিদসু চৎনবী অসি লৈরম্মী। মুৎখিবা কুইদ্রি।

লৌপান-থাদা মী বলি তৌবসি মেক্সিকোগী আজ্‌টেক, নাহুৱা, ইনকাশিংগীসু মনাতনি। অদুগা ইজিপ্ত, মিদল ইষ্টনচিংবা মফম কয়াদসু থৌওং অসি চৎনবম্মী। বৈদিক যুগতগী মখা তারকপদা কালী নীংবা হিন্দুশিংসু মী বলি তৌনরম্মী। ইরমদমদসু লৈরমদে করম্না হায়রুনি। জপানদা মধ্যযুগ হৌরকপা ফাওবা, অদুগা চিনাদনা ১৭শুবা শতাব্দী ফাওবা চৎনবী অসি লৈরম্মী হায়বগী ইতিহাস লৈরি। খৃষ্টান লাইনীং চৎপা ফুরুপ খরদসু বদনাম অসি লৈতবা নত্তে। মধ্যযুগতগী খরনি মমাঙ ফাওবদা জ্যুইসশিংনা খৃষ্টান অঙাংশিং ফারগা বলি তৌখি হায়নরি।

শা-ষন বলি তৌবগী ৱা নীংশিংলুরগা অঙাং ওইরিঙৈ সনালৈবাক্তা উখিবা বলিগী দৃশ্য অমা নৌহৌনা নীংশিংলকই। চহী ৪৫ বোম মমাঙগী ৱানি। দূর্গাপূজাগী বলি নুমিৎনি। কংলাদা লৈবা অসাম রাইফলসকী বলি য়েংলুসি হায়দুনা দি এম কলেজগী ক্বার্টবদা লৈবা বেঙ্গালী ওঝাশিংগী মচাশিংনা হৌরকপদগী মখোয়গা লোযননা বলি যেংবা চৎখি।

অসাম রাইফলসকী পূজা লম্পাক অদু সিফাইশিংগী নূপী-অঙাংশিংনা পীক থল্লম্মী। মৈতৈদি থোইনা উখিদে। ঐখোয়গুম্বা অঙাং চোইহা অদুগা পাখংমচা অমা-অনী নত্তনা।

লম্পাক্তুগী ময়ায়মক্তদা ইরোই অমা, যাত্রা হুনবদা য়ুংবা য়ূম্বীগুম্বা অমদা পুল্লম্মী। ইরোইদুগী মরায়বক্তা ব্রাহ্মন অমনা সিন্দুর তৈবীরগা মন্ত্র শোল্লবা তুংদা মী অমনা 'জয় মা দূর্গা' হায়না লাউরগা ইরোইদুগী ঙকশমদা থাংপাক্লা ককথখি।

মকোক কেনখিবগী মতাংদুদি মায় লৈথোক্তুনা লৈহৌবনা ঐ উহৌদ্রে। অদুদগী মকোক য়াওদ্রবা ইরোইদুগী ফ্রি-ফ্রিং চোংলিবা মশাদো য়ূম্বীদু কোয়না মী খরনা শ্রো-শ্রো চীংই। দৃশ্যদু উবদা লাইমন কাখি। লাইহৌনা নাদুনা শিনীংচিৎতা হিংলকখি হায়বমক য়াই।

বলিদানগী মতাংদা ঐখোয়' পাবুংনা 'বলিপ্রতিপদ' নুমিৎতা লিবিখিবা অসুর নিংথৌ বলিগী ৱারীদু ঐনা খ্বাইদগী পামজনা তাখি। মদু বামন অবতারদা নিংথৌ বলিগী নাপল থুগাইবা অমসুং বলিনা মাগী ৱাশক ঙাকপগীদমক ত্যাগ তৌবা ঙম্বগী আদর্শ উৎলম্বনি। মদুদগী বলি হায়বা ৱাহৈসি লাকখিবনি তাকপীরম্মি।

হিন্দু বৈষ্ণবনি ঐগী ইপা-ইপূশিং। অদুবু ঐদি বৈষ্ণবকী চৎনলোন ঙাক্লা ঙসি ফাওবা চৎলক্ত্রি হাযবা য়াই। বলিগী দৃশ্য য়েংবা হৈনদ্রবসু বলিগী মরায়বক থীরবা শাদুগুম্বগী অথোংবা শদূমশিংবুদি শরু-শয়াং ফাওবা অমত্তা খাক্তমখৈ শায়বদদি হৈনদবা খক-তৌরোই।

দিলাৱরগী ভাবিনা থোংবা ষনশাদু চান-চানা খনখি, ঐসে কয়াদা হিপোক্রেট ওইখ্রবনো।

যম নিংথৌদা চান্স পীরবা ঐগী মরুপ দিলাৱরনা ঐবু নুমিত্তুদা য়াম্না হরাও-তরাম্না তৌরকখি। ঐনা পীবা ইলাইচি উম্ন-উম্না শিল্প সাহিত্যগী অনৌ-অনৌবা পাউ তম্লকখি। আধুনিক আরবী সাহিত্তগী ফাওরবা নূপী কবি নজির অল্ মলাইকা গী শৈরেং বাংলাদা মহাক্লা হন্দোক্লগা তাহল্লকখিবদু মখাগী অসুম্না তৌখিব্রা নীংশিংলকই।

'ফজবা, নীংথিবগী স্বর্গনি খল্লম্মী
পোক্লফম লমদম ঐগী।
গুলাপকী গালিচা ফিদানা লৈতেংবা,
চুরকপা নোংগী ঈশিং অমৃতনি খল্লিবা,
মশাপূম্বা যৌবনগী সনামচুনা লৈতেংবা
ঐগী পোক্লফম লমদম অদু কদাইদা লৈখ্রবগে?'

চৎলমদায় মতমদা মহাক্না দিমাই সাইজগী চেবাংবু নিপান থোকনা থুপচিল্লগা পূন্না দিস্তা অনীগী চেবু পুংহুৎনা হুৎলগা থাংজি তাবা লংনা ফাজিল্লবা বোইজাও অমা পীরকখি-'নঙোনদা অনৌবা চহীগী খুদোল ওইনা অহানবা দাইরি অমা লৈরগা পীগে খল্লমবনি। তাংমনবদুদা ঙমদ্রে। মসি ঐনা মেনুফেকচর তৌবা দাইরিনি', হায়রদুনা । মদুনা ঐগী পুন্সীদা অশেংবা দাইরি হায়বদু ওইরকখি। দাইরিদুগী অহৌবা লমায়দা দিলাৱরনা ৱাহৈ খরা ইবিরম্মি:

''জনুৱারি, চহীগী অহৌবা থানি। 'জানুস'কী মিংদগী লাকখিবনি। রোমানশিংনা অনৌবা থবক অমা পায়খৎলমদাইদা মহাকপু খুরুমজবগা হৌই হায়নৈ। রোমগী মন্ডির অমদা লৈরিবা জানুসকী মূর্তিদো মায়থোঙ অনী পানবনি। নোংপোক ওল্লিবদুনা নহাগী অদুগা নোংচুপ ওল্লিবদুনা অহলগী। মায়থোঙ অনীদুনা পুন্সীগী সিম্বোল ওইহল্লগা ঙসিদগী ইবা হৌরো।

অনৌবা চহীগী অনৌবা খোঙথাংগা লোয়ননা নঙগী পুন্সীদা নুঙাইবা-চাওখৎপা পুরকপা ওইরসনু। -দিলাৱর।''

দিলাৱর বাংলাদেশকী মিংচৎ লৈবা কবি অমনি। চৎনদ্রবা মল্লবা সংস্কার-ধর্মগী লক্ষ্মন-রেখা কানথোক্লগা মনীং-মখা তম্না ইবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা কবিনি। 'ৱাহৈদা মনীং-মখা তম্বা ঙমদ্রবা, ৱাখলদা অফা-অপূন লৈরগবু সাহিত্য ওইবা য়াব্রনে?' মাগী ৱাহংনি। বাংলাদেশতা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক 'রূপম' দা 'সেক্সাস-হেনরি মীলার সমীপে' (হেনরি মীলরদা কৎচবা) কৌবা মাগী শৈরেং অমদা ওঙ্কোক্না শাথীবা মওংদা মাগী ৱাহৈগী নীংখা-তম্বা থেংনখি।

'ষ্ট্যাচু অব লিবার্টির য়ান্ত্রিক গাম্ভীর্যে
ঈশ্বব নামক যুবকের জননী
একদা যৌনাঙ্গে তার শব্দের শরাব ঢেলেছিল।'
(ষ্ট্যচু ওব লিবর্টিগী চাওথোকচবা খুৎশেমগী মায়থোং উবদা
ঈশ্বব কৌবা পাখং অমগী পলেমনা
হৈজিনখি যোনীদা নোংমা
মাগী ৱাহৈগী মযাই কাবা য়ু মহীদো।)

দিলাৱবগী শৈবেং অসি মপুঙ-ফানা থাঙ্গৎচদ্রে। ঐনা ৱাহম্ভোক পীবিবনি হাযনা তৌবিসিসু মচু ইতা তাদ্রে। অদুবু পাবীবিবশিংনদি অসিগুম্বা খবগসু হন্না থেংনবিবক্কনি।

কবিতাগী ফজবা মওং-মতৌ অমদি ছন্দ কাযহনদনা ফোঙদোকপদা মীনা হঙ্গৈইনগদবা ৱাহৈ অমসুং ৱাখলগী অনৌ অনৌবা শক্তম্লচিংবা কযা বাংলা সাহিত্যদা এক্সপবিমেন্ট ওইনা শীজিন্নবা হৌবগী ঈহৌ অমা লাকখিবা মতমনি। খৃ. ১৯৫০ গী লোযবমদাইদা ধাকাদা ফোঙবা 'সংবাদ' কৌবা পাউচেগী সাহিত্য লমাযদা কবি ওমব আলীগী শৈবেং অমা ফোঙখি। শৈবেংগী কযাৎতা কামগী শক্তম লিংখৎপা শৈবেংনি। বাংলাদেশকী বাংলা সাহিত্যদা মদুনা ঈহৌ অমা পুবক্তু·না লৈশাবী-পাখঙশিংগী লৈতোনদা শৈবেংদুগী- 'স্তন নিযে খেলা কবি সুন্দবী নাবীব' (নীংথিববী নুজাগী খোম পাযদুনা শান্নজৈ) হাযবা পবেং অসি পৃমনিল-নিনখি। মসিগা যেংনকুবগদি মণিপুবী সাহিত্য হৌজিকসু কুমাবী ওইনা লৈবি। মযাই কাবা ৱাহৈগী যু ইশুং-শুংনদ্রি। সাহিত্যদা ফোংনা কামগী ৱাখল ফোঙদোক্লুবগীদক ডি ঐচ লোবেন্স অমদি ওস্কব বইল্ড গুম্না নংখিবা অৱাবদু নংলবা অইবসু মণিপুবী সাহিত্যদা লৈত্রি।

দাইবিদা নোংম-নোংমগী থৌদোক্ত-নত্তনা ইশানা ইজবা কবিতা অমসুং মেগাজিননচিংবা লাইবিক অতৈদা থেংনবা ফজবা কোটেসন কযাসু ইশিনদুনা থমখি।

১৯৫৭ দগী ১৯৭১ ফাওবগী দাইবিশিংদুদি হৌজিক লৈত্রে। বাংলাদেশ নীংতম-লানগী ইন্ডিযাদা লানজেনখিবা মতমদা বাজাকাব, অলবদবশিংনা লুট তৌদুনা ইমূংগী পোৎ চৈ শীৎ-নান্না পুখবদা ঐগী দাইবিশিংদুসু যাওখি। দাইবিশিংদুগী চেনাশিংদুসু চৌঙা (চেখাউ) শাবগা দুকানদাবশিংনা পোৎ যোনবদা শীজিন্নবমগনি।

১৯৭১, এপ্রিল তাং ৭, যুমশকৈশ নুমিৎকী নুংথিলদা যূম থাদোকখি। যূম থাদোকপা নুমিৎতুদগী হৌনা দিসেম্বব, ১৯৭২ ফাওবা দাইবি ইবা লৎখি। ইশামক সিকি পাযদবা বিফ্যুজি, অদুগীসু মথক্তা

লানগী ফিভমদুদা চহী খরদু ৱাখল তং-তারকখিদনা চরাংনখিবা মতমনি। আশাগী মঙালসু মুৎখিবা, তাইনফম খঙদনা জগত পৃম্ন মকসে তূম্না মাঙখ্রসনু শিখ্রসনু খল্ল-হায়রগা নুঙাইবা, ইশাবু-ইশানা মাঙহন্নবা কন্নসু হোৎনখিবা মতাংনি। অদুনা দাইরি ইবগী হৈনীংবা শুংপোক-পোকখিদে। মতাংদুদনি ডাক্টর কাজল(অশেংবা মিং নত্তে)গা অমুক খঙহৌদনা থেংনখিবা।

১৯৭১, জুলাই থাগী নোং থিৎলি-থিৎলি চুবা নুমিদাংৱাইবমগী নুমিৎ অমনি। কাছাড় জিলাগী সিলচর সহরদা লৈবা মেথোব পট্টি (প্রেমতলা)দা হাথু-হাথু কনা উহৌদ্রিঙৈদা হায়জিলহৌগে হোৎনবিঙৈদা কনানো খঙদবা অমনা-'হেই শোনী, হেই শোনী' হায়না শেগাক-কাযনা লাউরকই।

মফমসিদা ঐবু মিং-ফানা কৌরক্লিবসিবু নমাগী . . কনানো খন্না য়েংথোকখি। পৃক্নীংদা অকাম পেৎনা চৈন-চৈনা কনানো মাবু হাযনা চাগদগুম য়েংখি। অন্তরারোমদৈ আলাপলোমদা খংলাক-লাক্লকখিবা খোল্লৈ-খোনদা 'দুনদি সিলেট মচা শোয়দনা ওইরমগনিদি খনখি। অদুবু মশক্তি পাক-হেক লাকশীনবা ঙমখিদে। ঙাইহাক ইঙক-ঙক্লা য়েংদুনা লৈখি।

- 'শোনী ঐ কাজলনে, কাউরব্রো ?'

সিলেট সহরগী বন্দরবজারদা লৈবা 'নিরালা' রেষ্টুরেন্টতা ঐখোয়গী ৱারেম-খৌরেম তৌবদা য়াউবা ডাক্টর কাজল ওইরম্বদুদা ঙক্তবা ঙমখিদে। ঐবু তূম্নবগী এডভাইস পীখিবা ডাক্টরনি। অফবা মীনি। চুরুপ-বেড়ী ফাওবা থকচদবনি। করম্মনো ! মহাক য়ু-পংখে থকচিল্লগা, নেপালী নুপী ওক্তবী অমগা শেল পী-পীদে হায়বগী কন্নসু লাউনবল্লি। করম্মবু সু'ক শাথীনা হোংলল্লিবনো খন্ন-খন্না মঙোনদা মায় ওনশিল্লি।

- 'কাজল নঙদি মফমসিদা করম্না !'

পাউখুম ওইনা, বাঙ্গালি কবি সনাউল হক খানগী শৈরেং 'পাপ' কী অরোয়বা পরেংসি থিধরকখি- 'মানুষ হয়ে চলতে চলতে পশুব মতো থামি!' (মী ওইনা চৎনা-চৎনা লেপলম্লে শাগুম্না)!

- 'খঙদ্রে, করিনো নঙনা হায়রিবসে !' ঐনা খুম্মী।

-'নঙদি কবি দিলাৱরগা তিন্নবদাইনে?' মানা হায়।

- 'কবিগা তিন্নরগা কবিতাগী অর্থ হেক্তা খঙব্রনে?'

ঙঙ্ঙান্নরম্বদগী অসুম-অসুম মমশীল্লক্লিবা নোংচুপ থংবা অতিয়ারোমদা য়েংখৎ-য়েংখৎনা ঐঙোনদা পাউখুম পীরকখি- 'ঐসু লৈখা-তানা শা ওনদুনা চাং য়েংথোকপনিদা, অফবনা কদাই ফৎতবনা কদাই'।

অদুদগী, লীলা-দ্রামাদা অৱা-অনা অকি-অখং নংমল্লবা চবিত্রনা কৰিবুসু অমুক নাচুংলক্ত্রদুনা নোকপা খুনোক্তা, মকোই নাল্লগা নোক্লকই। খুনোক অদুদা লোয়নখিবা পিরাং খরদুদি মমশীল্লকখিবনা উহৌদবনি। উহৌদ্রগসু য়াওদি-য়াওখি হায়বদুদি ঐ খঙখি।

-'নুঙাইনা হিংবগী অপাম্বদু লৈত্রে। পুন্সীগী নীংথিবা ৱাখল হায়বদুগী বিন্দু অমা ফাওবা ঐঙোনদা পক্ত্রে।'

মাগী ৱাফমদু লুথরক্কদৌরে খনবদগী ঐনা মাবু চার্লিগী য়ুশঙদা পুশিন্নবা তৌই। চার্লিগী য়ুশঙগা ওক্তবীশিংগী খোলাগা শম্নে।

চার্লি কবুইনি। মতম অমগী অফাওবা ফুটবল শান্নরোই অমনি। মণিপুরদগী হৌরকখিবা মীওইনি। মশাগী শান্নবগী যুগ লোইখ্রদুনা মফমদুদা য়ু য়োনদুনা লৈরম্বনি।

কাংজৈবুংগী লম্পাক্তা অমদি হেমচন্দ্রগী খৈয়ামদা, নুংশিরবা মরূপশিংগা লোয়ননা হৌখিবা মতমগী শরূক খরা লেনমিন্নখিবদু কাজলবু উবদগী হেন্না ময়েক শেংনা নীংশিংলকখি। অদুবু মেথোর পট্টি চংফমগী ওয় থংবদা লৈবা ৱাচেৎনা খাবা চার্লিগী য়ুশঙদগী য়ু অপুম্বগী মনম, ওককোনদগী ফুদোরকপা মনম, মপান-ইপান থোকচিন্নবগী অয়াকপা মনমশিং অদুগী মরক্তা নীংশিংলকপা স্মৃতিদা

নুঙাইবা আশাগী মনম ফাউরকখিদে। সংসারসে নীংবা কায়রবশিংগী তুংনফম ওইরবোইতা খনখি। কাজলনা ঐবু কৌরকপদুসু নীংবা কাযবগী সুবনা মপুঙ ওইখি। মানা শেৎলিবা মফি-মরোলদুসু ভিক্ষারী মাল্লি। মোৎখ্রবা মোজা-ফুবিৎ, মদুদগী হেন্না অমুক মোৎখ্রবা মরাং-তুবাংবা লুঙ্গিনি শেৎলিবদুনা। কুইনা ফাল্লক্ত্রবা মকোয়-মরাংদু নুংশানা কাহৎলবা মায়থোঙ থুংনবা হৌই। য়েংবদা অকিবা পোকনীংঙাই মশকনি। ফিভমদুদা মহাক ওইরমগনি হায়বদু পাক-হেক লৌশীনবদা ৱানা থোকখি। বঙ্গালী হিন্দু মচানি কাজল। মশক-মতৌ ফনা-ফজবনি। অদুবু ওইবল্লিবা মওংদুদা মহাক মশক-মতৌ ফজরম্বা মীনি হায়বদা কনানসু থাজরবোই।

-'নঙগী শৈরেংদো তোকখো, নঙদি অসিদা কমদৌনা!' ঐনা ঙকনা হংখি।

- 'উব্রা তুংদা লেপ্লিবা বেশ্যাইমচাসে, শেল পীরমক্তদা পীদে হায়দুনা তান্নরক্লিসে, মদুগী শঙ্গৎনরিবনি, নঙ অমুক্তং শনদাইয়ু।' হায়দুনা মমীৎ খৎলকই।

বেশ্যাগী ধর্ম, জাত-পাৎ লৈতে। শেলতনি মখোয়গী লাইনীং। মখোয়দা মীনুংশি পোকহনবা ঙম্বা মিত্রংগী চৈসু লৈতে।'পৈশা ফেকো ঔব মজা লুটো' মসিনি মখোয়গী চৎন-পথাপ্তি।

খ্বাইদগী লিববা ললোন-ইতিক মখল অসিগী শেনদাল-লম্বীদা কৃমথরক্লবা মীগা শনদাইননবা হোৎনবা হায়বসি ঐগুম্বনা ওইথোক্তবনি। কাউদ্রি, শিলোংগী ওক্তবী-কোলুপ লৈফম বড়বাজারদা চহী তরানীথোই-হুমদোইদা ঙাইরিবী খাসি নুপীমচা অমদা নুংশিবা উৎশিন্নদুনা শেল তানা পীনবা হোৎনরুবদা মহাক্না য়াম্না শাউনা থিধরকখিবা ভাষন অদু।

- 'জগত্তা জাত-জাতকী নূপা উরে। তাৎ তৌরগা চৎখিবা ঙাক্তনি। বেশ্যা ঐবু কনবিনবা নূপা অমত্তা থোরক্ত্রি। নখোয়গী জাত'সিদি লৈখোমদা ওন-থোইরগা নুঙাইজবা ওক-শাগু স্বনি। শেল পুথোকউ অদুগা থবক লোইশিল্লগা তুমিন্না চৎখো!'

মাগী ভাষন অদু মীওইবগী মীনুংশিনা মশাবু আত্মাঘাত তৌরমদাইদা থোকরকপা ব্রাহৈ শোয়দনা ওইরমগনি।

থৌদোক অসি ১৯৬৫ দা থোকখিবনি।

পুন্সীবু মীৎয়েং অনী থোক্লা চিথেক অনীরোমদগী য়েংনবা ঐগী মীৎ পাল্লক্তে। কনা কনাদি চিথেক-মফাং অহুম ফাউবা য়েংদুনা উবা ঙম্মী হায়নৈ। ঐগী মীৎ নামত'সিনদি বেশ্যা অমগী পুন্সীগী অব্রা-নুঙাই মনূং য়ৌশিন্না য়েংলুদুনা উবা ঙমখিদে। অদুবু নুপীমচাদো চঙনা-চঙনা শিরবা থব্রায় কয়াগী অপূনবা মীহুৎ অমনি হায়নদি খনখি।

অঙকপদি নুঙাইতে খল্লিবা ঐনা সংসারগী মহু কল্লবা হুনা হাৎপিরবী মমিং-মথা খঙদবী অঙাং নুপীমচা অদুবু 'ধ্যৎ ব্যনচুদ' হায়দুনা চৈবিখি।

অমরোমদনা কয়াদা ওন্ন-তৈনখ্রবনো ! পূকচেল চাউবা, মীনুংশি মশক খঙবা শারদুনা লোনগী আন্দোলন অমদা আর্মিনা নোংমৈ কাপ্লকপদগী নোংমৈ মরুনা পানদুনা শীখিবা নুপামচা অমগীদমক লৈজবা লৈশি-লৈথোন তপশিল্লগা ব্রারেং মচা অমা ইখি। ঐনা ইবা ব্রারেং অদু মণিপুরদা ফোঙবা অরিবা চেফোঙ 'ঋতু' দা ফোঙখি। ইশাগী ব্রারেং ওইবদুদা হরাউনা কয়ারক হন্ন-হন্না পারগা ইশাবু ইশানা ব্রাহ্ ব্রাহ্ হায়জদুনা থাগৎচখি। বেশ্যা নূপীমচাদুবু মরম চাদনা চৈখিবদু অর্থ থোক্তবনি।

কাজল ইবানীনা কুইনা উনরুদবগী অব্রা-নুঙাই ঙাইহাক হংনরিঙৈ শরক্তুদা নেপালী নুপীমচাদুনা ঙাইঙমদনা শেল থৌরকই। নেপালী নুপীমচাদুগী মওং-মতৌ অমদি শওং-শাবান উবদা মশাগী জীবিকাগীদমক মশাবু য়োনজরগা, শা-ষনদসু য়াওবা নূপা হায়বা জাতকী কামবু পেলহন্নবা হোৎনরিবী মখোয়বু ঐনা দেবদাসীনি হায়না খনখি।

অরিবা মতমগী গ্রীস ইতিহাসতা য়াওবা 'হেটায়েরা' (ওক্তবী) শিংগী মরক্তা ফাউরবী অচৌ-অশাংগতা লোয়নবী, শেঙ্গাও পায়বী, খুকন-পাঙ্গনবী, মীচম প্রজানা কিনবা, অব্রাংবা থাক্কী বেশ্যা 'লেইস্' অমদি 'ফ্রাইন্' হায়বীগুম্বীদু নত্তে নুপীমচাদু ওক্তবীগী শাগৈ ওইজরবসু।

মৈহৌরোলদগী হৌনা নূপানতা শাসন তৌরক্লবা সমাজনি। চৎন-পথাপ খুদিংসু নূপাশিংতনা শেল্লকপনি। লাইগী শায়োন অবতার খুদিংমকসু নূপানি। অদুনা ওইরম্বা তাই নূপানা নূপীদা কৈদৌঙৈদসু মান্নবা অধিকার পীখিবা লৈরকত্রিবসি । মান্নবা অধিকার ঈশ্বরনসু পীরমদে। অদুগুম্বা মীচং-মীখায় নাইবা ঈশ্বরবু 'মহা হিংচাবা' কৌবদা করিবু অকায়বা লৈগদগে? নূপী ওইবীগী অৱাবা ফিভম অসিগী দায়িত্বদি নূপা ঐখোয়নি, অচুম-অরানগী বিচারদা । মতাংসিদদি ঈশ্বর মহাকসু মরাল লৈরবনি। 'ব্যনচুদ'তি ঐখোয়না ওইফম থোকই।

- 'পীগদৌবা কয়া ৱাৎলি ?' ঐনা হংই।
- 'লূপা অনী। মরীদা য়ানবনি, বাবু।' নূপীমচাদুনা খুম্মী।
- 'সে সে লৌরো।'

কাজলগী মশক মাল্লবা অনী চৎপীদু ব্লাউজনা কুপ্পা থুংদ্রবা মথবাক্কী থরক্তা হাপচিন-হাপচিন্না কাজলদা অখাবা মীৎয়েংনা য়েংলম্লগা নূপীমচাদু মকোল তম্না চেনশিনখি।

বাংলাদেশ লানগী মতেং ওইনবা রিফ্যুজি খরনা 'বাংলাদেশ' কৌবা খবর অমা নম্লগা ফোঙখি। খবর অদু ফোঙবদা মতেং ওইনা সিলচরগী পূকচেল চাউবা প্রজাশিং অমদি কারবারৱালাশিংনা দোনেসন হাপ্পী। নুমিৎ অদু দোনেসন পীরকপগী লূপা কুনলোম ঐগী ফুরিৎখাউদা য়াউরম্মী। লূপা কুনদু খপ্লগে চপ-য়ুংনা খল্লগা ঐ মফমদুদা লাকপনি।

'বাংলাদেশ' কৌবা খবর অদু আব্দুল মতিন কৌবা অমনা এডিটর ওইরগা ফোঙবনি। মহাক ১৯৬৭ অদুৱাইদা সিলেটকী মশক নাইবা চয়োল-চেফোঙ 'যুগভেরী' হায়বা খবরদুগী ঐনা সব-এডিটর ওইরিঙৈদা খঙনখিবা মীওইনি।

খবর য়োল্লুবগী শেল মৎলগা য়ু থক্তোকপগা সিনেমা য়েংথোকপগসিদি ঐগী মমাঙঙৈদগী হৈজরক্লবনি। চেফোঙগী শেল মৎপা হৈজখিবসি ইম্ফালদা ১৯৬৬ কী অদুৱাইদা ফোঙলম্বা নয়া পৈশা কুম্থাতা পীবা থাখায়গী চেফোঙ 'লাসানী' হায়বদুদগীনি।

ঙসিদি, মদুম্না লংজখিবা ইরালশিংদুবু ঙাকপীনবা 'লাসানী' গী এডিটব ওইবীরম্বা পদ্মশ্রী রতন থিয়াম অমসুং শ্রী কে হেরামনি, শেল-থুমগী মতেং পাংবিদুনা লাসানীবু যোকপীখিবা লৈখিদ্রবা লাইশ্রম তোম্পোক, মহাক্কী মনাউ লাইশ্রম রুদ্র, এসোসিয়েসন ওব লাসানীগী থৌবুবা অমদি কোলমনিষ্টশিং সর্ব্বশ্রী আব কে বিদুর, পি বীবেন, এল লালগোপাল, লৌবেম্বম ব্রজেন্দ্র (প্রিন্স), লাইশ্রম মধু (তা মধু) অমসুং অবোইবদা লাসানীবু লৈবীদুনা পাবীখিবা পূকচেল চাওববা বিদবশিংগী মফমদা শেংদোকচবগা লোয়ননা হাযজরি। ইশাগী ইবাল কোকপীনবা 'যাম কীপ্পুর' পর্ব নুমিত্তা জ্যুইসশিংনা এডি ৭০ দা মখোযগী লাইশঙ 'সিনেগোগ' থুগাইখিবা মমাঙদগী চৎনরক্লবা চরা হেল্লদুনা প্রাযশ্চিত্ত তৌজবদুমক্কি হায়না লৌবীয়ু।

১৯৭১গী বাংলাদেশ লানদা রিফ্যুজি ওইনা পাকিস্তান লান্মীগী মখুত্তগী হিংনবা মথ্বায় খুবাক্তা হাপ্লদুনা ইন্ডিয়াদা চেল্লকখিবা মী কোটি অমগী মনূং চল্লি কাজলসু ঐসু। অয়াম্বনা আসাম, মেঘালয়, ত্রিপুরাগী রিফ্যুজি কেম্পশিংদা লৈদুনা ৱান-ৱানা মতম লেল্লি। খরনা লিবরেসন আর্মিদা য়াওখি। লিবরেসন আর্মিদা য়াওখিবা মৈতৈমচাসু য়াম্মী।

সিলেট সাপম লৈকাইগী ইন্দোন খুন্দোমলৈমগী মশুনূপা নোনীগোপালসু য়াওখি। মাগীদি কপ্পীনবা, ৱারকপীনবা কনা লৈতবনা ময়ামগী আশীর্বাদ লৌরগা নোংমা লানদা চৎখিবনি। থৌনা ফবা ঐদি লৌশিং লৈ হায়গদ্রা কেম্প অমদগী কেম্প অমদা, হিযাং তান্নবদা নৌ পায়দুনা হি হোনবগী হুমাঙ তারুবা তৌদনা তুংদগী হৈ-হা-হু লাউবা মীগুম্না থৌগৎ ৱাহৈ শন্দোকপা চৎলি। দেশ সেবা তৌরি মতাগুম খবর ফোঙবদসু মতেং পাংশিন্নে।

রিফ্যুজি কেম্প হায়বসিমক্তসু নবক্কী কুন্ড হায়বদুনি। সহবদগী লাপনা অহাঙবা চীংয়া-উমংদা শা-ঙাগা পূল্লপ্পা লৈমিন্নবা পুন্সী মরেলনি। ঐতা হিংলগা লোইরে হায়বগী তমথীবদগী তমথীববা শক্তম ঙাক্তা

উই মফমদুদা। চী-লাউনা ফংবা রেসনগী অচা-অথক খরদুগীদমক হুই-হৌদোঙগী মতৌদা চিক্লে-লাক্লে-মুন্নে-ফুনৈ। করিসু লৈতবা মরমদা অশাউবী কানদুনা অমগ-অমগা মশম ফোয়নৈ। অকামপেৎনা মপুঙ ওইবা অচোপ্পা ৱাহৈ শীজিন্নে। করিসু তৌনিঙাই লৈনদবনা তাস শান্নদুনা মীৱা ঙাঙনদুনা মতম লেন্নে। হিংনবা হোৎনবদা ফিভম্না যাবক্তদুনা ওক্তবা লমচৎতা খোঙদানরকপা নূপী-অঙাং কয়াসু থোরক্লখি। মখোয় অদু ঐগুম্বা মীওইশিংগী মখুৎতা লুখাক-লা তাখি। ফনা জ্ঞান তাবা মীদুসু অফ-ফত্তগী পৃকচেল চেন্নরক্তে। মফমসিদা মীওইবগী ফজবা নীংথিবা ৱাখল অদুসু মাঙখিবগুম তৌই। চহী লীশিং-লীশিং কয়া মমাঙদা কুফা-লৈখুনদা লৈরিঙৈ মতমগী হোমোসেপিয়ন, নিয়ান্দরথালগুম্বা মীগী থমোয় চেন্নরকই অয়াম্বা রিফ্যুজিশিংদা। মমা-মপা, মচা-মশু, মচিন-মনাও কায়নবা-শিহৌবা কয়াগী মীকপ-মীরাউখোল, পাকিস্তানি লান্মী অমদি মখোয়গী শৌগৎপশিংনা ইজ্জৎ লৌবিখিবী নূপী কয়ানা হিক-হিককপ্পগী খোঞ্জেলশিংনসু নরককুন্ড'দুদা অশিবগী শৈশক ওইরি।

ময়াম অসি য়েংলু-তারুরগা হংনীংবা পোকহল্লি-'হে লানগী কপালিক নখোযবু দন্ডি পীনবা ঈশ্বর কৌবা মহা শক্তিমান অদুবু লৈত্রবরনে! ধর্ম কথানা লাউ-খোংদুনা পূমনিন-নিল্লিবা মশিঙ লাকপা ঙমদ্রবা, তীর্থ খুদিংদা মন্ডির-গীর্জা-মসজিদশিংনা লেংধৈনফম লৈরক্রবা মালেমসিদা লানবু থিংবা ঙমদ্রিবা করিগীনো ? ধর্ম খুদিংগী হে ঈশ্বর ! ঈশ্বরবু থাজরীবা হে, ভক্তশিং ?' লান হায়বসি মীওইবগী লৈজবা গুণ পূম্নমক্কী মোংফমনি।

রিফ্যুজি কেম্পতা লায়না কয়া শন্দোরকই 'মহামারি' ওইনা। শিবসু কোঙ্গায় অমনি। কনানা মশিঙ থিরুনি ! ইপাগা হেক-পোকমিন্নবা ইনেদুসু মেঘালয়গী তামাবিল রিফ্যুজি কেম্পতা লৈখিদে। রিফ্যুজি কেম্পতা অঙাং কয়া পোকখি। কয়া অমা নুমিৎ মশক উদনা শিখি। সিলেটতা ঐখোয়গী লৈকায়না লাৎচবা লাইগী মন্ডিরদুগী পুরোহিত পূর্ণ ঠাকুরগী মৈ চঙদ্রিবা মচা পীশক অদুসু মফমদুদা ফুমখি। রিফ্যুজি কেম্পতা অঙাং কয়া পোকখি। মেঘালয়গী কেম্পতা পোকই হায়দুনা মেঘালয় অমদি লান মনুংদা পোকই হায়দুনা সংগ্রামনচিংবা লানগা মরি লৈনবা মিং কয়াসু থোন্নখি।

ঐ মেঘালয়গী তামাবিল কেম্পতা খরনি লৈরুই। কেম্পতা লৈরম্বা মীশিংদু উবদা অমত্তা কুইনা হিংগদৌবা মানখিদে। ময়াংলেন কোনবা চি থুংবা, মতোঙ য়াওদ্রবা মী ঙাক্তা থেংনখি। চাব-থকপা নীংথিনা ফংলক্ত্রবনা মমীৎ কুৎশিল্লবা ময়াং-মৈতৈ কয়ানা ঐঙোনদা মীহৌনা য়েংলগা চুরূপ নিরকখিবসু য়াওই। ঐসু চুরূপ থকপা ঙমদবনা য়াওজরকপা আসামগী মাদর ইন্ডিয়া বেড়ীদু খরদা লানবিখি। শির-শি, চংলগা-চং হায়দুনা কেম্পতগী চেন্নখিবা মীওইসু য়াওনরি। কাজলসু রিফ্যুজি কেম্পতগী চেঙ্গোরকপা মীনি।

বাংলাদেশ লানগী মতমদা সিলচর সহবদা ইলেক্ট্রিক মৈ থাদবা থৌদৌ 'লোদসেদিং' নোংমদা কয়ারক তৌই। সন্ধ্যা ওইবগা সহরগী শরূক মচেৎ-মচেৎ, অমুক ঙাল্লি অমুক পূন্মম মম্মি তৌদুনতা লৈ। অমুকপু মুৎখ্রবা মৈ লাক্কনি হায়বগী আশা তৌনদে। লালটেন, পোদোন, মোমবর্তিনচিংবা থৌরাং তৌদুনা থম্লে। মৈগী অৱাবা খাঙনবদুদা অব্দুল মতিননা হায়- 'প্রোমিথ্যুসনা ঐখোযগীদমক বিস্ক কয়া লৌদুনা স্বগর্দগী মৈ হুরাল্লগা পুরকখিবা মৈদু সিলচর গৌবক্লগা সোর্ট লৈরমাল্লে, অমুক ঙাল্লি অমুক মুৎলি'।

চার্লিগী যুশঙদসু মৈ লৈরমদে। লালটেনগী মল্লি-মল্লিবা মঙালদা মোড়া অনী চিংশিল্লগা কাজলগা ঐগা মায়োক্লনা ফমথনৈ। মরুভূমি মরক্তা শাথীনা খৌরাংলুরবা অমনা ঈশিং হেক ফংবদা ঙাইঙমদা থকচিনখিবা মতৌগুম চার্লিনা ঐখোয়গীদমক পুথোরকপা যুগী গ্লাসতু কাজলনা তাপ-মুনবগুম লৌরগা অমুক্তা চিংশিনখি। মখয়াৎতা হৈজিনখিবগী মখোল তাহৌই। অনীশুবা গ্লাস অদুসু অদুম্না লোইশিনখি। অদুগা অহুমশুবা গ্লাস অদুমদি চেৎনা পায়শিল্লগা, কোরীমুক ঙাঙলবা মমীৎতুনা মথকলোমদা ওনখৎলগা তরঙদা য়েংদুনা লৈখি। অদুম্না মীৎকুপ খরা লৈরুরগা, মাবু মুন্না য়েংদুনা লৈখিবা ঐঙোনদা চাগদগুম য়েংলগা হায়রকখি-'খঙব্রা ঐগী পুন্সীদা করি থোকখি'? অদুদগী লুকথরগা ৱারী লিরকই। মদু প্রলয়গী মশক লৌবা হোলোকাষ্ট অমগী ৱারীনি।

সিলেট জিলাগী মনূং চনবা মৌলভিবাজারগী রাজনগ'ব থানা মখাদা লৈবা পাঁচগাঁওদা মাগী ময়ূমনি। ১৯৭১ গী মে ৭, পাকিস্তানি লান্মীনা খুঙ্গংদুগী নূপা ৭০-৮০ খোমজিল্লগা পরেং লেপহল্লগা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। মদুদা মাগী মপাগা মনাও অনীগা য়াওখি। মমা অমদি কলেজ তন্লিবী মচননূপী অনীনা ঙসি ফাওবা থিবা ফং দ্রি।

কাজলগী ৱারীদু ঐ তাবা ঙমখিদে। মাবু কোল্লগা তূমিন্না লৈখি। প্রোমিথ্যুসনা পৃথিবীসিদা মৈ পুরক্লমদ্রবদি কয়াদা নুঙাইরমগদবা হায়না খনখি। থকচিনখিবা য়ুগী নিশা পাল্লকখিদ্রে। তিলোত্তমাগা নুংশিনদ্রিঙৈ মমাঙদা ওইবন্বা ঐগী পুন্সীদু হঞ্জিল্লক্লদবোই খনখি।

চৎলমদাইদা মথবাক্তা খুদুম্না শুরগা কাজলনা হায়রম্মী- 'পুন্সাগী অর্থ লৈত্রে ঐগী পুন্সীদা। মীগা-শাগা খেন্নবা লৈত্রে। শা-ঙা জিব লেঙুম্না হিংবদা কয়াদা নুঙ্গইরিবা !'

কাজলগা অমুক হন্না উনখিদ্রে। বাংলাদেশনা লান ঙম্বগী নুমিৎ ওইনা দিসেম্বব ১৬ পালন তৌবা নুমিৎতা মাগী ৱা নীংশিংই। অদুগা অতিয়াদা থোক্লিবা থৱানমিচাকশিংদা য়েংই।

মহাক্কা তত্তনা থেংনখিবসি 'নিরালা রেষ্টুরেন্ট'তনি। ঐগী মরূপ-মপাং অয়াম্বসু মফমসিদগী খঙনখিবা ঙাক্তনি। রেষ্টুরেন্ট অসি কলকতাগী কলেজ ষ্ট্রিটতা লৈবা বৃটিশনা শারম্বা 'কোফি হাউস' কৌবা রেষ্টুরেন্ট অদুগী মিনি এডিসননি হায়বা য়াই। সিলেট জিলাগী ওপন মাইন্দেদ ওইবা কবি-সাহিত্যকার, কলাকার, রাজনীতিৱালা, জর্নলিষ্ট, ছাত্র-নেতা, স্কুল-কলেজকী ওঝা, প্রোগ্রেসিভ নহারোল, ডাক্টর-ইঞ্জিনিয়র অমদি ঐগুম্বা মুর্খনা পণ্ডিত শাবা কয়াগী তিন্নফম অমসুং ৱাথী-ৱারেম ঙাঙনফম্নি।

নিরালা রেষ্টুরেন্টকী মপূদুসু অদুগুম্বা ৱাথী-ৱারেমদা মথৱায় য়াওজবা মীনি। থবক লেপথোক্লগা গপ তৌদগী ঐখোয়' ইরক্তা হেক-হেক য়াওই। মা-ঐ এম সি কলেজদা (মুরারী চাঁদ) তম্মিন্নরকপনা ময়ামদগী খরসু হেন্না নকশিন্নে। ঐখোয় অনী অয়াম্বা মতমদা ক্লাস লৈথোক্তুনা কলেজগী কান্টিনদা ফমদুনা ৱাথী ঙাঙবা অমদি কলেজ

ছাত্রীশিংগী মতৌ খরা-য়েং খরা-লক্লা তৌদুনা লাঙমিন্নরিঙৈদা এটেন্দেন্সকী পার্সেন্টেজ ৱাত্তুনা আই এ পরিক্ষা থাহৌদবগী ৱারীবু মীঙোনদা তম্লগা নোকচৈ। মদুগীদমক এম সি কলেজগী প্রিন্সিপাল সুলেমান চৌধুরিদা ৱানোমজবা ঙমখিদে। মহাক্তি ৱাচৎ-ৱানোম যাদবা ইস্পাতকুম্মা মুকথেকপদা চত্তবা আদর্শ লৈবা ওঝানি। অদুনা মথং চহীদা মদন মোহন কলেজদা আই এ পরিক্ষা উচিন নাচিন্না পাস তৌববা মতুংদা ইন্ডিয়াদা বি এ তম্বা লাকখিবনি।

নিরালাগী মপূ ওইবিবা মরূপ অদুগা চহী খবা উনখিদে। ইন্ডিয়াদা বি এ তম্বা হৌখিবদু গৌহাটিগী বি বরুৱা কলেজদনি। মদুসু য়ু-জুৱার হাকমনখিদুনা লাইরিক তম্বগী ফল ফংখিদে। মসিনদি কান্নররোই খনদুনা ইম্ফালদা থোরকখি। দি এম কলেজদা নৌহৌনা বি এ দা মিং চল্লি। মতাং অদুদনি মণিপুরী সাহিত্যগা পুন্সীদা অহানবা শম্নখিবা। ফাউরবা কবি অমসুং সাহিত্যকার চাউবা, কমল, ইবুঙোহল, মীনকেতন, শীতলজিৎ, জি সি তোংব্রা, নীলকান্ত, খেলচন্দ্র, হিজম গুণ, এম কে বিনোদিনী, মখোয়না ইবা ৱারেং-শৈবেং কয়া থৱায় য়াওনা পাবা হৌখি। অদুগা ফাওরবা ঈশৈ ইবা বি জযন্তকুমার শর্মগী ঈশৈশিংসু য়াম্না পামজনা তাবসু হৌখি। মতমদুদা মহাক্লা ইবা ঈশৈদা ঙাউখিদবা কনাবু লৈখিবগে! ৱাহৈগী যাদুনা মীবু শুক্কৎপা ঙম্বা মাগী ঈশৈ ময়েকশিংনা ঐবু কঁয়াদা ঙাওহনখি!

ইম্ফালদা থোরক্তুনা দি এম কলেজদা মিং চনদুনা তম্লমদ্রগদি কবি শ্রী বীরেনগা খঙনরম্লোই। অদুগা লৈখিদ্রবা অবাম্বম সমরেন্দ্র, অরাম্বম শরৎকুম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা মুৎপা লৈতনা ঙাল্লিবা থৱানমিচাকশিংগা থেংনবগী তাঞ্জাদুসু ফংলম্লোই। মতমদুদা ঐনা ইহান-হান্না ইজখিবা (ফোঙখিদবা) শৈরেং অমদুদি শ্রীবিরেনগী শৈরেং অমনা ইনশিনলকখিবগুম থোকখি।

''হন্দক মবকসে মীৎ উইশিনদ্রিঙৈনা মঙলাক্লে
মঙদসু কংলাগী মকোক কেনখ্রবা শমু অনীনা
হাৎকে কোয়তান তান্নে।
অকিবনা লমজিংলিবা ঐনা
তিন-কাঙ, উচেক-ৱাযা ওনদুনা উমংগী অচীকপদা
নুংশি তুবেল ঈরোলনুংদা
লোক্তাক পাৎকী ফূমদিলক্তা
লোত্তুনা য়াইবী কন্নবা হোৎনজৈ।
কংলাগী মকোক কেনখ্রবা শমু অনীদুনদি
লংখ্রবা থাংপাক পায়দুনা
ঐগী থমোয়দা থূম্না থীংজিনখি।''

ঐ বি এ অনীরক থাই। ১৯৬৫ দা পাস তৌই। হৌজিক-হৌজিক মণিপুরী শৈরেংগী জগত্তা ঙাম্বোহৈরিবা কবি থাংজম ইবোপীশক্কী ময়াম্বা শৈরেংবা থাংজম কোরা (গোরা)গা গৌহাটিদা এম এ তম্বা চৎমিন্নখি। অদুবু মিং চনবগী মতম হেন্দোকখিদুনা বাগদোগ্রাদা লৈবা নোর্থ বেঙ্গল য়ুনিভর্সিটিদা চৎলি। মদুসু লৱাই ওইবদুদা তমনীংদদুনা থোরকখি। কোরাদি ইম্ফালদা হনখি। ঐনা ঐগী হৌনবী, হল্লকখিদে। পঙ্গুংফম খঙদনা চৎলগা পুনা য়ৌখি।

ঐখোয অনী কায়নবমদাইদা অমনা-অমবু নীংশিং খুদম ওইনবা কবিগুম্বা অমমমদি থম্নসিনা হায়দুনা কোরানা হাযবকপদগী মহাক্না উপ্লিবা ব্রাউন মচুগী অহনবা খোঙউপ অদু ঐনা য়াম্না পামজখিবদগী খোঙউপ ওইনা পীনসি হার্যখি। মদুদা মহাকসু হরাউ-হবাউ যাবকখি। ঐ ওইরদি মদু যারমদবসু য়ায। কোরাগা কাযনবগী নুমিৎ অদুমক্কী নুংথিলদা অফংবা ত্রেন অমা তোংলগা পংচৎতা চৎলগে খনদুনা শিলিগুরি রেল ষ্টেসনদা লাকখি। ষ্টেসন হেক য়ৌরকপদা সাইরেনগী অয়াকপা মখোল অমা খোংলকখি।

ইন্ডিয়া-পাকিস্তান লান হৌখ্রে হায়বদুদি খঙই। সাইবেনদু শোয়দনমক্কী এয়ার এটেক্কী ৱার্নিং ওইরমগনি খনদুনা রিক্সোদগী ফন-চোংথবগা। বেদ্দিংদুনা থবাক্তা থল্লগা নাকোং মেনদুনা লৈখি। এম সি কলেজ তম্লিঁঙেদা য়ু ও টি সি (য়ুনিভর্সিটি ওফিসারস ত্রেনিং কোর্স) য়াউরকখি। মদুদা লানগী মতমদা ইশা কন্নবা চাউরাকপা খরদি তম্লকখি। তাঞ্জাদুমক্তদা পাকিস্তানগী 'সেবর জেট' অনী পাইরক্তুনা বোম থাধরল্লগা পাইখি। বোমশিং অদু ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী খরা লাপ্পা তাখি। প্লেন পাইবা উবদুদা ময়াম্না কুম্মৈদৌনা য়েংনৈ। ঐনা বেদ্দিং কোল্লগা লৈমায়দা কূনদুনা লৈবদু উরগা ময়ামদুনা ঐঙোনদা ওনশিল্লগা নোকখি। পাকিস্তান্না ইন্ডিয়াদা বোম থাধবগী টার্গেট তৌবা ঙমদনবা ইন্ডিয়া পূম্বা নুমিদাংগী মতমদা ব্লেক-আউট থম্মী। নুমিদাং ত্রেন মনূংদা চুরূপ থকপা ফাউবা অমাংশংদা চংলগা থকখি। ত্রেনসু শিল্ল-শিল্লগা তোংখি। ত্রেনগী দব্বা খুদিংমক্তা সিফাইনা নম্মা তোংলম্মী। মখোয়দা হায়নরগা ত্রেন তোংদুনা লাকখিবনা নুমিৎ মরীনি মতূংদা পুনা য়ৌরকখি। ত্রেন মনূংদা ফিল্ম মেগাজিন অমা পারুবদগী ফিল্মলোমদা চংনীংবগী ঈথিল অমনা পুনাদা পুরকখিবনি।

মতমদুদা বেঙ্গলগী ফাউরবা ফিল্ম ডিরেক্টর ঋত্বিক ঘটকনা পুনা ফিল্ম ইন্সটিট্যুটকী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। মদুদা মিং চনগে হায়রবদি দিল্লি-বোম্বে-মাদ্রাস অহুমসিগী অমদা হান্না মিং চল্লগা পুনাদা কোর্স তৌবা লাক্কদবনি হায়বদু ঐ খঙলমদে। মুখগী হৌনবী থোকঅবা অমা লৈজরমগনি হায়দুনা হেক্ত-লাকখিবনি। লায়বক ফবদগী ঐগী মার্কসিটতা বাংলা সবজেক্ট য়াওবা উবদগী প্রিন্সিপাল মশামক্না বাংলাদা ৱাহং খরা হংলবা মতূংদা পেনবীদুনা ফিল্ম দিরেক্সনদা ঐবু মিং চনবা য়াগনি হায়না রিকোমেন্ড তৌবিখি।

পুনাদা ঐনা অহানবা লৈরম্বা মফমদো বুধৱারপেট কৌই। হেক থংননা রেষ্টলিং তম্ফম অমা লৈ। মদুগা শুকচা-চানদনা ওক্তবীশিংগী লৈফম অমসু লৈ। নুমিৎ খরনি লৈরগা হোস্টেলদা হোংজিনদুনা আসামগী ছাত্র খবগা কা অমত্তদা লৈমিন্নখি। মখোয়দি এক্টিংগী ছাত্র ঙাক্তনি।

মখোয়শিংদুগী মরক্তা আসামীজ সিনেমাগী এক্টর নীপন গোস্বামিসু য়াউখি। হোষ্টেল অদু মমাঙ৙ৈদা ভি সান্তরামগী প্রভাত ষ্টুদিও ওইরম্মী। আসামলোমদগী লাকপা ছাত্রশিংনা লূপা নিফুগী স্কোলারসিপ ফংই। মদু ঐসু ফংননবা করম্না এপ্লাই তৌগদগে হায়বদু আভা দাশ কৌবী ছাত্রী অমনা তাকপীখি।

মতমদুদা ঐবু অপংবা শীদুনা হিন্দি ফিল্মগী কোমেদিয়ান জলাল আগানা সিংহাবা লৈরুনি হায়দুনা মখায় অমা লৌখ্রগা অদুম হল্লকখিদে। ফিল্ম দিরেক্তরন্দা মিং চল্লনি হায়বগী হরাওমনদুনা ঐগী মরূপ আর কে বিদুরদা চিঠি অমা থাখি। মাসু হরাওনা পাউ অদু ঐখোয়গী য়ূমদা তম্লুরে হায়। মদুগী পাউ অদুনা ঐনা নীংজখিবা আশা পূম্ববু য়ৈখায়নবা ওইনা থোকখি। ঐনা তমগদৌরিবদো ফিল্ম এক্টিংনি খনখিদুনা অঙাংসে মাঙবা তারে, মীৎ খুবা নাতোন নম্বা মৈতে মচানবু দিলিপ কুমার, রাজকাপুর, দেবানন্দগা লমবা পাবা য়াব্রনে, থীক নেম্বনা থা লাম্বনি হায়বনচিংবা ৱাখল ময়াম অমা পোক্রখ্রমাল্লে খুদক্তা টেলিগ্রাম মনি ওর্দর তৌদুনা লূপা চনী থারক্তুনা য়ূমগী অহল-লমনশিংনা ঐবু কৌথোরকখি। নীংবা কায়বা অমদি ইমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকায়দুনা য়ূম য়ৌনা থোকপগী মহুত্তা গৌহাটিদা হাউসিগী লাউবা অমদি থোকচোম হোরেন্দ্রগী ত্রক্কী হেন্দিমেন ওইদুনা চীংনুংদা ঊ চীংবা য়াওদুনা মতম খরা লেনখি।

দি এম কলেজদা তম্মীন্নখিবা ছাত্র-ছাত্রীশিং গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা মাষ্টর তৌনরম্মী। মখোয়গা থেংনবদা ঐগী ফিভমদুনা উশিন্নদনা মায় লৈথোক্তুনা লাকখিবা কোঙ্গায়নি। নোংমদি দি এম কলেজদা তম্লিঙৈদা মরূপ শাজীন্নদুনা শেল লৌথোকপীখিবা কৃষ্ণা ভট্টাচার্যগা বেল্লভিন সিনেমা হোল মমাঙদা ঙকচাননা থেংনৈ। মানা কৌরকপদা ঐনা খঙশিন্নখিদে। লাইরিক মখা চত্থহৌদবগী ইকায়জবগী মথক্তা তৃষ্ফম-চাফম জুৎ ইচা-চাদবদগী কাঙনা চিক্তুনা মায়-মীৎ পোমখৎনা ফিভম শোকপা মতাং ওইখিবনা খঙশিন্নখিদবনি। ইতৌদুদা মহাক য়াম্না মথৱায় নুঙাইতনা ঐবু মমীৎ খানা য়েংলম্লগা চৎখি।

খরা লৈরগা ঐ ইম্ফালদা হল্লে। অদুগা 'লাসানী' চেফোঙগী এডিটর ওইরে। এডিটর ওইবগী ৱাখলদা পোঙজদুনা টাইকা পূনদুনা নোংমা পাউনা বজারদা চৎলিঙৈদা কৃষ্ণা ভট্টাচার্যগা অমুকসু থেংনখি। ঐনা হরাওনা কৌখি, অদুবু করিসু থওইদা খুম্বীরম্বদনা চৎখি। লমন খুন্বা হায়বদু মদু ওইরামাল্লে!



মেগনাম টৈভার্ন

১৯৬৭ তা পাবুংগী অনাবা নুঙাইতে হায়বা পাউ ফংবদগী ঐ মণিপুরদগী সিলেটতা হনবা তাখি। হৌগৎ-কাংখৎপা ঙন্নমদ্রবসু হেক চৎখ্রদৌগুম্লদি থোক্লমদে। মাইবগী মতূং ইন্নদি খুৎ-থারে, হৌজিক-হোরেন হেক্তা থোক্লবা য়াই হায়না তাকপীখি। অদুবু শিরনি খন্নরুবা মতূংদা চহী অহুম হেন্না পুন্সীখি।

ঐ নত্তনা য়ৃমদা পিবা অমত্তা লৈখিদবনা পাবুংবু হেক থাদোক্লনা মণিপুরদা হল্লকপা ঙমখিদে। ইয়াম্না থোকপা অনিলনা 'যুগভেরী' কৌবা হপ্তাগী চেফোঙ অমদা হায়বী-নোমবীদুনা মদুগী সার্কুলেসন মেনেজর ওইনা পুশিনবীখি। খবব মপূদুগী মমিং মোহম্মদ আমীনূর রশীদ চৌধুরী কৌই। মশামক এডিটরনি। টি গার্ডেন অনীগীসু মপূনি। আর্ট-কলচরদা থৱায় লুপচবা মীশক্নি। অনিলদি কলাকার অমদি সাহিত্যিক অমা ওইবনা মবান্নী য়াম্না নকশীন্নে। থবক চঙলবা থা অমগী মতুংদা কবি দিলাৱর, খবরদুগী সব এডিটর শ্রীহীমাংশু ধর (হৌজিক হৌজিক কনাডাদা লৈবা) মখোয়না হায়নবীবদগী সাহিত্যগী শরুক অমদি ন্যুজ এডিট তৌবগী থবক ঐঙোনদা শীন্নখি।

যুগভেরী গী থবকসিনা ঐগী পুন্সীদা অনীশুবা শিনফমনি। অহানবদুদি স্কুল ওঝানি।

কালেন ছুটিদা গৌহাটিদগী যূম থোকপা মতমদা ইমান্নবা গৌরমোহন্না এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইবা লালাবাজার হাযস্কুলদা মতম খরা ওঝা ওইখি। স্কুল অদু যূমদগী খরা লাপ্পী। চথোক-চৎশিন খুদোংচাদবদগী লুখ্রাবী অমগী ময়ূমদা পেইংগেষ্ট ওইনা লৈখি। লৌ-শীং চাবা শেল খরা পায়জবা লুখ্রাবী নহানি। মচা লৈশাবী অমগা, মনাউ নূপা অমগা মখোয় অহুমতা লৈ। মচানূপী লাইরিক তাকপীবগী ওইনা লৈফম-চাফমগীদি শেল তিংদে।

মমা-মচা অনীমক ওঝা গৌরমোহোন্না পান্নে। মখোয়না লোন্ন-থুপ্না লৈমিন্নবা তাঞ্জা কয়া ঐনা উখি। মখোয়গী কুম্মৈ য়েংবখক নত্তনা ঐনা হাইজিল্লুবা ঙমখিদে। মফমদু থাদোক্লমদাইদা নোংমা খাঙবদা ব্রাজরবা থমোয়সিনা মখোয় অনীমক্তা তোঙান-তোঙান্না ব্লেকমেইল তৌদুনা ফংব্রা য়েংখি- ‘ঐঙোনদসু পীবা তাই, নত্রগদি গৌরমোহনগা তৌনরিবশিংদু মীঙোন্দা তমথোক্কনি’। য়াবিরকখিবদি লায়রদুনা ওনখৎলগা ঐঙোনদা চার্জদুম তৌরকখি- ‘গৌবমোহনগা করম্বা মতমদা করি তৌখ্রে হায়য়ু, পুথোকপা ঙমদ্রদি ময়াম মমাঙদা খোঙ্গৌইনগে’। হৌদুনা চেল্লকখিবা নত্তনা উপাই লৈখিদে।

সিলেটতা মতমদুগী বি এ পাস তৌরবা মৈতৈমচা খরগী মনুংদা গৌরমোহোনসু অমনি। লায়রখ্রবা মমা লুখ্রাবীনা কবোক মুরি য়োল্লগ। ওম্থোক্লা ব্রানা হোৎনদুনা মতোমতা পোকপা মচাবু মী ওইনবা শেল্লকখিবনি। ময়াম্না মমা-মচা অনীমকপু থাগৎপগা লোয়ননা নুংশিনা তৌই। লাইসু য়াম্না নীংই। উরিক-লুগুন থাদে ওঝা গৌরমোহন। নেমতক তৌজরবসু মশক মতৌ ফজে। ব্রাঙাঙ-শাঙাং য়াম্না হৈ। মী খোল্লি। নূপীনা হেক্তা য়ারক্কদবা মীতানি। অদুগা ঐদি মীনা হেক-উবদা অকিবা পোকপা, নুংশিদবা অমদি ঙাউশিন্নবা শক্তা তাই। নাতোন পাকই। মীৎ নামা খুই। পিশুম ফৈনা হৌই। অদুনা অনিলনা ঐবু ‘পীথেকানথ্রোপাস’ হায়রগা লক্লে। হায়, ডা: ডেভিডসন ব্রেক্লা

পিকিংগী কুফা অমদগী চহী ১,৩০,০০০ রোম মমাঙগী ফোসিল ওল্লবা য়া অমা ফংবদগী (খৃ. ১৯২৭) শাগৎখিবা পীথেকানথ্রোপাস (পিকিং মেন) কৌবা লাইবক তেনবা, পিশুম তোঙখৎনা পানবা, মখৌরি চাউবা অদুগুম্বা মুৎখ্রবা মী কাঙলুপ অদুগী মী মাল্লি নঙসে।

ডা: ডেভিডসন ব্লেক্না শাগৎলম্বা পীথেকানথ্রোপাসকী শক্তম অদুগা ঐগা মান্নবা থোইনা লৈতে। শাজৎ লিচৎকী ৱাদি হায়বা ঙমদ্রে।

ঐন। সিলেটতা হনখিবা মতমদা সিলেট য়াম্না হোংলম্লে। লন্ডনিশিংনা ময়ূম-ময়ূমদা থারকপা শেলনা নৌনা ইনাকখুনবা মী কয়াসু লৈরম্লে। লৱাই-থৱাইসু পূমলং-লংলম্লে। ময়ূমদা সেনিটরি লেত্রিন লৈরে তাক্লবা ময়ূমগী হেক-মমাঙদা মদুনা লৈতেংগুম শাদুনা থম্নরম্লে। পোৎ খুদিংমক্কী মমল চানদনা তাঙখৎলম্লে। নিরালা রেষ্টুরেন্ট অদুসু হান্নগুম তৌরমদ্রে। লূ-নাল্লে। নৌথোকলম্লে। অনৌ অনৌবা পোৎ-চৈনা লৈতেংদুনা ফজথোকহল্লম্লে। হেমচন্দ্রনা পান্নরম্লে। মহাক য়ু থকপদা ডোক্টরেট ফংলম্লে। সিলেটকী কলচরেল সোসাইটিদা মহাক স্কুল-কলেজ তম্লিঁঙৈদগী হৌনা দ্রামা, থিয়েটর অমদি ঈশৈ-নোংমাই য়াম্না পামজনা হৌরকই। মহাক অমসুং অনিল অনীনা ইবা দ্রামাদা মখোয়নীমক রোলসু লৌই। মখোঞ্জেলসু ফৈ। টেনোরমক্কী খোম্থোক মাল্লি। মানা থিবা শৈরেং মীবু তানীংবা পোকহল্লি। অদুবু য়ু থকচিল্লগদি তোঙানবা রূপ অমা ওল্লকই। আদিরসকী ৱারীতা নত্তনা সঙ্গিত-সাহিত্য-ধর্ম অমদি মান-মানা পাখিবা অফাওবা লাইরিকশিংগী মরমদা জ্ঞানিগুম্না নৈননীংবগী নিশা কারকই। মখোয়গী ময়ূমদা মপা-মপূ হাক্তক্তগী লৈরক্লবা চাউরবা লাইব্রেরি অমা লৈ। মখল-মখা কয়াগী তাঙনা ফংবা লাইরিকশিংগী কলেক্সন কয়াসু য়াওই। স্পেইনগী সিভিল ৱারদা হাৎপীখিবা নাট্যকার ফেদেরিকো গারসিয়া লোরকা (জুন ৫, ১৮৯৮-আগষ্ট ১৯, ১৯৩৬) গী ত্রেজডি লাইরিকশিং, ব্লদ ৱেদিং, য়ারমা, দি হাউস ওব বার্নরদা অলবা, মখোয়গী লাইব্রেরিদগী ৱায়রগা পাখি। নুংশি নুঙোলগী কাদা মায়থীখ্রবা ঐগী নুংশিরবা মরূপ প্রফুল্লগী ৱা নীংশিংলুবদা 'ব্লদ ৱেদিং'গী ৱারীদু ঐঙোন্দা অমুক্তসু হেন্না অর্থ

চেলহনখি। স্পেইনগী 'কাষ্টিল' কৌবা মফমদুদা মমাঙৈদগী খুন্দারক্লবা ত্রাইবেলশিংগী মনূংদা চারৌ-মৌরৌনবগী অথিংবা লৈবদুগী মথক্তা যূন্ফম ওইরগা ইবা, য়াম্না হকচিন্ননা নুংশিনবা অনী থুংনখিদবগী ৱারীনি। প্রফুল্লগী ৱারীসু অদুগুম্বা অমনি।

হেমচন্দ্র ভট্টাচার্যা, ব্রাহ্মণ জমিন্দার ইমূংগী মচানি। সিলেটতা লৈরিঙৈ কলেজদা লাঙমীন্নবতা নত্তনা মরক মরক্তা য়ু থকপগীসু মরূপ ওইরম্মী। য়ু থকফম লৈতবনা অয়াম্বা মতমদা ঐখোয় লোন্ন-তূমিন্না লম্মাংদা নত্রগা লায়রবা রিক্সাৱালাশিংগী খাংপোক শঙদা শেন খরা বকশিস পীরগা য়ু থকই। য়ু থকফম অদুবু ফাগি তৌদুনা হেমচন্দ্রনা 'খৈয়াম' থোনবী। মাদি ঐদৌনা কাতু-কারন তৌদে। সমাজগী চৎনলোন খুদিংমক কায়দনবা চৎলি। থকচরবসু কনামত্তদা কায়রুদে। খৈয়ামগী মহফিলদা শানবা ৱারীসু সবজেক্ট অমত্তা চিংথদে। জ্ঞানগী মরমদা য়াম্না অখণ্ড-অহে শারদুনা ৱারী কয়া শানৈ। সেক্সতগী সেক্সপিয়ার য়ৌই। মরৈসু পংয়েৎতা-য়েৎনৈ। হিটলরগী মতমদা জেল মনুংদা'আই ৱিল নোট ডাই' ইরম্বা রোঁমা রোঁলাবু জর্মন মচানি হায়দুনা লান্না মরৈ কন্না য়েৎনখিবদু খল্লুরগা ইকায়রকই। অসিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোক কয়াদগী অনিলদি ঐনা ফনা চুম্বা জ্ঞান পূম্নমক আলোচনা তৌজরবসু কৈদৌনুংদা ইৱা লৌবীখিদে। ঐনদি মহাক্না হায়বা পূম্নমক অচুম্বনি হায়দুনা খনখি। হৌজিকসু খল্লি। মহাক অসি সিলেট রেডিও ষ্টেসনদা মৈতৈলোনগী প্রোগ্রাম প্রোড্যুসরসু ওইরি। বাঁসিসু ফজনা খোংই। রেডিও অমদি টি ভি দা মহাক্কী প্রোগ্রাম কয়া তত্তনা লাকই। 'পালগ্রেভস গোল্ডন ত্রেজরি' কৌবা ৱারীমচাগী কলেক্সনদগী টোলষ্টোয়, গোগল, পীরেন্দেলোগুম্বা পৃথিবীগী ফাওরবা রাইটরশিংনা ইবশিংদু লীরগা তাহনদুনা মহাক্না ঐবু বিশ্ব সাহিত্যগী মশক তাকপীখি।

'লৈ, ঈশৈ অমদি অঙাং অহুমসিবু নুংশিবা পোক্রবা মী অদুদি মীহাৎপা ঙমগদবা মীনি।' টোলষ্টোইগী ৱাহৈ অসি মহাক্না হঞ্জিন-হঞ্জিন ঐঙোনদা কয়ারক তাহনখি। ফজবনা পোকখিবগী মরমদা মহাক্না শনদোক্না তাক্লদুনা'সিমসু হায়খি - 'তারমদাই নুমিৎকী ঙাঙ্রান্ননা

মমশিল্লক্লিবা মঙালদা য়েংন-য়েংনা কনাগুম্বী অহানবা আদি নারী অমনা শক-খঙদবা লৈ অমা পৎ-থৎলগা নাচোম ওইনা চিনখিবা নুমিৎতুদগী ফজবা হায়বসি পোকখি।'বাহৈসি ঐঙোনদা য়াম্না রোমান্টিক ওইনা থোকখি। প্রেম পত্র কয়াদা ফজবা কোটেসননি খনদুনা বাহৈসিমক শীজিন্নখি।

ঐদি থোইনা লাইরিক লাইশু পাগনবা মী নত্তে। অদুবু লাইবক ফবদগী মখোয়গুম্বা থবানমিচাক খরগী মঙালনা ঐবু অফবা লম্বীদা লমজীংবিরকখি। ভক্ত কবিরনা (১৪৪০-১৫১৮) হায়রম্মী- 'অফবগতা সঙ্গতৌগদবনি। অফবা মফমদুদতা লৈবনি মপু মহাক্তি।'

ঐসে লাই থাজদবা মীনি অদুবু লাই শুকথা-থাজদে হায়বা ঙল্লক্তবা মতাংসু য়াউই। অফবা, ফজবা অমদি প্রকৃতি হায়রিবা পূম্নমক অসিগা ময়াম্না থাজনরিবা ঈশ্বরগা মরি হেক্তা লৈনরম্বগুম তৌই। পুন্সীদা থেংনরকপা এক্সপরিয়েন্সশিংবু খোমজিল্লগা অমগ-অমগা ননশিন্নহন-শম্নহন য়েকপা কোলাজ লাইয়েক অমগী শক্তমসু অদুমঙাই।

নিরালাদা খৈয়ামগী মহফিল সন্ধ্যা মতুংদগী হৌই। যুগা মারিনবা শীশ-কবাব, চনা-চুর, য়েনফৈ অতাউবা, সালাডনচিংবা মাগী হোটেল বোয়শিংনা ঐখোয়গীদমক্তা স্পেসিয়েল ওইনা শীন-লাঙদুনা থম্মী।

ঐসু মবক-মরক্তা জুবারদগী শেন তোংলকপা নুমিত্তা দর্শনাদা শুংবা কেরু কোম্পোনিগী এক্সপোর্ট কালিটিনি হায়নবা জিন,হুইস্কি, লৈবগা পুই। মতম অদুদা অসিগুম্বা য়ু থকপকাদু চাওথোকচনীংঙাই ওইনা লৌনরম্মী। মদু থক্লুরগা ফোরেনদা লৈবা সাহেব ওইরবোই খনখি। ইংলিস ঙাঙনীংবনা চীনসে মরেঙ-মরেঙ চৎখি। কেরু কোম্পেনিগী এক্সপোর্ট কালিটিনি হায়না ঐনা সিলেটতা থকখিবদুগা য়ুবোপতা লাক্লবা তুংদা অশেংবা স্কোচ হুইস্কি, জিন, রম, ভোডকা থকখিবদুগা মহাউ কয়ামুক খেন্নে হায়বদু হায়রুদনা কান্নদে। ইলিসা অমগী মহাওগা ঙাপেমা অমগী মহাওগা খেন্নবগুম খেন্নে হায়বা তাবে।

সিলেটতদি সুধিরবাবুগী ভেন্দরগী য়ু অয়াম্বনা থক্লে। মফম অদু শিবগঞ্জগী মৈতৈ খুঙ্গং য়ৌফাৎত্রিবঁদা লৈ । ইসলামদা য়ু থকপা থিংই। মখোযবু ব্যবহার মতেক অমা উৎপা ওইনা ভেন্দর অদু ৱাচেৎকী শম্বন্না খাজিল্লি। ঈশিংনা পার্সেন্টেজ হেনবা অহোঙবা য়ু য়োনদুনা মহাক ক্রোরপটি ওইখি। ঈশিংগী পার্সেন্টেজ মতুংইন্না য়ুগী মমিং থোল্লি, থার্টি, ফোর্টি, সেভেন্টি। শিনফমদুদা সুধীরবাবুনা তোংজরমগদৌবা পার্সেন্টেজসু অদুমক্লি।

কাষ্টঘরদা লৈবা য়ু য়োনফম অদুদি হরিজন কষ্টমরনা নম্মী। য়াম্নসু লাঙই হায়দুনা ঐখোয় চঙদে। মালনিছড়া চা-বাগানগী কুলি খুল্লক্তদি য়ূমথোঙ খুদিংগী য়ু য়োনফম লৈ। বাগানগী কুলিশিংগীদি য় শুংবগী লাইসেন্স চঙদে। মসি বৃটিশনা পাল্লিবঁদগী হৌরদুনা হৌজিকসু চৎনরি। মরক-মরক্তা মহুৱা কৌবা য়ু মখল অমা ফংই । মহাওদি থুমতক-খাতক তৌই, মনমসু য়াম্না নুংশি। ঐদি মদুনা কেরুদগীসু হেন্না হৈনৈ।

খৈয়ামগী মহফিলদা লোকেল য়ু থকপা নুমিৎ খুদিংগী হেমচন্দ্রনা ইংলন্ডগী ৱা হেক-হেক হৌদোকপসি শোয়দ্রবনি। ইংলন্ড চৎলুবা মীনা মঙোনদা মফমদুগী নুঙাই-নুঙাইবা ৱারী লীরকপদো অমত্তা চীথদনা মহাক্লসু তমলগনি। নুঙাইবগী নুঙাইবতনা থল্লবা ইংলন্ডনি হেমচন্দ্রগী মঙদি। মঙগী লম অদুদা চৎনীং-চৎনীংনা চৎপা ফংদবদুদা শাউনা হায়- 'ঐদি ইমূংগী ভার পুরিবঁদা ইংলন্ড হায়বদো উবা ফংদনা তোক্কদৌরবনি। পোৎলূমসি লৈরমদ্রদবু ঐসু নহান্না বিলাত্তা চৎলম্মোইদ্রো, সুধীরবাবুগী য়ুংশা নম্বা য়ু'সি থক্কুনা লৈরমখিগদ্রা'? ফারুক মিয়া দৌনা স্কোচ চিংলদুনা ফজ-ফজবা মেম লৈশাবীশিংগা নুঙাইনা লৈজরমগদবনি। নখোয় খঙলব্রা, ফারুক্লা চিঠিদা কবি ইরকই?' (ফারুক মিয়া, আই এ তম্লিবঁদা খঙনখিবা ছাত্রনি। হাজিবা শুবগী অয়াবা চে 'ভৌচর' ফংদুনা ইংলন্ড চৎখি। সিলেটকী মীনা মখোয়বু লন্ডনী কৌই) ''ভাই হেম, থওইদবা তৌজনু সিভাস বিগাল চিংলগা ফজবী মেম লৈশাবী অমগী মথক্তা তোংলিবঁদা ইবা চিঠিনি।

নঙসু ঐদৌনা নুঙাইবা পাল্লবদি থুনা লাক্লুবা তৌ। নীংশিংলিব্রা, পার্সি কবিতাদু- 'অগর ফিরদৌস বর রুয়ে জমিনস্ত, হমিনস্ত, হমিনস্ত !' (পৃথিবীদা স্বর্গ হায়বদু লৈরম্বা থোক্লবদি মফমদু অসিদনি, অসিদনি) স্বর্গদি অসিদা লৈরম্লে ভাই!''

চিঠিদুগী ৱা মচং অদুনা হেমচন্দ্রবুতা নত্তে ঐবুসু স্বর্গদুদা চৎনীংবগী মঙ মঙবা হৌহনখি।

ঐগী ৱাখলদা ইংলন্ডসি নূপীগা য়ুগনা পীক-থন্না লৈবা লৈবাক অমা ওইনতা খনখি। নিশা কোকখ্রগা মদু পুন্সীদা থুংলরোইদবা মঙনি খল্লুবদা ঐসু থমোয় কয়ারক কায়খি। মশাগী ওইজবা থিদনা মীঙোনদা পীজ-পীথক তৌরগা পেঞ্জবা হেমচন্দ্রনি। অদুগা ঐনা ঙসি ফাউবদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা থেংনজরকপদা লায়র-ইনাকখুনবা, জাতি-বিজাতি খায়দনা সিলেটি অয়াম্বনা চত্থনবা পীজ-পীথক্কী হৈনবীদু ঙসিসু হোংলমদ্রি।

পীজ-পীথক্কী ৱাফম হেক হৌদোকপগা ওনথোক্লা খোয়দৌ-শাউগৎপা থৌদোক অমা হেক্তা নীংশিংলকই।

১৯৭৬ কী নবেম্বর থাদনি। গ্রীসকী কোনুং এথেন্সতগী ত্রেন্না ইষ্টানবুল য়ৌরকখি। ত্রেন অদো দাইরেক্ট ইষ্টানবুল য়ৌদ্রিঙৈদা টর্কিগী বোর্দরদা খামখি। খোঙনা 'নো মেনস ল্যেন্ড' লাম্থোক্লগা ইষ্টানবুল চৎকদৌরিবা টর্কিগী ত্রেন অমা অমুক তোংলগা লাকখি। মতম অদো মেদিটরেনিয়ান সমুদ্র মপানদা লৈবা সাইপ্রস কৌবা খাবৈ মওং মানবা মনীংতম্লা লৈজবা ঈথৎ অদু গ্রীস অমসুং টর্কি অনী চংদুনা মুন্নবদগী কন্না খুৎ থোক্লুরি। মদুনা মরম ওইদুনা সিক্যুরিটি য়াম্লা কল্লি। পাসপোর্ট-ভিসাতা নত্তনা নম্বো-থাবো ফাউবা হাংদোক্কুনা চ্যেক তৌই। ঐগী খোঙবু ওইরিবী জপানিজ নূপী হারুয়ো নকাজৱা অমসুং মিশাকো ই -ই জিমা মখোয় অনীগী নম্বোদুসু হাংদোক্লগা য়েংই। মনুংদা লোন্ন-থুপ্পা থমজবা নূপীগী পেন্টি, ব্রা উবদুদা অতৈ মখা তানা চ্যেক তৌদনা লোইশিনখি। করি মরমদগীনো খঙদে ঐগীদি হাংলমদে। পাসপোর্টতা য়েংলগা হায়রকই, 'নঙ টর্কি চংবা য়াবোই'। মাগী ৱাহৈদুদা পাখৎ-ফিংগৎপা লৈতনা ঐনা খুমখি,

- 'টর্কি চংবগী ভিসা য়াউরিসিদি?'

- 'বুলগেরিয়া ফাওরগা টর্কি চংলকপগী ভিসানি মিষ্টর।'

লন্ডনদগী লৌরকপা টর্কিগী ভিসাদুগী মথক্তা ভিসা ওফিসার অদুনা অকুপ্পা ময়েক্লা ইরম্লিবা খুৎইদো উই 'ভয়া বুলগেরিয়া'।

ভিসাদা করি ইরকপা ইরক্তবা মদু চেকশিন্না য়েংহৌদবনা অৱাবা নংলবনি হায়দুনা খোইদৌ শাউগৎখি।

হারুয়ো, মিশাকো মখোয় অনীনবুদি ঐবু থেম্মী, 'ফরে ফরে, মতা অমা চারে। বুলগারিয়াসু য়েংবা ওইনা হল্লসি'।

ওফিসার অদুগী মতৌনে ইশাগী ইরালনে উপাই লৈতবনিনা মখোয়না হায়বদুনা ফরে খল্লে।

হল্লগে হায়না তৌরিঙৈদা শুগৎতুনতা লৈবা ওফিসার অদুনা নিয়ম-কানুন, ইকায়-ইকি হুনদোক্লদুনা মপা-মপূগী শেন তোল্লম্বদৌনা হায়রকখি- 'য়ু এস দোলর ৫০০ পীয়ু অদু ওইরবদি চংহনগনি'।

- 'য়ু এস দোল্লর ৫০০ !' শাওনীংনা ঐনা খুম্মী- ' চংহল্লসু ফৈ চংহনদ্রসু কায়দে। বুলগেরিয়াদগী হাইজিল্লকপা হায়বদুনি, মাই ফ্রেন্ড'।

অদুদগী মমল হুন্নবগুম্মা তক্লকই- 'কয়া পীবা ঙমগনি ?' ঐঙোনদা শুপ্পগী দোলর কুনগী ত্রেভেলর চ্যেক অদুতনি নামৈশেল ওইনা য়াউরিবসু। মদু ঐনা উৎলগা হায়- 'অসিতনি ঐঙোনদা য়াউরিবসে মাই ফ্রেন্ড, নঙনা পাম্লগা লৌরো তৌবতবু ঐগী এম্বেসিদা ফোন তৌদুনা খঙহনবদি তায় শেল লোইখিদুনা টর্কিদা ষ্ট্রেনডেড ওইরে হায়দুনা। য়াউজরি-পূম্বসি নঙোনদা পীথোক্লগদি করম্না য়ূম হনগনি ?'

লংফৈদা খুদোংথীবা থোক্তুনা অৱাবা তারবা মীদা মাগী সরকারনা কনফম থোকই হায়বগী ব্রা কন্সটিট্যুসনদা লৈব্রা লৈতব্রা মদুদি ঐ খঙদে। অদুবু কমনসেন্সতগী হায়খিবনি।

ঐনা হায়বদো তাশিন্নদনা ইনাক্তা ফম্লম্বা ইরাকী ভদ্রলোক অমদা ওনশিল্লগা চিকথনখি। করি মরাল লৈবনো খঙদে ভদ্রলোক অদুনা দোলর চামগী নোট অমা পীনিংদা পীখি।

ফনা কুইনা যাত্রিক অতৈদসু ওৎপী নৈবীবগী দ্যাটি লোইশিল্লগা অমুক ঐঙোনদা চংশিল্লকই। ঐবু শাউরপ য়েংলগা 'গো গো' হায়রগা ঐগী পাসপোর্টতা এন্ট্রি সীল ফুরগা লাক্কুনা লংশিল্লকই।

ফোংনা শেঞ্জা-থুমজা তৌবগী দৃশ্য থেংনখিদবা কুইরে। নৌহৌনা অমুক থেংনবদুদা অকিবা পোকখি। খল্লি, ইরমদমনি হায়না হনগদৌরিবা দেশ অদুদি বেড়ী মচে অমা ফাওবা থাদবনিকো !

ত্রেন থারবা তুংদা হারুয়োনা হায়- 'জপানদসু শেঞ্জা-থুমজা তৌইদি তায় অদুবু অসুম্না ফোংনা তৌরবদি লৈবাক ঈরাং হৌদুনা খুদক্তা সরকার শিল্লো লাউনরক্কনি। কাং-খোং চাইগনি। ঐখোয়না করিদি তৌবা ঙমগনি লায়রবা লৈবাক ওইবনিনা মখোয়না ফংজরিবা তলবদুতনা কোন্নরক্তদুনা ফোংনা ইকায়-ইকি হুনদোক্কুনা মচা-মশু থাক্লবা হোৎনজরিবনি।মাগী মথৌনাদু থাগৎপা য়াই!'

মমাঙঙৈদা 'অনাতোলিয়া' (গ্রীক: অনাতোলে অর্থ: নুমিৎ থোকপা) কৌরম্বা 'ওটোমেন' নিংথৌশিংনা চহী চাতরুক পাল্লম্বা, য়ুরোপ অমসুং এসিয়াগী শরূক খরনা কোনবা দেশ অসিনি হৌজিক্কি টর্কি। নোংমদা মঙারক মোৱাজ্জেমনা লাউরকপা আজানগী খোঞ্জেলনসু পূমনীল-নিল্লিবা টর্কিনি।

টুর্কিক লোনদগী থোরকপা টার্কিশ লোল ঙাঙই। লেটিন ময়েক শীজিন্নে। কুর্দ কৌবা মীশিঙ য়াম্বা কাঙবু অমসু লৈ। ফার্সী, পুস্ত লোনগৈদগী থোরকপা কুর্দিশ লোল ঙাঙনৈ। মখোয় চীং-মানদা খুনদাবা ত্রাইবেলনি। টর্কিগী মী অয়াম্বা শুন্নী মুসলমান্নি। খৃষ্টান, জ্যুইস খরবুদি লৈ।

ইস্তানবুল অসি 'ব্লেক সী' অমদি 'সী ওব মারমরা' হায়রিবা সমুদ্র ঈপাক অনীনা চপশিনবা সহরনি। সমুদ্র ঈপাক অনীসিবু 'বোসফোরাস' কৌবা তুরেলনা অমুক শম্নহল্লি। বোসফোরাসকী মথক্তা এসিয়াগী খ্বাইদগী শাংবা থোং অহাইবী 'বোসফোরাস ব্রিজ' লৈ মসিনা এসিয়া অমসুং য়ুরোপ অনীবু শম্নহল্লি। সমুদ্র অন্নীসিদগী কারকপা ঙানা বোসফোরাস তুরেলদু পীক থল্লি। ঙা মরাঙ-কায়না ফংবদুনরা খঙদে ঙাগী মথেল পীজদবা রেষ্টুরেন্ট অমত্তা য়াওদে।

ঐখোয়না ত্রেন তোংদুনা ইস্তানবুলগী রেল ষ্টেসনদা থুংলুবদু য়ুরোপকী শরুক্তনি। ইস্তানবুল অসি য়ুরোপ অমদি এসিয়া মহাদেশ অনীমক্তা য়াউবা সহরনি। য়ুরোপকী শরুক্তনা লৃ-নানবা হেল্লি। এসিয়াগী শরুক অদুদি খরা থৌওইবীদবা ওইনা তৌই। অমোংপা ফিজোল শেৎপা য়াউশেনবা অঙাং কয়াসু থেংনৈ। ট্যুরিষ্ট উবদা কোইন-কোইন ইন্নবসি য়ুবোপকী মফম অমত্তদা থেংনখিদে। ইস্তানবুল য়ৌরগদি থেংনরে। শান্তিদা মীবু পোত্থাহনদে। লাইশোনগুম্না চিনফা পুনরবা ৱাহৈ,'এনিথিং য়ু সেল, ৱি বাই'(নঙনা য়োনবা খুদিংমক ঐখোয়না লৈগনি) হায়দুনা ইনাক্তগী শুকহেন-হেনদোক্তে। শেগায়রবা খোঙউপ-খোঙগ্রাউদগী হৌরদুনা 'য়াবানছি'(ফোরেনর) ঐখোয়দগী পোৎ-চৈ লৈগদগী কোইতান-তান্নে।

অহানবা থুংলুবা হোটেলদুগী মেনেজর অদুনসু ঐখোয়দা হুইস্কি অমদি প্লেবোয়গুম্বা সেক্স মেগাজিন য়াউরকপ্রা লৈগে হাযদুনা কয়ারক হংই। মমাঙঙৈদা টর্কি চৎলুববী এক্সপরিয়েন্স লৈরবী হারুয়োগী মমান্নবী নোবুও না মঙোনদা মিদল ইষ্টতা পৈশা লৈক্ত্রবকানদা খুৎপায় শেল ওইনবা প্লেবোয় মেগাজিন অমা য়োমশিল্লগা পীরকখি হায়। পেনী ৫০ দমক পীবা মেগাজিন অদু পাউন্ড মঙাদা য়োনখি। ঐনা ঐগী মতৎ-মতৎ তৎশিল্লক্লবা অদ্দিদাসকী খোঙউপ অদু লৈখিবা মমলদগীসু তাঙনা য়োনখি। ঐগী খোঙউপ লৈখ্রিবা নৃপা অসিনি ঐবু অচা-অথক পীজরগা নুঙাইজগে খল্লম্বা মীয়াই চল্লবা মীশক অদু। 'তকসিম' অমসুং 'বিয়োগ্লু' এরিয়া মনুং চনবা ইস্তানবুলগী ফাউরবা খোঙনা চৎনবা লম্বী 'ইস্তিকাল ষ্ট্রিট'তা হোমোদুগা থেংনৈ। খোঙউপ লৈরবা তৃংদা ঐগী খুৎ তাপ পায়শিল্লগা চিংবোই লাকপোই 'হাছিবাবা' কৌবা রেষ্টুরেন্ট অমদা পুশিল্লি। ঐখোয় মশেলদি ফরেদা লেমনা বদমাশ অসিদগী চাথোক্লসি হায়বগী মওংদা মীৎ খৎনৈ।

নীংথিরবী জপানিজ নুপী অনীদুবু তান্নদনা ঐবু তান্নরিবা নৃপাদুবু ফুনীংখি অদুগা নোকসু নোকনীংখি। ঐসিবু চানমক্কী নৃপী মাল্লবা জাৎলা খনখি। মানা ঐখোয়দা পোলাউ, কবাব,

বোসফোরাস(ইস্তানবুল বোগাছি)তগী ফারকপা ঙা-অতাউবা, য়াউগী মখোয়-মরিল থোংবা (কোকোরেক) তপ-তাখৈ পীজৈ। বিয়ারসু পীথকই। মাদি খরা থক্লগা বিয়ার পাল্লদুনা ঐগী ফৈগল মাবা হীবকই। অদুগা তূমিন্না নাকোংদা হায়রকখি- ‘হমাম (টর্কিশ ঈরুজম)দা হকচাং নোইহল্লগা ঈরুজরুসি’।

মতৌদো উবদা মবান্নীদি ৱাহুখৈ নোকখি। চাবগী বিল অদু মাবু পীহল্লগ। উচিন নাচিন্না মাবু মতূংদা শোয়দনা উনসি হায়রগা নানথোরকখি। মাদি হীং কাদুনা লৈহৌই। মতৌদু উরগা ইম্ফালগী হট্রাদা নূপানা নূপীশাবা মৈতৈপাঙল অমা ঐনা কোয়রম্ববু নীংশিলকখি।

ঐখোয়না কলেজ তম্লিঙৈদা পোকেট-মনি মরাঙ কায়দে। ফিবোল মখল অনীশুনা শেৎপা ৱানরম্মী। অদুনা য়াম্না চেকশিন্না শীজিনৈ। নুপীগা প্রোগ্রাম লৈবা মতমদা ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ-খোঙউপ ৱাইনৈ। পুন্সীগী অদুগুম্বা মতাংদুদা নূপী শাবীদুদগী খুদোংচাবা লৌদুনা জুৱারগী খুৎপায়শেল, চুরূপ-বেড়ী, য়ু, সিনেমাগী খরচ কয়া লৌথোকপীখি। মানা অঙাংবদা অমুবনা লাংবা স্বেটর অমা ঐঙোনদা খুদোল তৌরকখি। মদু লিৎলগা নোংমদি নাহ্রোকপা য়াদদুনা মাগা রিক্সো তোংলগা মতৈ-মনাও চৎমিন্নবগী মওংদা ফ্রেন্ডস টোকিজদা ম্যাটিনি শো য়েংবা চৎখি। মহাক্লা টিকেট কক্লবা লূপা ৫০ পী। ঐনা টিকেট কক্লম্লগা কাখুলোংদা হুৎ-হাইজিল্লুদুনা পেগ অনী-অহুম মায় কন্নবা চিংশিনলুই।

মমীৎ অনীমক জগবন্ধু মানবমখৈ সুরমা থান-হানা থাই। চীনবানদুসু পূমঙাং-ঙাংই, ক্বাক্লা মোরোক অঙাংবা চেনবদৌনা। মহাক্লা ফনা কেজরবসু প্রকৃটিগী খুৎশেমদা য়াওরক্লবা নূপী ওইবীগী থোৎ-নৌব' অমদি রূপরাগ অদুদি মঙোনদগী ফংখিদবনিনা ঐঙোনদা কাম পোক্তবা প্লাটোনিক প্রেমগুম্বা অমদি পোকহনখি। মদুমক্লি ঐনা মঙোনদগী পামজখিবসু। নুমিৎ অদো দি এম অমদি জি পি কলেজগী শকখঙনবী ছাত্রীশিংনা বেলকোনি পীক থল্লম্মী। মানা ঐবু ফিলমদুগী রোমান্টিক ওইবা শিনশিংগী মতাং-মতাংদা হেক-হেক

কোনশিল্লকখিবদু  তুংদা ফমখিবী মখোয়না শোয়দনা উরম্বা য়াই, ঐঙোনদা মোমোন-মোমোন নোকনরক খিগুম তৌনখি। অদুবু শেলগী মগুণনা ইকায়-ইকিগী য়াংলেন থুদেকপীরবা ঐঙোনদদি মখোয়না করেম্নরিবদু শমু-মথুনদা পেনা খোংবগুম থোকখি। খঙ্গুরুরগদি নুপীশাবদুগীদমক্তা মীনুংশি পোক্তবা ঙমদে। মাসু ইন্দ্রি পানবা মীওইবনি, পূন্সীদা অপাম-নুংশিগী বসন্তবু লাক্তবা হৌনবরা ?

ইস্তানবুলদা ঐতিহাসিক ওইবা য়েংনীংঙাই মফম য়াম্না লৈ।‘ হাজিয়া-সোফিয়া মসজিদ’, ‘টোপকাপি পেলেস’, ‘ব্লু মসজিদ’, ‘সদবার্ক হানিম’, ‘এথনোগ্রোফিক ম্যুজিয়ম’, ‘সদোলমা বহেছ পেলেস’ অসিনচিংবা। ঐদি ঐতিহাসিক ওইবা মফম উমল্লদুনা ইমান্ত-মান্নবোই খল্লি।

চর্চ ওইরম্বদগী মসজিদ ওলহনখিবা হাজিয়া-সোফিয়া (শেংলবা জ্ঞানগী মন্ডির: ৬শুবা শতাব্দী) মালেমদা খ্বাইদগী ফজবনি হায়রি। বাইজেন্টাইন শিল্পকলাগী অশেংবা খুদমসুনি। য়েংবদা মথক্কী শরূক অদু য়েরুম তঙ্খাই মাল্লি। য়াম্নদি ফজৈ অদুবু মনূংদি চংলকখিদে। রুমালনা কোক কুপ্লগা খোঙউপ য়াওদনা চংবদু তনখি।

মসজিদ অসি অহানবদা উমং লাইগী লাইশঙ ওইরম্মী। মথংদা চর্চ। ময়াই চনবা শতাব্দীদনা মসজিদ। হৌজিক্রা ম্যুজিয়ম। টুরিষ্টশিংনা য়েংজনীংবদি সুলতান আহমেত কামী  মসজিদ (ব্লু মসজিদ)নি। মসজিদ অসি অতিয়া মচুগী মার্বলনা কুপ্পী হায়দুনা ব্লু মসজিদ কৌখিবনি। ওটোমেন শাগৈগী নিংথৌ সুলেমান-১বগী মতমদা আর্কিটেক মোহমেত আগানা শারম্বনি। মসজিদ অসিগী চংফমগা মায়োক্লনা ফল্লাংদা হনজিনবা মফম অমা লৈ। মেহরাব কৌই, ইসলাম ধর্মগী শেংলবা মক্কাগী মায়কৈ তাকপা কোম্পাসনি  মেহরাব হায়রিবসি মসজিদ খুদিংদা লৈগদবনি হায়দুনা সিলেট এইডেড স্কুলদা তম্লিঙৈ মতম উর্দুগী ওঝা আমির অলিনা হায়খি। মেহরাবনা তাকপা মায়কৈ অদোমদা ওল্লগা মুসলমানশিংনা নামাজ তৌনৈ। মসজিদ য়েংবা লোইরগা টোপকাপি পেলেস (থোঙ্গালদা তোপ খিনবা কোনুং)

য়েংবা চৎলি। ওটোমেন সুলতানশিংনা শীজিন্নরম্বা সনাগী সিংহাসন অদু কোনুংদুদা লৈ। মমল নাইদ্রবা হীরা-মণি-মুক্তা কয়ানা সিংহাসনদু লৈতেংই। পেলেস মনুংদা ফজনা শাদুনা থম্বা কা চহুমগী 'হারেম' (মুসলিম নুপীগী লৈফম শঙ) অদুসু উরকই। হারেমদু হেক উরুবদা, ফাদুনা পুরকপা নত্রগা সুলতানগী থৌজাল ফংনবা মীওই কয়ানা খুদোল তম্লকপা টর্কি অমদি অতোপ্পা লৈবাকশিংদগী নীংথিরবী নিংঙোল কয়াগী তেংথাখোলশিং তারকখিবগুম ফাওরকখি।

মখোয়শিংদো মপুন্সীচুপ্পদা মপানগী সংসার উখিদনা শিখিবা ঙাক্তনি।

হারেমদগী থোরক্লগা নাইট ক্লবতা বেলি-ডান্সরনা ঘাগড়াগুম্বা ফিজোলবু খোইদৌ-মখা য়ৌনা চিংথরগা শাবা নীংজোল পংনিক্তা-নিকপা, পুক-মথক-মখা ওলহনবা জগোয় অদু এক্সপরিয়েন্সকী ৱাখলদা যেংখি। নূপা-নহাদা ময়াই কাহনবা জগোয় হায়বদুনি। আর্টতগীদি মরি যাম্না লাপথোক্লে। অদুবু টর্কি কোয়রুবগী মথেল অমা ওইনদি মদু অতোপপা মহাউ অমনি। নুমিৎ খরনি ইস্তানবুলদা লৈরম্বদো গালাটা-ব্রিজ গী মখামক্তদা লৈবা রেষ্টুরেন্ট মচা-মচাশিংদা বিয়ারগা লোয়ননা বোসফোরাস তুরেলদগী খুদক্তা ফারকপা তগৎ-তগৎ তেকপা ঙা অতাওবা চাখিবদুনা হেন্নদুম নুঙাইখি।

গালাটা ব্রিজ, মথোল অনী শাবা থোংনি। মথক্তা মীসু চৎলি হৱাগাড়ীসু চৎলি। মখাদনা বোসফোবাস লানথোক্লবগী লম্বীসু ওই অদুগা চান থক্লবা অমদি অতৈ দুকান খবসু ফম্মী। মনাক্তা ফেবি সার্ভিসসু লৈ। মদু তোংলগা যুবোপ নত্রগা এসিযাগী শব্দক যৌবদা পুংখায়মুক্তং চৎই। বোসফোবাস তুবেলদা হি তোংলগা ইবোই মচি মানবা পাৎ 'গোল্ডেন হোর্ন' যেংবা চৎলুই। নুমিৎ তাবমদাইদা গোল্ডেন হোর্ন গী ঈশিং ঈপাক্তু চানমক্কী সনামচু মাল্লি। মফজ অমনি !

সেন্ত্রেল টর্কিগী 'কোনইয়া' কৌবা মফমদা থৱানমিচাককুম্না ঙাল্লম্বা সুফিইজম চৎপা মহাকবি মৌলানা জলালউদ্দিন মুহম্মদ রুমি গী মোংফম য়েংবা চৎলুবদুসু কাউঙমদ্রবা স্মৃতি অমনি। টর্কিগী কোনুং

'অঙ্কারা'দগী য়াম্না লাপ্না লৈবা নত্তে। গাইড অমনা রুমিগী মোংফম কোনইযাদা লৈ হায়বদগী ঐ খংচৎ-চৎনীংবা ফাউখি।

মহাক ১৩ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদা আফগানিস্তানদা পোকই। টর্কিদা লৈখিদে। মহাক্কী আধ্যাত্মিক মহাকাব্য 'মস্‌নভি-য়ে মা-নাভি' ইরানগী পার্সি লোনদা ইবনি। মহাক্কী পুন্সীদি ত্রিভেনী সঙ্গমমক্নি। অদুনা মহাকপু টর্কি, ইরান, আফগানিস্তান দেশ অহুমক্না হৌজিক ফাওবা ইকায়খুম্নরি। মহাক্কী 'মস্‌নভি-য়ে মা-নাভি' বিশ্বসাহিত্যদা চাউরবা খুদোল অমনি হায়নৈ। ঐগী মরূপ কবি দিলাৱরনা মহাকাব্য অদুগী কপলেট খরদি বেঙ্গোলিদা তাহনখি। লাইবক ফবদগী ইথা-থাজদনা মোন্ত্রিয়ালগী লাইব্রেরি অমদা দিলাৱরনা তাহনখিবা কপ্লিট খরদুগী ইংলিস ভর্সন থেংনখি।

"Hearken to the reed-flute, how it complains
Lamenting its banishment from its home:
Ever since they tore me from my osier bed,
My plaintive notes have moved men and women
To tears."

রুমিনা শন্দোক্লম্বা সুফিইজম অদু সিলেটতা 'যামেন'দগী ইসলাম ধর্ম শন্দোকপা লাকখিবা দরবেশ শাহজলালদা মদুগী ৱাখল্লোনদু লৈখ্রিবা খল্লি। মরমদি সুফিইজমগী মরূওইবা ৱাফমদি 'মৌলাইয়া'নি (ঈশ্বরগী প্রেম-রসতা ঙাউজবা অমসুং মদুদা তাউখিদুনা ইষ্ট-নামতা শোল্লগা জিগীরগা লোয়ননা উরু-রু লৈদুনা জগোয় শাবা)। সিলেটতা চহী-চহীগী পাঙথোকপা উরুস উৎসবতা মসি থেংনৈ। কৃষ্ণনাম শোল্লগা ভক্তিভাবতা লূপখিদুনা সংকীর্তনগা লোয়ননা য়ুরোপ-এসিয়া-অফ্রিকা-অমেরিকাগী মফম কয়াদা ইস্কোনগী ভক্তশিংনা জগোয শারগা চৎপদুসু 'মৌলাইযা' ওইরমগদ্রা ?

আঙ্কারাদগী ইস্তানবুল ফাউবগা ঐখোয 'মিহান ট্যুব' গী বসনা ইরানগী কোনুং তেহবান য়ৌরকখি।'অমীর কবীর' কৌবা লাযববা-টুরিষ্টশিংগী থুংফম হোটেল অমদা লৈখি। ইস্তানবুলদা খোঙউপ য়োঙ্খোকলম্মী। তেহরানদনা জিন্সকী শেগাযবদা মফোল থোক্লবা খোঙগ্রাউ।

ঐখোযনা চৎলুবা মতম অদো পহলভি শাগৈগী ৱাহোংগী ফম্বাল তোংবা অরোয়বা নিংথৌ মহম্মদ রেজা শাহ্ পহলভিন্না পাল্লি। মহাক্কী অহুমশুবা নুপী ফারাহ্ দিবাগী মিংদা থোনবা এভিন্যু অদুগী মতাইদা লেপ্তুনা খোঙগ্রাউদু য়োনখিবনি।

টুরিষ্ট কয়ানসু মশা-মশাগী য়াউজরকপা পোৎ কয়ামা য়োন্নে। ফোরেনগী পোৎনিবু হায়রবদি থাবগা লুকমাইদগী হেক্তা লাক্লখি। ইরানদা ইসলামিক সাসনগী অকনবা চৈরাক লৈত্রি । য়ু, জুৱার থিংদ্রি। নূপী-নহা বুরখাগী মরুমদা লৈগদবনি হায়বগী অকনবা হুকুম 'ফতৱা' থোক্ত্রি। অথিংবা পোৎ কয়াসু মরাঙ কায়না ফংলি । ৱেষ্টর্ন ষ্টাইলগী মতৌ তমনীংবগী ঈহৌ অমা কন্না লাক্লে। পেত্রো-দোলরগী থৌজালদগী শেল-থুমগী অৱাবদুসু লৈরক্লুবা অমদি নৌনা শেল পায়রকপা মীনা শুরোল কয়াদগী শেল পায়বা মী শাজনীংলকপা মতাংনি। ইরানগী শাহ মশামকসু অদুমঙাই। লাইবক ফবদগী সিপাইনা সম্রাট ওইখিবা শাহ অমগী মপারীনি মহাক। অদুনা রাজবংশ অমগী চপ-চাবী ত্রেডিসন য়ৌশিনবা ৱাৎলি। হৈমুন ফাদ্রিবা শংমুন্নরিবা মশানদি পহলভী রাজবংসনি দাবী তৌজবা শাহনি।

ঐঙোনদদি ইরান অসি মচু তাদনা কেজবা, মী উশিত্তবা, শেলগী নাপলদা খম-থেংনা পোংজবা মী অমা ওইনা উখি।

লন্ডনদা ইরানগী ভিসা লৌবা চৎপদা শীরিন এষ্ট্রাবাদি কৌবী ইরানী অমগা থেংনখি। মহাক পাসপোর্ট রিন্যু তৌবা লাকপনি। ইরানী নুপীদি ফজবদা মমিং চৎলি। মুম্বাইদা লৈবা পার্সিশিংসু ফজবদা মমিং চৎলি। মখোয়সু ইরানী শাগৈনি। ইরানদা ইসলামগী ঈহৌ অমা লাকপদগী মখোয়গী অমত্তা ঙাইরবা 'জরথুস্ত্র'গী 'জেন-অভেস্তা'দো পুরগা ইন্ডিয়াদা চেল্লকখিবনি।

শীরিনসু মফজ অমনি, ঙাউই।

উর্বশী-মেনকাগী পাংখক্লি। মাবু হেক-উবদা অপাম্বগী হিংচাবা অমা ঐগী কোক্তা তোংখি। সিন্দবাদগী লেংজুমদগী কুমথৌ হায়বা য়াদবা হিংচাবা অদুগুম্না। ঐ কঙাউনখি। খঙনদ্রিবা নুপীমচা অমগা ৱারী শাবা হৌবগী প্রোটোকোলকা পূংমাঙ-মাঙখি। চুমদ্রিং চংশিল্লগা হংলুই - 'ইরানীয়ান ওইবীরব্রা'?

- 'মানি !' হায়রগা পাউখুম ঙাইবগী মওংদা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈখি।
- 'করিগুম্বা অমত্তং হংজগে?'
- 'তাকপীয়ু!'

ব্যবহারগা লোয়ননা খুল্লকপগী মওংদুনা ঐঙোনদা আশা অমা লাকখি।

- ''ইরানদা কোয়বা চৎকে খঞ্জরি। টুরিষ্ট গাইডবুকতা য়াউদবা ইরানগী মবমদা 'য়ুনিক' ওইবা করিগুম্বা খরদং অদোমদগী খঙজগে তৌজবনি ৱারৌবীনু।''

ঙাইহাক তূমিন্না লৈখি। অদুদগী হায়বকই- 'ইবানগী মরমদা য়াম্না খঙজবদি নৎচদে। ঐখোয় যাম্না বোমান্টিক অমসুং ইমোশ্যনল ওইবা জাতিনি। অদুনবু অফাউবা পার্সি কবি কযা মমিং চৎলিবসিনি। ঐখোযনা লোল্লিবা ফার্সি, অজাবী লোল অসি কবিতাগী লোলনি'।

পাকিস্তানগী কলচবেল পোলিসি মতুং-ইন্না অফাউবা মুসলমানশিংনা ইবা ৱাবেং-শৈরেংশিং অমদি মখোযগী পুন্সী ৱাবীনা স্কুল-কলেজশিংগী কবিকুল্যলমদা পীক-থল্লম্মী। অদুনা ফার্সি সাহত্যিগী অতিযাদা থৱানমিচাক্কুম ঙাল্লিবা ফিবদৌসিগী 'শাহনেমা' (শাহশিংগী কুম্বাবা), শৈখ শা'দিগী 'গুলিস্তাঁ'(গুলাব লৈকোল), ওমর খৈযামগী 'রুবাইযৎ', হাফিজগী নুংশিবদা থাবগা লেংবা অতোপ্পা শৈরেং 'গজল' চিনফা পুখি। খঙনাং হৈনীংদুনা থবায যাওনা পাখিবমক্তি নত্তে, পবিক্ষা ফেল ওইবা তাবে হাযবগী অকিবা অমনা ঔবাইহনখিবতনি। ঔবাইবা মতমদা 'গাট্রুদ বেল' না ফার্সিদগী হন্দোকপা হাফিজগী গজল পবেং খরা চীনফা পুখি। মদু ঐনা শীবিনবু ইমপ্রেস তৌনবা তাহনখি-

"Oh cup-bearer, set my glass afire
With the light of wine! oh minstrel, sing
The world fulfilleth my heart's desire!
Reflected within the goblet's ring
I see the glow of my love's red cheek
And scant o wit' ye who fail to seek
The pleasure that wine alone can bring!"

লাইরিক ঔরাইবগী কান্নবা অমদি লৈ হায়বদু মতমদুদতা খঙলকখি। অদুঙৈ ইম্ফালগী বেঙ্গলি হায়স্কুলদা ক্লাস ফোরদা তম্লিঙৈ সরস্বতী পূজা নুমিৎ অমদা ঐগী নুংশিজরবা ওঝা চোংথাম বেনুধরনা জয়কুমারগা (ওঝাগী মচানুপা, ঐগী স্কুল-কলেজগী ক্লাসমেট) ঐখোয় অনীগী কোক নানবিরগা আশীর্বাদকা লোয়নননা পীরম্বা পাউতাক অদু খঙহৌদনা নীংশিলকখি- 'সরস্বতী ইমাদা লৈ কৎলগা লাইরিক হেক্তা হৈগদৌবা নত্তে। নপূক্লীং চংনতা লাইরিক ঔরাইয়ু ইমাগী থৌজাল ফংগনি '।

ওঝাগী আশীর্বাদ লেম্নদি মাঙহনজদ্রে। নমফুদা লাইরিক ঔরাইহৌবগী ফল ওইনা ঙসিদি শীরিন কৌবী, হান্না মমাঙদা অমুক্তসু থেংনখিদ্রিবী চনুরা অমগা নকশীন্নবগী পাম্বৈ হায়বদু ওইখ্রে। ওঝাগী আশীর্বাদতগী ইশাবু পণ্ডিত ওইনা উৎপা ঙমজখ্রবসু শিষ্য ঐঙোনদা ওঝানা পীবিরম্বা আশীর্বাদ অদুদি ঐহাকনা লান্না শীজিন্নজরবনিনা 'অপাত্রে ভিক্ষা দান' হায়বদু ওইরে!

গজলগী শেসন লোইশিনবগা আরব্য উপন্যাসকুম্না ৱারী অমদগী ৱারী অমা মখা শমথবগী তাঞ্জাসু ফংখি। নুমিত্তু এম্বেসিগী ৱেটিং রুম ইহাঙ-হাঙলম্মী। ঐখোয় অনীগা, চুরুপ লেপ্তনা থকপা মমীৎ উইরুম-উইরুম তৌবা অহল অমগতনি।

শীরিন 'অবাদান' সহরগী ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংদগী হৌরকই। মখোয়গী ওইনা ষ্টিলগী বিজনেস লৈ। হৌজিক্লা মহাক

লন্ডনগী 'হেরো স্কুল ওফ পোলিটেক্নিক' তা ফোটোগ্রাফি তম্লি। পোলিটেক্নিক অদুগী মনাক্তা ফ্লেট অমা লৌরগা লৈ। দিক্তেটর শাহ্‌গী লৈঙাকপু য়ানীংদবা ইরানী কয়ামরুমদি, শাহ্‌গী শাথীরবা 'সাভাক' (মতমদুদা ইরানগী সিক্রেট সার্ভিস) পু কিদুনা যুরোপ-অমেরিকাদা চেন্নরকখি। নহারোল কয়া অমসু লাইরিক তম্বা-তমদবা, লাইরিক তম্বগী নামাদা চেন্নরকখি। ছাত্র-ছাত্রী শাদুনা জর্মন গেস্তাপোদগীসু শাথীরবা সাভাক্কী মীওই কয়াসু শাহ্‌গী মায়োক্তা লৈরিবশিংবু থিজিন্নবা লৈবাক অয়াম্বদা চাইদুনা লৈখি। সাভাকনা কনানো, নত্তবনা কনানো খঙনদবনা ইরানী মশেল অমনা-অমবু থাজনখিদে। শীরিনসু অদুগুম্বা ফিভম খরদগী ইরান থাদোরকখিবনি।

ঐখোয় অনী কয়াম-কুইনা ৱারী শানখিবনো হায়বা ঙমদে। অতোপ্পা অহল অদুবু এম্বেসিগী ষ্টাফনা কৌশিনখ্রবগী তুংদা শীরিনবুসু কৌরকখিবদগী ৱারী লেপখি। ঙাইহাক লৈরগা ঐবুসু কৌশিল্লকখি।

মীওইবগী পুন্সীদা থমোয়নুংগী অৱা-নুঙাই খুদিংমক কনাগুম্বা অমগা শরুক য়ামিন্ননবা মী অমগী দরকার লৈ। 'নো ম্যেনইজ ইজ এন আইলেন্দ' হায়নরিদনা।

শীরিনদি ইংলন্ডদা লাকপা ইকুই-কুইদ্রি। খঙন-চান্নবা মরূপ-মপাংসু লৈত্রি। শেংনা হায়রবদা, ঈশিংনা কোয়শিল্লবা ঈথৎ মচা অমগুম মথন্তা তোপ-তোপ্না য়াম্না-ৱানা লৈজরীবা মতাংনি। ঐ নত্রবসু খঙন-খঙনদবা কনাগুম্বা অমনা মাগা ৱারী-ৱাতায় শানকুবদা অপনবা কয়া লৈররোইদবা ফিভমনি। কনাদসু হুলানলুদনা, নোংমদা মঙারক পঙথৈ হায়নবদুগী তাঙ্ককনি হায়বা য়াই। অদুননি ঐনা হৌরুবদুদা য়ারকখ্রিবা। মীৎ খুবা মোঙ্গোলিয়ান শক্তা তাবা ঐঙোনদা নূপীনা য়ারকপসু মখোয়না পঙথরিঙৈ মতাংদতনি। জ্ঞান তারক্লগবুদি মমৈ থাঙ্গৎতুনা চেনখিবা হায়বদুগী ভাব ঙাক্তনি। মহাক পাসপোর্ট রিন্যু তৌবিবকপদুদা হরাও-হরাও থোরকখি। ঐগীসু থা অহুমগী মলটিপল ভিসা পীবকখি।

- 'ভিসা ফংলব্রা ? ঐদি পাসপোর্ট রিন্যি তৌবিরক্কনি থাজরুদ্রবনি। সাভাক্কী রিপোর্ট য়াওদনা রিন্যু তৌরকপা অতাঙবনি।' এম্বেসিদগী থোরকমিন্নখিবদা শীরিননা হায়রকখি।

- 'ফংলে। থা অহুমগী পীরকই।'

- 'করম্বা মতমদা ইরান চৎপীদৌরিবনো ?'

- 'য়ুরোপকী মফম খরা কোয়জরুখিনি অদুগা চৎকে।'

- 'নহাকসে লম কোয়গনবা মীতা মাল্লি। ইবন বতুতানা হায়রম্বদো, লম কোয়বা মীদি দরবেশ (সাধু সন্যাসী) তগীসু হেন্না মগুণ লৈ।'

- 'য়াম্না চুমখ্রবা ৱানি। হুর-পরিদগীসু হেন্না নীংথিজরবী অমগা ৱারী শানজবা ঙমজরিবসি লম-কোয়বা মুশাফির ঐগী অথোইবা ইগুণ হায়বদু ওইরম্বা তাই, নত্রা ?'

হোই-মাই করিমত্তা খুম্লকখিদে। থৱান-লাংবনগী মৈশাদা কেম্লনি পাখৎচ, এম্বেসিগী লম্পাক্তা শাৎচরিবী ডেফোডিল, লেবর্নাম, লাইলাক কৌবী শিঙেল-লৈরাংশিংগী ফজবশিংদু য়েংন-য়েংনা তৃমিন্না অদুম চৎলি। এম্বেসিগী গেট য়ৌনা থোরকমিন্নরবদুগী মতুংদদি মহাক্কা কায়নবা তারব্রা হায়বগীদমক ঐ পাখৎনা নীংবা কায়বা পোকখি। অদুবু অরোয়বা খোঙগাও হায়নবদুগুম ঐনা মাবু চা থকমীন্নরুনবা হৌখি। ঐ খঙই, মহাক্না য়ারক্রুবদি মদুনা মা-ঐগী অরোয়বা শিননি।

ঙমজরোই সোরি, নো থেঙ্কস হায়রকখিদে। মখুদাং ঘড়ীদু য়েংলগা খুম্লকখি- 'কুইদি কুইরোইসি। বেঙ্কতা চৎকদৌবা লৈ'।

- ''শেল পায়বগা লীকপগদা জ্যুইশনি হায়নৈ। অতৈ জাতিশিংনা জ্যুইশশিংদা মখোয়গী নেসনল এন্থেমদি 'গো টু ড বেঙ্ক' 'গো টু ড বেঙ্ক' হায়রগা লক্লে। অদোমদি জ্যুইশসু নত্তে, বেঙ্কতা কবিগী? থমোয়নুংগী অথুপ্পা কযাসু তেংথোক্লখিসিদনা?'' ঐনা শোয়রবোই খঞ্জখিবা লৌ অমগুম হায়খি।

- 'পৈশা লোইথোকখ্রে খরা লৌথোক্লুগে তৌবনি' হাযবগা নোক্লকই।

-'ঐঙোনদগী পূবীবদি করি কায়?' অতোপ্পা লাং অমা ওইনা ঐনা হায়।

- 'পূবা হৈনরবদি নিবসু হৈনরকই।'

- 'অদু ওইরগনা অদোমদগী ওইনা পূজবা তারেদনা। অশেংবগী ওইনা করিগুম্বা অমত্তং নিজগে।''

ঐগী ৱাতাদুদা করি খনখিবননো খঙদে, করিসু খুল্লকখিদে, তূমিন্না লৈখি।

এশিয়ারোমদগী লাকপা মী অয়াম্বা 'নো' হায়বা ঙমজদবা প্রজাতীনি। 'নো' হায়বসিতা হায়দোকপগী থৌনা লৈনদদুনা ইক-আক তৌরগা খুল্লমদনা চৎখিবা নত্রগা তূমিন্না লৈথোকপা, অসিনি ঐখোয়গী পার্সনেলিটি ৱাৎপা চরিত্র।

শীরিনগীদি অদু লৈতে। ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, শাজৎ-লীচৎতা নোংপোক-নোংচূপ অনীমক্কী মিলন উই। ৱারী শামিন্নবদা নুঙাইবা ফাউই।

লন্ডনগী ওক্সফোর্ড ষ্ট্রিটতা লৈবা 'জো লায়োন' (হৌজিক্তি লৈত্রে) রেষ্টুরেন্টদা ঐখোয় অনী চা থকমিন্নদুনা ৱাবী শামিন্নে। পার্সি সাহিত্যগী ৱারী থোইনা য়াওখিদ্রে। মানা পামজবা ফোটোগ্রেফিগী মরমদনা মপূং ৱারী ওইনা তৌখি। পৃথিবীদা শীংথানিঙাই ওইরিবা ফোটোগ্রাফর ৱাকর ইভান্সনা নমবা কাউঙমদ্রবা ফোটোশিংবু উরুবদগী ফোটোগ্রেফিদা লূপচরকখিবনি হায়। আর্ট অসিগী মরমদা ঐনা তাখিদ্রিবা ৱারী কয়াসু লীদুনা তাহল্লি। মরক্তুদা ঐনা ফাগি তৌখি- 'অদোমদি নোংমা শোয়দনা ফোটোগ্রাফিগী লমদা অফাওবা অমা ওইরকখিনি। ঐগী ফোটো অমত্তংদি ঙসি নম্বীরম্মুদনা'।

- 'নহাক্কী মায়থোঙসি ঐগী কেমেরাগী ফ্রেমদা চনদৌ মানদে' নোক্ল-নোক্লা খুল্লকখি।

- 'থমোয়গী ফ্রেমদদি ?'

পাউখুম পীরকখিদে। অমরোমদা লৈথোক্লগা হায়রকখি- ''মীগী মিং খুদিংগী অর্থ অমমম লৈজে, দেশ-ধর্ম-জাতিসু মিংদাশিং অদুনা ফোংদোকই, নহাক্কী নমিং 'শোনী' হায়বসিনা ঐবু চমমনহল্লে !''

মমাঙঙৈদৈ নৃপী-অঙাং কিহনবগী হৈনবীদু কোক্লমদ্রিমাল্লে, খঙহৌদনা চীনদগী থোকখি- 'শোনী হায়বসে হিন্দুশিংগীদা খ্বাইদগী তমথীবা, মাঙ-তাকহনবা ঙম্বা লাই অমনি, ঐবু অদুমক্লি খনদুনা ময়াম্না থোনবিখিবা মিংনি, ঐগী মিংগী অর্থদা জাতিসু ধর্মসু দেশসু অদুগা চরিত্রসু পূন্নমক শুনা পূনখ্রবনি। অদোমগী মিংদি তাবদা নুংশি খোইথূম্নে, অর্থনা করি?'

- ''ঐগী মিংদি লাইগী মিং নত্তে। 'শীরিন' অথূম্বা হায়বনি। য়ূম্নাক্না এষ্ট্রাবাদী।'' হায়না খুল্লম্লগা ঘড়ী য়েংখি। অদুগা মেত্রো টিকেটকী মচি অমদা মাগী ফোন নম্বর ইন-ইনা, 'মতম লৈত্রে ফোনদা ৱারী শানসি' হায়রম্লগা বিদাই তৌরমদুনা বেঙ্ক থিবা চৎখি।

তশেংনমক্তি শীরিনবু ঐনা য়াম্না নুংশিজে হায়বদুদি নত্তে। মশক মতৌ ফজবদুদা শুম্মৎখি, অপাম্বা পোকখি, মাগী থূল্লমগদবা হকচাংদু তংনীংখি অসিতনি। ফম্বা কল্লগা ফমেন ফম্মী হায়বগুম ঐসু ঐগী অপাম্বদু ফংনবা হোৎনবা লেপখিদে। লেপ্তবা হায়বসিনবু লেপলক্রবদি য়োং ফাউবা চহী লীশিং য়াঙ্খ্রে চূপ্না টাইপরাইটরদা পংফু-ফুজিল্লক্লবদি সেক্সপিয়ারগী দ্রামা অমা ফাউবদি মরোয়শিল্লকপা ময়াই ! মতাংদুদদি ঐসু য়োংদু ওনখি। দ্রামানা 'টেমিং ওব ড শ্রু' ।

মহাক্না খঙনখিবা তেল্লবা মতম খরদুগী মনুংদা মাগা য়াম্না নকশীন্নখি। ফার্সি সাহিত্যগী মরমদা থোইনা ঙাঙনখিদে। দরকারসু লৈখিদে। রোমান্সকী, সাভাককী, শাহবু য়ানীংদবগী, লমকোয়বগী, অসিগুম্বনা মরূ ওইখি।

সাভাক অমদি শাহগী মথক্তা ঐগীসু নুঙাইতবা অমা লৈখি।

ঐহাক অমুকখক ফ্রান্সতগী সুইজরলেন্ডদা চৎখি। 'এংগাডিন' জিলাগী মনূংদা ৱিন্টর স্পোর্টর্সকী খ্বাইদগী মমিং চৎপা 'সেন্ট মোরিস' কৌবা মফম অমা লৈ। মফমসি 'আল্পস্' চীংশাং নাপোমদনি। ৱিন্টর স্পোর্টস পামজবা মী অমত্তা সেন্ট মোরিসতা লাকখিদবা লৈতে । ঐখোয়না সেন্ট মোরিস্‌তা থুংলুবা য়ুঠ হোষ্টেলদুগা থংননা ইরানগী

শাহ্গী মরনাই 'স্কি' শান্নফম অমা লৈ। ঐদি খঙদদুনা নোংমা অয়ূক অমা মফমদুদা চংগে হোৎনরুই। খুদক্তা কদোমদগীনো জর্মন লোন ঙাঙবা খুৎলাই পায়বা ইরানী সাভাক খরনা ঐবু কোয়শিনখি। চৈ-থাংদুনা য়াম্না উশিত্তনা তৌরকখি।

নোংমদি অচৌবা হিগোক মচুগী য়েক্লম অফুৎপা অমা উবদুদা হাউরমগদ্রা খনদুনা লৈরগা চারুই। কয়াসু তাঙখ্রে কয়াসু হাউখিদ্রে। খারপসু তৌই। য়েক্লম অদু ঙানু কাঙগুম্বা নত্তবা, ঐনা খঙদবা অচৌবা উচেক অমগী মক্লম ওইরমগদ্রা খল্লুবদগী থুক লাউখি।

সুইজরলেন্ডদা লোল মখল মরী ঙাঙনৈ। জর্মন, ফ্রেঞ্চ, ইটালিয়ান, রোমানশ্। জর্মন লোন ঙাঙবনা মীশিঙ য়াম্মী। মথংদা ফ্রেঞ্চ, ইটালিয়ান অরোইবদা রোমানশ। য়ুরোপকী মনূংদা খ্বাইদগী শান্তি লৈবা লৈবাক্নি। হরটাল, ষ্ট্রাইক, বন্দ, বোম হায়গী ৱাফম শুকলৈ লৈতে। প্রকৃতিনা পূকচেল চাউনা মহাক্কী লৈজবা ফজবা-নীংথিবা পূন্নমক পীথোক্লবা সুইজরলেন্ডনি। তাইবং মীগী খুৎশেম য়াওদনা মথন্তগী হৌজবা উচান পাম্বীশিংদু ফাওবা চাইনাগী 'ফেঙ্-সুই' আর্টকুম্না খল-মাত্রা কায়হনদনা চোইজাইননা হৌই। জেরু কৌবা চীংশাং পরেংদা খিন-খিনদুনা লৈরিবা ময়াম অদুবু পিকাসোগী এ্যবষ্ট্রেক্ট আর্ট ওইরব্রা খনদবা ঙমদে। অদুবু ছন্দগী য়াম্না চীং-লেম্বা থমোয় য়ৌশিনবা কবিতাগুম্নদি ঐঙোনদা ফাউখিদে। জেনিভাগী মনাক্তা চেদা য়েকপা লাইগুম্না ফজবা 'লেক জেনিভা' পাৎ লৈ। লূ-নাঞ্জবতনি। লূ-নাল্লি 'লেক লুসান' নচিংবা স্যাইজরলেন্ডগী পাৎ কয়াসু অদুবু সনালৈপাক্কী ইমাশিংনা লোক্তাক ঈপোমগী হিথক্তা ইন চিংন-চিংনা খুলং ঈশৈ শকপগী তাম্বাদুগী 'লিরিক' অদুদি তাবা ফংখিদে।

স্যাইজরলেন্ড চৎপগী তাঞ্জা ফংলিঙৈদুদা অমুক্তা খুৎ অনী থাদুনা নমহৌরগে মতাগুম স্যাইজরলেন্ড শীন-থুংনা কোয়বকখি। জেনিভাদগী ত্রেন্না লেক জেনিভা, লেক লূসার্ন য়েংন-য়েংনা বাসল সহর তম্না চৎখি। অদুদগী জুরিখ। জুরিখতগী বার্নদা। স্যাইজবলেন্ডগী মমিং মথা খঙদ্রবা লম কয়া-কয়া শীন-থুংনা কোয়রুরবা তুংদা

স্যুইজ-ইটালিয়ান শরুক্তা য়ৌরকখি। শাহ্‌গী সাভাকনা ঐবু শাউহ্‌নখিবা সেন্ট মোরিস কৌবা মফম অদু ইটালিয়ানশিংনা মীশিঙ হেন্না তাবা মফমনি। উখুলদা তাংখুলনা মীশিঙ হেনবগুম্বনি। কবিশিংগী কবিতা কয়াদা শীংথানরিবা চীংশাং 'মেটাহোর্ন', 'আইগার' অমদি 'মাউন্ট ব্লঙ্ক'নচিংবা উরকখি। মাউন্ট ব্লঙ্ক কী মখাদা হুৎলগা চেল্লিবা চীংনুংহুৎ 'টনেল'দু ফাওরগা ইটালি চৎলকপা মতমদা নীংথিরবা চীংদু উরকখিবনি। অদুবু ঐনা থমোয় পীকশিনলুবরা খঙদে সনালৈপাক্তা লৈহৌবা কৌব্রু, থাঙজিং, নোংমাইচীংনচিংবগী পুক্নীং হুবা শক্তমশিংদুনা হেল্লবোইতা খঞ্জখি।

মোন্ত্রিয়ালদা খঙনখিবা, জেনিভাদা কুইনা য়ু এন ও গী থৌ পুদুনা লৈরম্বা মনি সুব্রমানিয়মনা সুইজরলেন্ডগী মরমদা হায়খি- 'স্যুইজরলেন্ড-ফজবগী স্বর্গনি হায়নৈ, চুম্মী অদুবু ফজবা হায়বসিদি মীৎয়েংগী ফজবা ঙাক্তনা ফজবা নত্তে, ফজবা হায়বসিগা খুলং ঈশৈ শক্লদুনা আত্মাগা শম্নগদবনি'।

ইরান খোঙশানগীদমক লন্ডন থাদোক্লমদায়দা শীরিননা ঐঙোনদা সনাখুদোপ (ফিরোজা নুঙ থিনবা)অমা খুদোল তৌরকখিবা মতমদা মহাক্না ঐঙোনদা হায়খি- 'হৌজিক্কী ইরান মেটরিএলিজমদা লূপখিদুনা হাফিজ, ওমর খৈয়াম, শৈখ শা'দি, ফিরদৌসী মখোয়শিংসি কনামত্তনা খঙলম্লবোয়। শাহ্ অমসুং সাভাকতনি ময়াম্না খঙনরিবসি'। অদুগা 'বোন ভোযাজ' হায়রগা ইবান্নী কায়নখি।

ঐখোয় অনীগী তেল্লবা প্রেমগী মতাংদা ঐনা দাইরিদা অসুম্না ইশিল্লম্মী- 'মে-ফ্লাইগী মপুন্সীমক্নি ঐখোয় অনীগী নুংশি নুঙোলগী পুন্সীসু! মে -ফ্লাই সুপ্নতগী পূং কুনমরি হিংই। মরূম হেক কোকপা লোইরগা শিখি'।

টর্কিদগী ইরান চংলকপগা দিব্রালিদুমঙাই মচু-মচুগী ইলেক্ট্রিক বল্বনা পূমলং-লংই। খ্বাইরমবন্দ বজারদা পৈশা কায়বগী লুকমাই ফম্বা অদুমাইনা ফোবেন কবেন্সি কায়বগী দুকান্না খুরক হাংদে। কার অহন-অহনবা ঙাক্তা তোংনরম্মী। অদুবু অহনবা ওইজরবসু

থেংগাইনরুবগী অকোপ্পা কার ঙাক্তা ওইনদি উখি। নহারোলশিংনা ফোরেনর নূপী হেক উবগা ইংলিস তম্বীয়ু পূংদা দোলর অদুক পীগে, অদা পীগে হায়না তান্নবসি অঙকপনি। ইংলিস তম্মীংলুবগী ৱাফম নত্তে। মরূওইনা নূপী থেম্বগী চান্স লৌবনি।

কাবুল চৎপদা ঐখোয় ইরানগী 'শীরাজ' ফাউরকই। কি মি ৯০০ রোম লাপ্পী 'তেহরান'দগী। বস তোংদুনা লাকপদুদা ফনা ৱাখি। শীরাজ অসি গুলাপ অমদি কার্পেটকীদমক মমিং চৎলি। শৈখ শা'দি অমদি হাফিজগুম্বা মপান লমগী মীনা নুংশিনা শোঞ্জবা কাউঙমদ্রবা মীওইশিং অদুবু খঙবা মী থেংনখিদে।

আরবীদা কোরান চীনফা পুবা মীদুবু হাফিজ হায়। গজলগী অদুগুম্বা হাফিজ, মহম্মদ শামস্ উদ্দিন হাফিজ অমসুং বুস্তান (ওরকিদ), গুলেস্তান (গুলাবকী লৈকোল) কৌবা কাব্যগী মালি শৈখ শা'দি অনীমক্কী মোংফম খুস্ক তুরেলগী তোবর্বান ময়াদা তরক-তরক্লা লৈরম্মী। হৌখিবা শতাব্দীদা শারম্বা মোংফমনি অদুনা লূ-নাঞ্জরবসু ইতিহাসকী ওইবা গুলাপকী লৈনমদুদি ফাউরকখিদে। শীরিন্না ইরান কোয়বদা নীং-থুংঙোই হায়রম্বগুম শীরাজ য়েংবদু নীং-থুংখিদে। কার্পেট য়োনদগী হাবা অঙাং পীশক ময়াম্না কোয়তান-তান্নবদা গুলাবকী ফজবদু উবা ফংলকখিদে।

"Of what use will be a dish of roses to you
Take one page from rose garden (Gulestan) of mine
A rose only live for five or six days
The joy from my rose garden alway stays."

*'The gulestan of Sa'di'*
Edward Rehatsek না হনদোকপা।

টর্কি অমদি ইরানদা ঐগী হৈনদবী অমনা কার্পেট য়োন্নবগী অঙাং থাজিল্লগা কোকাকোলা নমফুদা পীথকহল্লগা নম-হাদুনা কার্পেট য়োনগে তৌবদুনি। লৈদ্রগদি কোকাকোলাগী মমল হনদোক্লম্মু হায়। অদুগী হায়রুরবদি লায়রবা আফগানশিংনা লেমজবা হেল্লি।

য়ূমসু মসজিদসু হীগোক মচুগী টাইলনা কূপ্পা ইরানগী ইস্পাহান সহর অমদি শীরাজ ফাউরগা আফগান বোর্ডর য়ৌরকপা মতাংদা ইরানদা চে-চাং য়াওদনা লোন্না শেল তানবা লাকপা আফগানী খরবু থৌরীনা মখুৎ পুনশিনবিরগা আফগান বোর্ডররোমদা খোঙপাক্লা কাওর-কাওরগা তানশিনখিবদু য়েংবদা কয়াদি নুঙাইখিদ্রে। ইসলামিক উম্মাহ (ব্রদরহুড) হায়বদু কদায়দবু লোৎখ্রবনো খনখি।

আফগান বোর্ডরদগী তোংলকপা বস অদু মমা শীজনা লৈশাবিঙৈ মতমগী বসনি। বোনেট, ফুটবোর্ড তুমশিনখিদুনা ইরং-লংলে হায়বমক য়াই। ইঞ্জিন অদো শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লি। য়াম্না ৱানা চীংগী কারক্তা লৈরম্বা গোলাইশিংদো থৈরগা উন্না কুপ্পা খুরবা লম্বীদা চেল্লিবদো গুরুং চৎকদৌবোইতা খনখি। ইঞ্জিন শাগৎলক্কুনা কয়ারকসু লম্বীদা লেপখি। বস অদুগী পেসেঞ্জর তঙ্খায় অমদি য়েন অমসুং য়াউ মচানি। উচিন-নাচিন্না 'হেরাত' য়ৌরকখি। নুমিদাং অদো হোটেল অমদা লৈ। মণিপুরগী নূংবাদা লৈবা হোটেল অদুমক্কি মোৎপদা চাক-এঞ্চাং হাউতবদা। য়ুবি থাউ শীজিন্নদুনা লোয়নমক থোং-থাকই। তলগা শা থোংবদুগা চারুবদগী পূক মথক-মখা ওনখি। গ্রীসতা ডাইরিয়াগী ইঞ্জেক্সন কাপলকলমদ্রবদি শোযরমগনি ঐখোয় পূম্নমক। খোঙ-হামফম অমাংশঙ অদুসু কোম অমগী মখুলদা উচেৎ অনী খমব্রাংননা থাই। ঐবুদি মমাঙৈদা থেংনখ্রবনিনা অদুম হৈনি। জাপানিজ নুপী অনীদুদি মপূক পায়রগা খাঙনখি। অদুবু মখোয়সু উপাইদি লৈখিদে।

কবুলিব্রালাগা মপানদগী লাকপা মীগা বস ভারা হোটেল ভারা তোঙাল্লি। ঐখোয়না শরুক মরী হেন্না পীবা তাই। মসি দেশ অসিগী চৎনবী আইননি। মদুদা ঐখোয়না ৱারৌরুফম থোক্তে।

তৌবগীদি ভারানি হায়রিবদো কয়াগী মতীক্তি হোঙখ্রে, অদুক হোঙবা ভারা ইন্ডিয়া-বাংলাদেশতা লৈতে। আফগানীশিংগী ওইনদি য়াম্না তাঙনা থোকপা ভারানি। হেরাততগী কানদাহার অদুদগী কাবুল চৎলি। কাবুল য়ৌরকপদা উন্না কুপ্লিবা হিন্দুকুশ চীংশাং পরেংগী চীংদোন উই। তূমিন্না ধ্যানমগ্নদা লূপ্লিবা প্রকৃতিগী রূপ অদো উবদা পূক্নীংগী অমকপা ৱাখল, লমশাং চৎলকপগী অৱাবা, লোয়নমক ঙাইহাক্কীদমক ওইরবসু কাউথোকপা ঙমখি।

আফগানিস্তান য়াম্না লায়রবা দেশনি। পুলিসনা শেৎপা ফিরোল অদু ফাওবা ফোংলি। নোংচূপ লমগী মেটরিয়েলিজমগী হৱা-নুংশিৎ খর-খরা য়ৌরক্লবসু মদুনা সমস্যা ওইনা থোক্ত্রি। লায়রজরবসু য়াম্না চম্বতা নত্তনা মথৌনা অমদি মশাগী ইজ্জৎ ঙাক্না চৎপা জাতিনি। ইমূং মনূং অমসুং মজাতিগীদমক মথৱায় থাদোকপা ঙম্বগী মরীংজেল লৈবা জাতিনি। তোঙান-তোঙানবা ফুরুপ য়াম্না লৈ। ধর্ম মান্নজরবসু অমগ-অমগা নাতকী ওইবা মরমদা খেন্নবা কয়া লৈ।

আফগানিস্তানগী কোনুং কাবুলবু শীংথারদুনা ১৭ শতাব্দীদা আফগান কবি সাইব-এ-তাব্রিজীনা ইরম্বা শৈরেং অসি ঐগী দাইরীদা অসুম্না ইশিল্লম্মী -

## Kabul

- Saib-e-Tabrizi

"Oh, the beautiful city of Kabul
wears a rugged mountains skirt,
And the rose is jealous of its lash-like thorns.
The dust of Kabul's blowing soil
smarts lightly in my eyes,
But I love her, for knowledge and
love both come from her dust.
I sing bright praises to her colourful tulips,

The beauty of her trees makes me blush.
How sparkling the water flows
from Pul-i-Mastaan!
May Allah protect such beauty from
the evil eye of man!
Khizr chose Kabul to Paradise.........
I sing to the gardens, Jahanara and Shahrara.
Even the Tuba of Paradise is Jealous
of their greenery."

নোংঙাল্লগা কানদাহার অদুদগী গজ্‌নি ফাওরগা কাবুল তুরেল তোর্ব্বানদা তাবা কাবুল সহর য়ৌরকখি। মোগল নিংথৌ বাবরগী কোনুং (খৃ.১৫০৪) ওইরম্বা কাবুলনি।

চেক, বিলামাতিনা শাবা অৱাংবা ফুরা-দলান অমত্তা উদে কাবুলদা। অদুবু হিন্দুকুশ চীংশাং পরেংগী মথক্তা মচোই-মচোই উন্না কুপ্লিবা আধুনিক সভ্যতাগী মমি ফংদ্রিবা প্রকৃতিগী শেংলবা শক্তমদু উবদা পূক্নীং হুই। য়েংবদা মপোপ কায়দ্রিবা বুরখা উপ্লী লৈশাবী মাল্লি আফগানিস্তান।

চীং হুৎলগা শাবা য়ূম্না অয়াম্বা ওইনা তৌই। য়াম্না চম্বা জাতিনি। মোং হাদে। টর্কি-ইরানদা ফোরেনরবু কোইতান-তান্নবদুগুম্বা লৈতে। মরূওইনা 'তাজিক' কৌবা জাতিনা মীশিঙ হেল্লি মথংদা 'পস্তন্' । অদবু অমগ-অমগা ব্যবহার ঙাক্লা চৎনৈ। ঐখোয় পূন্নমক্লা কাবুলবু পামজনা লৌখি।

মৈফুগুন্নবা কোইথাং-থাংবা য়াবা পিথ্রাইগী 'সোমোভার'দা শাহল্লগা য়োনবা চিনি-শঙ্গোম থাক্তবা চাঙাংদুনা কাবুলগী খুঙ্গীংদুদা মহাউ ইহেন-হেনখি। মদু য়োল্লিবা নূপাদুগা মাগী হীদাকফুদা তোংজৈ চিংমিন্নখিবদো মহাক্লা কয়াদা হরাউজখি। হারুয়োগা মিশাকোগসু তোংজৈদু চিংবা য়াওখি।

য়ুরোপিয়ান টুরিষ্ট কয়া'মা কাবুলগী লম্বীদা থেংনৈ। পোৎ-চৈ, লৈফম-চাফম অমদি গঞ্জা-হাশিস য়াম্না হোঙনা ফংবদুনা কাবুল অসি টুরিষ্টশিংনা 'মষ্ট গো কন্ত্রি' নি হায়নৈ। কাবুলদা কুইনা লৈরক্লবা ভোন কৌবা অষ্ট্রিয়ান টুরিষ্ট অমগা বেষ্টুরেন্ট অমদা থেংনৈ। রেষ্টুরেন্ট অদু লৈবাক্তো লৈরঙ তারগা শাই। খুৎ চঙনা লোনবা অতাঙবা আফগান-কার্পেটিনা কাদুগী অক্নোয়বদু নপশিল্লি। ফম্লনবা মোন্তেক থাই। কারুকাজ তৌবা অনেম্বা টেবল ময়াইদা থায়। লংত্রিক-লংনা ফেঙবা পিথ্রাইগী হিদাকফুনা ওয়-য়েৎতা।

ভোননা হিদাকফুগী তোংজৈদুদা উইকুম-উইরুম গঞ্জা চিংলম্মী। লৈচিন মপৈ-মপৈগুম হিদাকফু মচিনদগী পাইথোরকপা গঞ্জাগী মৈখুনা থোঙনাউ ফাত্তবা কাদুদা ঐখোয়'দুম ঙাওরকখি। গঞ্জাগী ফজবা অম। লৈ। য়ু থক্লগা লাউ-খোংবা অদুগুম্না তৌদে। ঐ মঙায়বে হায়বগী ভাবসু লাক্তে। ঈংনা-তপ্পা নুঙাইনা ৱারী-ৱাতাই চথনবা য়াই। ভোননা হিদাকফুদু লানশিল্লকখি।

- 'গঞ্জাগী কঙ্কর ঙাম্ভক্তদি গঞ্জা থকখ্রে। হিদাকফুদদি অমুক্তা থকখিদ্রি।' ঐনা হায়।

- 'ইন্ডিয়ানদি মানদে অদুবু ইন্ডিয়ান ষ্টাইলদা গঞ্জা থকই হায়রিসিনদি নঙ ইন্ডিয়ানরা ?'

- 'হোই ইন্ডিয়াননি।' হায়রগা ঐগী মরি-মখোং শমলপ্পা লি।

অদুদগী ঐগী নঙ্গনদা পোপ-পোপ থারগা হায়রকখি- ' দিল্লিদা ইন্ডিয়ান অমনা ঙানথক্তা হানবা গঞ্জা পীথকখি। অহানবদা চিংবা হৈতদুনা মৈখু থোরকখিদে'।

ভোন, অষ্ট্রিযাদগীনি হায়বদুদা হারুয়োনা মঙোনদা অষ্ট্রিযা চৎলুবগী ৱারীদো লি। ঐখোয় মফমসিদা য়ৌরক্ত্রিঙৈদা অষ্ট্রিয়াদসু চংলকই। অষ্ট্রিয়াগী কোনুং ওৱেন (ভিয়েনা) দা থুংলুবগী অয়ুক'দুমক্তদা ষ্টেসন মনাক্তা স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী কোনসার্ট অমা থেংনৈ। মখোয়না 'মোজার্ট' খোংলম্বদু তাখি। মোজার্টকী সঙ্গিত

ত্যাখিবা লৈরবসু ঐ সঙ্গিত মশক খঙদবা মীনি। সুরদো হেক তাবদা হারুয়োনা হায়রকখি, খোংলিবসি মোজার্টনি। ৱেষ্টর্ন ক্লাসিকেল ম্যুজিক্কী মথুবা-লক্ষৌনি হায়নৈ অষ্ট্রিয়া। মোজার্ট, হেইদেন, শ্যুবার্ট কুম্বা য়ুরোপকী তানসেন কয়াগী পোক্লফমশুনি। মপান লমদগী লাকপা বীথোভেন, গুস্তাভ মেহ্লারগুম্বা তানসেন কয়ানা মফমসিবু সুরমন্দির ওইহনখি। জর্মনী বোর্ডরগা শম্নরিবা 'সোলসবর্গ' সহর কোয়বা চৎলুবদা উরকখি, ম্যুজিয়ম ওইনা ওন্থোকখ্রবা মোজার্টকী মযুম নং ৯- গেত্রেইজ্সে।

স্কি শান্নবগী রিজোর্ট ইনস্ব্রুকসু অদুমঙাই ক্লাসিকেল ম্যুজিক্কী লম ওইনা তৌই। পীশক-পীক্লিঙৈদগী ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক তম্লকপা জপানীজ নুপী অনীদুদি তপস্যা মপূং ফাবে হায়বগী মতৌদা পেঞ্জখি।

ভোনগী হিদাকফু অদো হারুয়োসু অমুক অনীরক্তি চিংখি। মীশাকোদি শুকচিং-চিংদনা ঙাওখি। টেবলদা খিল্লম্বা ঈশিংগী গ্লাস লৌখৎপা মতমদা মখুত্তগী তাখি। মদুদা ভোননা নোক্ল-নোক্লা হায়রকখি- 'ঈশিং হৈদোকপসিদি অফবা খুদমনি আফগানীশিংগী থাজনবীদা'। অফগানীশিংগী থাজনবীদা মৈতৈগা মান্নবা অমসু লৈ, লৈতোন চীক্লগা মীনা থীনা ঙাঙনৈ। মসিসু ভোননা হায়।

কাবুলদা কাবুলিশিংনা শেৎপা ফিজেৎতু উবদা শিলোংগী এ জি ওফিসতা ক্লার্ক ওইরম্বা ঐগী মরূপ থোকচোম জিতেন্না কাবুলি মুসা খান কৌবা শেনদোই চাবা কাবুলি অমদগী শেল পূবিরুরগা মতম চানা শিংবা ঙমদদুনা ঐখোয় অনীমক কোইলোৎ লোৎখিবদুগী ৱা খংনীং নীংশিংলকখি। ঐনা নাগা লোথা চনু অমা কোয়রুবদা শেলগী মথৌ তারকখিবদগী ঐগীদমক মহাক্লা পূবিরুবনি। মহাক্লা মাগী প্রোভিদেন্ট ফন্ডদগী লৌথোক্লগবুদি শিংখি। মদু জিতেননা ঙসি ফাওবা থৌরক্লিবনিনা ঐনদি শিংবিদ্রি। আফগানিস্তান য়ৌরবা তুংদা অমুক হন্না 'জালাল উদ্দিন অর রুমি' বুসু নীংশিংলকখি। মফম অসি মহাক্কী পোক্লফম লমদমনি। খল্লুরগা তীর্থ কোয়বগী নুঙাইবদো ফাওরকখি। অদুগা দেশ অসি ফাওবগা আলেকজেন্দরনা ভারত য়ৌরকখিবদুদি থোইনবু খল্লুদে।

আফগানিস্তানদা অমুক হল্লক্কনি হায়বদু ঐঙোনদা থাজবা লৈতে। বাইরোডতা ইন্ডিয়া য়ৌবগী লম্বী থোকপদুদা লাকপনি। খাইবরপাস ফাওরগা পাকিস্তান অদুদগী ইন্ডিয়া অসিনি শীল্লম্বা প্লানদি। পাকিস্তানগী ভিসা ফংদবদগী 'এরিয়ানা এয়রলাইন্স'না অরোয়বা খোঙচৎকী শাদোং ওইনা ইন্ডিয়াগী অমৃতসর য়ৌরকখি। মথংদা দিল্লি। ঐনা ইন্ডিয়াদা খ্বাইদগী নুঙাইজদবা লমনি। হংলুবদা অমত্তা চুম্না তাক্লক্তে। বস থৌন-থৌনা পেসেঞ্জরশিং কুমথব-কাখৎপা তৌনৈ। হারুয়োনা কুমফাৎত্রিঙৈদা বস থৌখিদুনা মখুরাই তৎখি। রেষ্টুরেন্টকী মেনুদা য়াওবা অচা-অথক্কী মমলদগী হেন্না মেনেজরনা বিল শাজিল্লকই। ময়াম্না হায়নবা, 'দিল্লিকা লড্ডু জো খায়া ৱহ পস্তায়া জো নহি খায়া ৱহ ভি পস্তায়া' অদুমক্কি।

দিল্লিদা মিশাকো লৈহৌরে। হারুয়োদি কলকতা ফাওবা লোয়নরকখি। কলকতাদা পণ্ডিত মনিলাল নাগকী মনাক্তা সিতার তম্লিবা, ইয়াম্বা অহলনা পোকপা ইচানৃপা তোম্বী (থোকচোম প্রসন্না কুমার) গী লৈফমদা থুংখি। ১৬, দিসেম্বর ১৯৭৮ গী অয়ুক্তা হারুয়ো নাকাজৱা মরমদম জপানগীদমক খোঙশানবদা বেঙ্কোক ফাওবগা চৎখি।

ঐহাক ইন্ডিয়াদা খরনি লৈরম্লগা বাংলাদেশতা হল্লকখি। থা কয়া লোয়নরক্লবা মরূপশিং মথং-মথং কায়নখিবদা হায়ঙমদ্রবা অৱাবা অমা ফাওখি। অমুক কায়নবা অমুক থেংনবা অসিনি পুন্সী। মিশাকোগদি ঙসি ফাওবা থেংনখিদ্রে।

য়ুরোপতগী ঐনা সিলেট হনখিবদা, ইংলন্ড চৎপগী মঙ মঙজরম্বা হেমচন্দ্র লেঙদনা লৈরম্লি। মচিন-মনাও লোয়নমক্লা মাগী মঙ অদু পুরগা য়ুরোপ অমেরিকাদা লৈনখ্রে।

মতম খরগী মমাঙদা মাগা অমুক উনখি। সিঙ্গাপুরগী 'চাংগী এয়ারপোর্ট' কী দ্যুটি ফ্রি শোপতগী ঐনা লৈরকপা ব্লেক লেভেল স্কোচ অদু মাগী খৈয়ামদা চিংমিন্নখি। হৌখিবা মতমগী অমদি সংসারগী হাবি-জাবি ৱারীদা উংদুনা লৈখি। স্কোচকী অশেংবা সমরস অদুনরা খঙদে বিলাতকী বা হৌদোকলক্তে। অদুবু সমরসনা থনুং য়ৌখ্রগা তত্ত্ব-বিজ্ঞান, সাহিত্য, ঈশৈ-নোংমাই অমদি সেক্সকী মরমদা খন্নবগী নিশাদুমদি থারমদ্রি।

মমাঙঙৈগী খঙদনা অখঙবা শাবগী থৌনাদুদি লৈবমদ্রে। অহল ওইশিল্লকপগী খুদম ওইরমাল্লে।

হেমচন্দ্রগী খৈয়ামগী মহফিল অদু নীংশিংলুরগা মমাঙঙৈ ইম্ফালদা ঐগা লূনা তিন্নরম্বা মরূপশিংগা য়ু থকমিন্নবদু মীৎতা উই।

কাংজৈবুংগী অশংবা নাপীথক্তা রুমাল থাদুনা ফম্লগা য়ু থক্ল-থক্লা কেলি-চনাগা লোয়ননা সেক্স, সাহিত্য, শিল্প অদুগা মথেল ওইনা মা-মাগী নুংশি ৱারী পুথোক্ল দুনা ৱারী কয়া শামিন্নখিবদু কাউবা ঙমদে। মরূপশিংদুগী মনুংদা কবিতা, উপন্যাস ইরগা ফোঙলবা মীওইসু য়াওই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা নিশা পাল্লগা খুদক্তা শেমজিন-শাজিল্লগা থিধরকখিবা ওফবিট কবিতাদু ঙসিসু নীংশিংলি -

“বিবেন, বিদুর, তোম্পোক, অহুম্না মুকুম-মুরুম শোল্লদুনা
িংথৎনা (শাথীনা খৌরাংনা) ঙাইরমগনি,
য়ু লৈরুনি চৎখিবা ঐবু
(অদুদগী য়ুঙাউবগী এক্টিংদা)
ঐদি য়ু থক্লুবদগী, য়ু গী ৱাখল লৈখিদ্রে
লৈহাউ মনমসু ফাওবক্রে, ঐ কনাসু নীংশিংদ্রে
মঙ-তাইবং অমত্তা ওইখ্রে, অমম-অঙাল পূনশিনখ্রে।
লৈযেং ফাইবক্লে।
(লোন্না হাযগে তূমিন্না তাও হায়বগা ....)
হে মরূপ বিবেন, বিদুর, তোম্পোক, ঙাইবিরম্লনু ঐগীদমক
ঐ নখোয়গী নাক্তা লাক্লরোই, অমুক হন্না য়ু পুরদুনা
চৎলবনি চৎলবনি...............
(হে বন্ধু নঙবু চৎখিনুদা হৌজিকসু পোৎ লৈরি)
নমথীরবা লমদমসে থাদোক্লুনা, অরাপ্পা লমদম তম্না
যাইর্বা ইনিন খম্বা।”

ইনিন খম্বগী অর্থ খঙদদুনা ঐনা হংলুবদা নোক্লা নোক্লা খুম্লকখি- ‘নমাই... আত্মাঘাত হায়বনিনে ভাই’।

মতম অদু মখোয়দি নৌনা য়ু থকপা তম্লিবা মতাংনি। য়ু থক্ত্রগা নূপা মানদে হায়বগী ৱাখল অমদা। ময়ামদগী ঐনা য়ু থকপদা খরা লিরে হায়বা য়াই। মৈতৈগী সমাজদা য়ু পলহৈদ্রিবা মতম্নি। মতমদুদা য়ু থকপসি মীয়াম্না হঙ্গোইনা লৌনরম্মী। থক্লবসু ইমূং-মনিল থোক্তনবা লোন্না থক্লে। য়ু থক্লুরগা অথেংবদা য়ূমদা হনবা কিদুনা কয়ামা ৱাখি। চাকসু লামশিল্লক চুরূপসু লোইশিল্লক অদুগুম্বা মতাং কয়াদা য়ু'সিদা থকপা তোকচরগে খনদুনা ৱাশকখিবা মশিঙ থিঙমদে। মরক-মরক্তা অল ইন্ডিয়া রেদিও ইম্ফালগী পাউ পাবা তামো লালগোপালগীদা, বিদুরগী খবর-লাইরিক্লা পীক থন্না চাইবা কাদা, ইমাসিনা তাদনবা তূমিন-তূমিন্না মাগী চাক শরূক অদু য়েন্নরগা চামিন্নদুনা লেকখিবা কয়ানি। কৈশামপাৎকী নুংশিরবা মরূপ প্রফল্লগী, চেককোনদা থোকচোম বিরেন অমসুং লাইশ্রম তোম্পোক, মখোয়শিংগী ময়ূমদা লেকখিবসু য়াওই। লাইশ্রম তোম্পোক্কী লোইনবী ইতৈমদো লক্ষ্মীনি। ঐ অমনা তত্তনা মখোয়গী সংসারদা য়ু থকচিল্লগা ওৎ-নৈবিরৈ হায়বগী কৈদৌনুংদসু মীৎশুক-নাশুক তৌরকপা মওং নোংমতা উৎলকখিদে। চাক পীজৈ। তূম্ফম পী। ঐগী মাঙলবা পুন্সি৮। মঙোনদগী মক্ত্রবা সহানুভুতি অমা ফংখি।

কুইরবা তূং, নোংচূপ লমদগী ঐনা থোরক্লগা থিরুবদা মরূপ তোম্পোক লৈখিদ্রে হায়রকই। ইতৈমদুসু মচা-মশু পুরগা কদাইদা চৎখ্রবা,থিবা ফংখিদে।

মমা-মনদোন লুখ্রাবী অনীনা নুংশিজনা য়োকচবা মরূপ প্রফুল্লসু ঐনা হল্লকপদা লৈরমদ্রে। মরূপ চোংথাম জয়সু লৈরমদ্রে। 'লৈতবা' হায়বা ৱাহৈসিনি ঐনা খ্বাইদগী তাথীজবদি। মঙদসু তাইবংদসু লৈতবগী ৱাখল ফাওরকপগা অশি-অনা চরাম-চুদৎনবগী দৃশ্যতা মউই। থমোয়নুংদা লৈজবা আশাশিংগী মরূ ফুকখি। অদুবু .... অদুবু মখোয়গী কাউঙমদ্রবা মাযথোঙ অমদি হায়বম-তৌরম্নশিং কয়াদ্দি মূৎপা লৈতনা হৌজিকসু থমোয়দা ঙাল্লি।

১৯৭১ মার্চ ২৫, অহীং অথেংবদা ধাকা অমদি বাংলাদেশকী মন্‌ম কযাদা জেনোসাইদকী মওংদা পাকিষ্টানি আর্মিনা মী হাৎপতা নভন। নূপী অঙাংদা ওৎ নৈবা হৌখি। মরুওইনা মাইনোবিটিশিংনি মখোযগী টার্গেট। ঐখোয়গী যূমদি যূমদোমপোক্লি। অদুনা যমদা তূম্বা কিদুনা মৈতৈশিংনা পূন্না লৈবা মফমদুদা ঐখোযসু সন্ধ্যা ওইবকপগা লেকপা চৎলি। মতম চূপ্পদা ইমানা মহাক্কী লৈজবা সনা-লূপা, শেল-থুম অমদি দলিলনচিংবা চে-চাং পূম্নমক মখ্বাঙদা খ্বাংচেৎ লাক্কুনা থম্মী। নোংম-নোংমগী লানগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবদগী যূম পূমথা-থাদোক্কুনা চেল্লকপা তাখি। যূম থাদোকপা নুমিৎ অদো এপ্রিল তাং ৭ নুংথিলগী পূং ৫মিনিট ২০ দনি। যূম থাদোকপগী মতম অদো চপ-চানা নীংশিংলিবগী মরমদি পাকিস্তানগী জেটতগী কাপথবকপা কামানগী মরু অদুনা ঐখোয়গী যূমদগী ইবাপ লাপ্তনা লৈবা নোংচূপ থংবদা লৈবা লৌবুক অদুদা ধং লাউনা পোকখাহৎকপা শাফদনা লৈমাযদু নিকখিবদা ঐখোয়গী ফক্লাং ঘড়ীদু লেপখি।

সিলেটকী মৈতৈশিং মনূংদা ঐখোয় ইমূংনা ইহান-হান্না সুতারকান্দি ফাওরগা অসামগী করিমগঞ্জ য়ৌরকখি। লানজেনবা ওইনা ইন্দিয়াদা লৈরিঙৈ মতমদা শিলোং, সিলচর, আগরতলা, ধর্মনগর হায়রিবা লমশিংসিদা কোয়চৎ-চৎতুনা লৈরম্মী। মরক্তুদা ঐনা ঙমজবা, লানগী মতেং পাংবা ওইনা খবরনচিংবা ফোঙবদা য়াওখি, তাৎ-পাৎনা খরা মপূং ওইজখ্রগসু। ভোলন্টিয়র অমগী মওংদা লাঞ্জেল্লকপশিংনা লৈরিবা কেম্প-কেম্পতা রেসন য়েনবদসু মতেং পাংখি। অদুতসু নত্তনা কেম্পতা লৈনীংদনা লৈরিবা খঙন-চান্নবা মরূপ-মপাঙ, শাগৈ-নাতৈশিংনা মখোয়বু তমথীরবা মফমদুদগী লৌথোকপীরনবা পাউ থারকপদসু লৌথোকলুরগা ঐখোয়গীদা চংজফম পীখি।

মতূং, লান লোইশিল্লমদাইগী থা অমরোম মমাঙ হায়বদুনি। ঐ, ঐগী ইমোসনগী মরা তাখ্রবা সহর ইম্ফাল যৌরকখি। বাংলাদেশ লানগী কানক্রক মনম মণিপুর য়ৌরক্লবসু লানগী তমথীবা পাউদি মণিপুর প্রজাশিংনা তাদবা লৈরমদে। অদুবু নীংতম-লানদা সিলেটকী মৈতৈ মচা কয়াসু য়াওই হায়বদুদি খঙনরমদে। ঐনা তশ্বদুদা ময়াম্না মখোয়গী মথৌনাদুগীদমক থাগৎনখি। তশেংনা নোংমৈ পায়দুনা লান য়াওদ্রবসু খবর ফোঙদুনা, শেল খায়দুনা লানদা মতেং পাংখিবা মৈতৈ মচা অমনি হায়দুনা ঐবুসু থাগৎপীখি। শাজিন্নবা নীংতম লাম্মী ওইবনিনা ইশানদি ইথন্তা ইকায়জখি।

ইম্ফাল থোরকলম্বা মতম অদু ১৯৭১ গী দিসেম্বর থানি। থা'দুমক্কী তাং ১৬, পাকিস্তান মায়থীবা ফংদুনা ভারতকী জেনরল অরোরাদা পাকিস্তানগী জেনরেল নিয়াজিনা সরেন্দর তৌখিবগা লোইননা লানসু লোইশিনখি।

ইম্ফালদা ঐনা লৈরম্বদু সঞ্জেনথোংগী ওফিসার কোলোনিদনি। ক্বার্টরদুগা মায়োক্লনা ইয়াম্বা য়াইমগা য়াম্না লুনা তিন্নবা বাঙ্গালি ডাক্টর অমগী ফেমিলি, মচানূপী মরীগা লৈ। মখোয়শিংদু ঙাইহাক লৈতনা ইয়াম্বগীদা কোয়রকই। হিবো শারদুনা ঐনা মখোয়দসু লানগা থ্রানা

অমদি রিফ্যুজি কেম্পকী তমথীরবা ৱারীশিং লীদুনা তাহল্লি। ৱারীশিংদো তাবদা মচানুপী অহলদুদি নোংমা তশেংনমক্কী মপি ঈরা চেনখি। বাংলা লোন খঙবনিনা মশলা হাপচিল্লগা শাদোক্তুনা লিবদুদা ঐনা পুন্নমক শুমহৎখি। নূপীমচাদু মীনুংশি চাউবী মাল্লি। মহাক্কা সুম তিন্নবদগী নুংশি-নুংঙলোমদা ওনশিল্লক্কে তৌখি। অদুবু ইশাগী পল্লেপফম লৈজদবা ঐনা নুংশিবা ফাওরক্লবসু মাগী মকাদা নুংশি হায়না ফোঙদোকপা ঙমখিদে। নুংশিবগী সনাগী শজিনা ঐঙোনদা মায়া শান্নরকখিবদুদি ঐ ৱানা খাংখি।

১৯৭২ গী জনুৱারি ১, থাংজ নুমিত্তগী হৌনা নৌহৌননা অমুক দাইরি ইবা হৌখি। দাইরিদু বেঙ্গোলি লৈশাবী অদুনা ঐঙোন্দা চহী হৌবা নুমিত্তুদা খুদোল তৌরকখিবনি। মদুনা দাইরিগী শাগৈদা ঐ... ফংখিবা অনীশুবা খুদোলনি। খুদোল ওইনা ঐনদি মঙোনদা প্রেমপত্র নত্তনা কবিসু খুদোল তমখিদে।

দাইরিদুগী অহানবা লমায়মক্তদা মহাক্না ইরম্মী-

"They who go
Feel not the pain of parting: it is they
who stay behind that suffer."
"Michael Angelo"
Henry Wadworth Longfellow

পাকিস্তান জেলদগী মুজিবর রহমানবু থ'দোকপগী নুমিৎ হুম্নি মতুং ১৯৭২ গী জনুৱারি ১১, লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক্তা য়ুমগীদমক অমুক খোঙশানখি। নুংশিবনা থৌজিল্লকপা ওইগদ্রা নত্রগা চুম্নতগী চৎনলোন ঙাকপা ওইগদ্রা বঙ্গালী লৈশাবীদু ইথা থাজদনা হাউফি অমা ইল্লগা বি ও সি ফাওবা ঐবু থিনদোকপা লাকখি।

বস থারমদাইদা মখুৎ হায়রকই। হাইরকপা মখুৎ অদুনা মমায় তৈথোক্তুনা লেপহৌই। য়ুমদা হল্লি হায়বগী হরাউবগী মরক্তা মহাক্কা কায়নবগী নুংনাংনবা অমসু য়াওখি। মহাক ঐগী পুন্সীদা মপূং

ফাহৌদ্রবা, ভার্ব ৱাৎপা সেন্টেন্স অমা ওইখি। দিমাপুর য়ৌরগা বোধিনালা কৌবা মফমদুদা য়ু থক্ল-থক্লা মাবু শাথিনা-নীংশিংখি। মদুনা মাবু নীংশিংলুবগী খ্বাইদগী থাক হেনখিবা নুমিৎনি। হৌজিক্তি অদুম্না মাবু অমুক নীংশিংদ্রে।

মথং নুমিত্তা লমডিংদা লৈবা ঐগী ইচে পুতুলিগী ময়ূমদা থুংই। ইচে লৌবা ইবাইদো রেলৱেদা ক্লর্ক ওই। মহাক যাম্না চম্মী ৱা খঙই। পূকচেল চাওই । ইচেদি য়াম্না হৈ-শিংই। ইচে লৌরমদ্রগদি ইবাইদো ক্বাক্লা চেল্লমগনি। ইবাইদো ঐনা শেল যাওদ্রে পীয়ু হাযরুদনা কবম্না ঐঙোনদা শেল য়াওদে খঙলিবনো খঙদে, নচে তাহল্লুনু হাযদুনা লূপা চহুম ঐগী ফুরিৎ খাউদা হাপচিনবিরকখি।

ইবাই বদরপুরঘাটকী মউ-লীংনা কাববার তৌবকপা ইমূংদগী হৌরকপনি। মখোয় ইমূং গৌড়িয়া য়াম্না কল্লি। নুংশিৎ খাইবা ফাওবা ইরুজবা কাঙবুনি।

১৯ জনুৱারি, ১৯৭২ যুমশকৈশ নুমিৎ, ভাবতকী পূংফমদা নূংথিলগী পূং অহুম তাবা মতমদা ধর্মনগব ফাওবগা বাংলাদেশকী ঙমখৈ ফুলতলা য়ৌবকখি।

লাননা মাঙহন তাকহল্লবা [illegible]তেক-অকায়শিং [illegible] উখি য়েংখি-য়েংখিবদা। য়ূম যৌরগা য়ূমগী ফিভমদুনা অমুক্ক-হন্না ফৎলমদ্রে। মকূতা ঙাইরল্লে। য়ূম অমা লেপ্পি হায়বদু মঙাইরল্লে। শেগুন ঊনা শাবা ফর্নিচর অমদি কা অমা থন্না লৈহৌবা ভুজপত্রদা ইবা লিরবা অতাঙ- অতাঙবা লাইরিকশিং ময়াম অমগী চেনা মচেৎ অমা ফাওবা লৈরমদ্রে। ইলেক্ট্রিক ব্যার ফাওবা ফক্কুনা পুখিরল্লে। থোঙ-থোঙনাউ অমত্তা পল্লমদ্রে। চাকশঙগী জিজ্ঘসু লৈবমদ্রে। মতম কুইনদগী হৌবা হৈনৌ-পুংদোল-থৈবোং-জাম পাম্বী অমদি হিলব্রু ৱাগী ৱাকোলনচিংবা পূম্নমক মরূ ফংনা ফুক্তুৎখিদুনা ইংখোলদু পূমহাঙ-হাঙলল্লে।

লানদা মীগী মপোৎ-মচৈৎ লুট তৌবসি মমাঙৈঙদগী চৎনবল্লবনি। সবনাথ মন্ডিবদগী সুলতান মামুদনা লুট তৌদুনা মমল [illegible] পোৎ কয়া পুখি। চা[illegible]গী বোক্সব লালহৌবা (১৯০[illegible]) মতমদা [illegible]

অমেবিকাগী দিপ্লোমেট অমদি মিশনরিশিংনা চাইনাগী মমল নাইদ্রবা ত্রেজব পুবিখি, অরিবা মশিঙ লাকঙমদ্রবা লাইরিক কয়াসু পুবিখিদুনা ওক্সফোর্ড য়ুনিভর্সিটিগী বোদলেয়ান লাইব্রেরি থনখি।

যূমগী পোৎ-চৈ অতে পুখিবদুদি থোইনা নুঙাইতবা পোকখিদে। ঐনা থমোয় চাকখিবদি অনিল ঐখোয় অনীনা লিংখৎচবা 'সঞ্চয়' মিংথোঞ্জবা লাইব্রেবিদুগী লাইরিক অমত্তা ফাওবা লৈরমদবদুনি। ইবানীনা খর-হুরান খর-শোৎ তৌদুনা লিংখৎচখিবা লাইব্রেরিনি। ঐগী দাইরিশিং অমদি ময়াম্না ৱাইমল্লদুনা মতৎ মতৎ তৎশিল্লক্লবা ডা: কমলগী মাধবীসু য়াওখি। লাইরিক অদুতনি মৈতৈলোনদা ইবা কলেক্সনসু।

লাঞ্জেল্লুরগা হল্লকপগী ফিভম শোক্লিনৈঁদা শক্লাইরবী এম কে বিনোদিনী সিলেটতা লাকখি। ঐখোয় লৈকাইদসু চংবীরম্মী। ঐদি মহাকপু হাউব-হাউতবা চাকলেন অমতং ঐখোয়দা কৌদুনা পীজগে খল্লবসু ঙমখিদে। মরমদি লানদা তেংনা পুখিবদুনা থোং-থাকপগী শীনগদবদু উপাই লৈখিদে। অহল-লমন্না যূমগী ফিভম যেংলুনবা ঐবু হান্না থাবকখিবনি। মতমদু চেকতা মোন ওইনা খাংখিবা মতাংনি। খবনি মতূংদদি যূমগী মী পূম্নমক লাক্লে। ঐখোয় হান্নগী পুন্সীদা তং-তানা অমুক হঞ্জিল্লক্লে অদুনা ঐগী পূক্নীংদা পৃথিবী কোয়বা হৌবগী ৱাখল তপ্ন-তপ্না শাৎপা হৌরে।

১৯৭৩ গী মার্চ থাদা জর্মনি-ফ্রান্স ফাওরগা ইংলন্ড য়ৌরকখি। অদুদগী পববাসী ওইরকখিদুনা ঙসি ফাওবা মীরমদমদা লৈবিবসিনি ঐগী ৱাবী হাযববু। য়ুরোপ-অমেরিকা-এসিয়া সব কন্টিনেন্ট, মহাদেশ অহুমসিদা ইহুম-ইকোনগুম কোয়চৎ-চত্তুনা লৈবকপসিদা মওং-মওংগী মী শম্নরকই। মখোয় কয়াগী হরাও-নুঙাই অৱা-অনা কযাদা শরূক য়ারুরে। অদুগুম্বা শরূক য়ারুবগী এক্সপরিয়েন্স অসিনি ঐগী পুন্সীগী খ্বাইদগী তাঙলবা লন হায়বদো। এক্সপবিয়েন্সশিং অসি ফংলক্লবা মচাক ওইনা থেংনখিবা তিন্নখিবা কযাদুনা ঐগী পন্সীগী থৱানমিচাকশিং।

লন্ডন চেষ্ট হোস্পিটালদা থেংনখিবা ইয়ান কৌবা স্কোটিশ মচা অমনা টেনিসনগী ৱাহৈ অসি ঐঙোনদা তাহল্লম্মী-

"I am a part of all that I have met:
Yet all experiences is an arch wherethro'
Gleams that untravell'd world whose
margin fades
For ever and for when I move."

ইয়ানগা ঐগা ইষ্ট লন্ডনগী ভিক্টোরিয়া পার্কতা লৈবা লন্ডন চেষ্ট হোস্পিটালগী রিভের্ৱর কৌবা ৱার্ড অমদা থা অমরোম রুমমেট ওইমিন্নখি। ১৯৭৫ গী নভেম্বর ৫, য়ুমশকৈশ নুমিত্তা ঙকশমগী য়েৎ থংবা শরূক্তা গ্লেন্ড পোমথোরকখিবা অমদি লাইহৌ কন্না হৌরকখিবদগী য়েংহনবা চৎপদা ডাক্তরশিংনা ম্যালিগ্লেন্ট ওইরমগদ্রা চিংনদুনা খুদক্তা এদমিসন তৌবিখিবনি। ইয়ানসু শিবা য়াবা লায়নানা নারল্লি। ঐসু বায়োপসি তৌদ্রি ফাওবা শিব-চঙবা হায়ফম খঙদনা লৈরিবা মতাংনি। পূক্নীং নুঙাইতবা অমদি বোমান্টিক ওইবা ৱাখল কয়ানা ঐখোয় অনীমকপু নমহৎখিদুনা কবিতানা অৱাবা পোত্থানবা হোৎনখি। শৈরেংবু য়াম্না পামজবা ইয়াননি। স্কোটিশ কবি 'রব্বি বার্ন' মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা কবিনি।

মহাক্কী অনাবগী ফিভম ফৎচিল্লক্তদুনা অতোপ্পা ৱার্ডতা হোংলমদাইদা রব্বি বার্ন গী শৈরেং অসি শেগাযরবা এনভলপ অমগী মনীং থংবা শরূক্তা ইমীংগা কোন্ননা ইশিল্লগা ঐগী ফমূং মথক্তা থনম্লগা চৎখি।

To my dear Manihar
(হোস্পিটালদা এডমিশন তৌবদা ইখিবা সার্টিফিকেটকী মিং অদুনি)

“Some hae meat,
But canna eat,
And some hae nane
That want it
But we hae meat,
We can eat
So let the Lord
Be thankit”

----- From Ian






# থরানমিচাক . .

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা **'লমকোয়-রারী'**গী অকনবা ঈথক-ঈপোম ঈহৌহল্লকখিবা লমকোয়-রারী **'খোঙচৎ'**(সনথোঙ্ পব্লিকেসন: ১৯৯৯)কী অইবা **থোকচোম মনিহার (শোণী)**গী অনীসুবা খুদোলনি।

অইবা মশাগী পুন্সীনা তশেংনা থেংনরকখ্রবা অরা-নুঙাই থৌদোক-রাথোক কয়ামুক্তগী খরদংবু, ইশিনদুনা থমজিনখ্রবা দাইরিগী থূপচিনখ্রবা চেনাশিংবু নৌহৌনা হাইদোক্লুনা থম্বস্রম ইথোরকপা খুৎহৈনি।

মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনদি তশেংনমক খ্বাইদগী তাঙনা থোক্লিবা খুৎহৈ মখলগী খুৎলাম্থোকনি।

- মণীন্দ্র কোন্সম

সনথোঙ্